




| | |
|---|---|
| ফোঙজবি | শ্রীমতি মনোরমা দেবী<br>সিঃ এমঃ পব্লিকেশন<br>সগোলবন্দ নেপ্রা মেঞ্জর,<br>ইম্ফাল। |
| অহানবা খুৎনম | সেপতেম্বর, ২০০৭ |
| কোপি মশিং | ১০০০ |
| মখুম | এমঃ দেবেন লুৱাং |
| মমল | লুঃ ৯৮/- |
| নম্ফম | এমঃ আরঃ প্রিনটরস,<br>ইম্ফাল। |

# কচ্চবা

পলেম-পম্বৌ, কচ্চরি ঙসিদি নচানা,
থিজরুবা লাঙজরুবা লৈরাং খরসি,
লৌশিং লনগৈ লৈকোন্দা পুক্লিংগী,
তুংওইনজদুনা লম্বীদা পলেম-পম্বৌনা তাকপিরম্বা,
লৌবিয়ুকো লৎনদনা লৈরাং খুজোক
নচাগী খুদোলসে।

অেম্লবা নচা 'চন্দ্র'

# বাহৈ খরদং

মীওইবগী লৌশিং মসিনা মরোইরে হায়বা অমা লৈতে। সমুদ্র ঈরোম্নুংগী অথুপ্পা করম্বা মতমদা মপুং ফানা খঙবা ঙমগদগে। তাইবঙপান অসিদা মীওইবগী বাখল অরেপ্পা অমদি লোইবা নাইদে। থিজিনবা, পারু খোৎলুবা অমদি হাম্না লৈরম্বশিং নৈনরগা মশাগী লৈজরম্বা বাখলদা অহোংবা কয়া লাকই। মরু ওইনা নৌনা হৌগৎলক্রিবা মীরোলশিংদদি খঙনিবনা খৌরাংদুনা অউ অউবা থিশিন্নংবা, নৈননিংবা কয়া পোক্তবা নত্তে। পুম্নমকশিং অসি মসাগী পোকপদগী য়াওজরকপা হায়বা অমা লৈত্রবদি মপুং ফাবা ঙমদে। অমগা অমগা খেন্নবা উরিবসি ঈশ্বর মাগী থৌজান্ননি। মানবু শীন্দ্রবদি অচম্বা মীগা নিংথৌরেলগুম্বগা করম্না মরুপ ওইগদগে? পুন্সিদা চন্দ্রবা য়াদ্রবা হায়বসি মতম পুম্নমক্তা চুমদুনতা, থোক্তুনতা লৈরগদবনি। অশেংবা থম্মোই, বাখল হায়বসিদি শংদুনতা লৈরগদবনি।

লৌশিং লনগী হায়রিবা লাইরিক অসিনা করিগুম্বা খরদংদা ওইরবসু মীওইবগী থম্মোইনুংদা নামিবা মলয়গী শক্তম লৌদুনা শামিন ফংহনবা ঙম্নবদি ঈশ্বরগী থৌদাং মচেৎ অমতা ওইরবসু পাংথোকপা ঙম্বগী মমি তাজনবগী ঈহুন ফংজরগনি খনজে।

*অইবা*

থোকচোম চন্দ্র

# ৱারোল অমতং

ইয়াম্বা চন্দ্রনা ইরিবা লৌশিং লনগৈ পাজরে। খল্লি, লাইরিক অসিদি অঙাং অহল খাক্তনা পাগদবা লাইরিক্কি। মরমদি লাইরিকসিদা য়াওরিবা ৱারি খুদিংমক তোপ তোপ্পা মহাও অমমম লোইনা য়াওবদা নৎতনা লৌশিংগী মঙাল অমমম পীবিদুনা পুন্সিগী মাঙবা নাইদ্রবা লনগৈ অমমম শেমগৎপদা অচৌবা মতেং ওইনগদবা লাইরিক্কি। অমুকসু খল্লুরগা নোকনিংলকই মদুদি — ঙসি ঐখোয়না হৈরে শিংলে হায়দুনা চাউথোকচরিবা অমদি পোঙথোকচরিবসি মতম অমগী অকবরগী দরবারদা মঙাল নাইনা লৈরম্বা বীরবলগী লৌশিংগী মরীক অমা ফাওবা ফংবা ঙমদে। অশিংবা হায়বসিদি তোপ তোপ্পি। ঈনাক কৈরাক খুনবা অমদি মশক মতৌনা চৎনদে। থেংনরুবদগী ফংবা লৌশিং, তম্বী তাকপিরকপদগী ফংবা লৌশিং অমদি মপোক্তগী য়াওজরকপা লৌশিং হায়না লৌশিং হায়বসি চাউরাক্লা মখল অহুম থোক্লা খায়দোক্তুনা য়েংবা য়াই। লাইরিকসিগী ৱারিশিংদা য়াওরিবা লৌশিংশিংসিদি থেংনরুবদগী অমদি তম্বী তাকপিরকপদগী ফংলকপা লৌশিংগী মহুৎতা মপোক্তগী য়াওজরকপা লৌশিংনি য়েংবা য়াই। লাইরিকসিগী ৱারিশিংসিদা য়াওরিবা লৌশিংশিংসিদি থেংনরুবদগী অমদি তম্বী তাকপিরকপদগী ফংলকপা লৌশিংগী মহুৎতা মপোক্তগী য়াওজরকপা লৌশিংনা অয়াম্বনি। অদুগুম্বা লৌশিংশিংদুবু অপাবশিংনা পাজরগা থেংনরুবদগী ফংবা নৎত্রগা তম্বী তাকপিরকপদগী ফংবা লৌশিং ওইনা লৌশিনজগদবনি। মৈনা থাবদা চাকত্রবা, ঈশিংনা চাইবদা কোকত্রবা, হুরানবনা হুখিবসু ঙমদ্রবা অমদি হেনগৎলকপখক নৎতনা ময়েং তাবা লৈত্রবা অসিগুম্বা মমল য়াম্লবা লৌশিং হায়বসিনা মীওইববু নুংঙাই য়াইফনা লৈহন্নবগী লেঙদ্রবা পাম্বৈ অমা ওইহল্লি। অসিগুম্বা মমল নাইদ্রবা লৌশিংগী লনগৈ অসিনি লাইরিকসিনা ঐখোয়দা পীরিবা। হৌজিক্তি ঐখোয়গী মাঙদা মমল নাইদ্রবা লনগৈ তাদুনা লৈরে। মসিবু খুল্লগা লৌজগদবদি অপাবা ঐখোয়না নৎত্রবদি ঐখোয় পুন্সি চুপ্পা ৱানা নংনা লেনজবা তাবনি। অরোইবদা অসিগুম্বা মমল নাইদ্রবা লনগৈ অমা মীয়ামদা খুদোল তম্বীরিবা ইয়াম্বা চন্দ্রবু থম্মোয় শেংনা থাগৎচবা ফোঙদোকচরি।

*লনচেনবা মীতৈ*

# য়াওফম

# মখোয় করম্না উনখি

ইনিংথৌ অকবর লাক্ল-ফানবা অমদি শা তানবা চৎপা য়াম্না পাম্লম্মী। অঙাং ওইরিঙৈ লাইরিক লাইশু তম্লিঙৈ অমদি প্রাইভেৎ ওজানা তম্বীরিঙৈ তাঙ্জা ফাওবদা শগোল তোংননবা অদুগা শা তানবা চৎননবা হেক হেক চেল্লম্মী। অসুম অসুম চাউখৎলক্লবদা শগোল তোংবদা থোইদোক্লা হৈশিংবা অমসুং শা তানবা চৎপদা মহাক্না লোয়ননা চৎমিন্নরিবা দরবরগী মীওইশিংদগী থোইদোক্লা অকিবা লৈতবা শা তানবা নিংথৌমচা অমা ওইরম্মী । নোংমা অকবর অমসুং মহাক্কী থৌনাফবা লাম্মী খরগা লোয়ননা কৈ অমা ফানবা তান্নবদা শাগোল থৌদুনা য়াম্না য়াংনা তান্নবদগী মহাক্না লোয়নরকপা অতোপ্পা শা তানবশিংদু থাপ্না হন্দোক্লম্মী । মখোয়না কোনুং ওইরিবা আগ্রা সহরদগী য়াম্না লাপ্না অসুম অসুম লাকপনা নুমিদাংবাইরম ওইশিল্লক্কুনা লম্বী লম্মাংনরম্মী। মখোয় করম্বা মায়কৈদা চৎকদগে খঙলমদে। বাখল খন্ন-খন্না অসুম তপ্না-তপ্না চৎলম্মী। মখোয় পূম্নমক্কী হকচাং অদু নুংশাগী মৈশাগী বাবদা নঙনা মশা পূম্নমক উফুল বাইফুন্না লোয়রম্মী অদুগা য়াম্নসু চোকখরম্মী । বানা বানা তপ্না তপ্না লাকপনা লম্লোং অহুম ফাংবা মফম অমা য়ৌরক্লম্মী । "ওহোকপনি ! মমৈথংদা ইনিংথৌনা খঙহৌদনা লাউরক্লম্মী । অদুদগী, মহাক্কী লোয়নরক্লিবা মীশিং অদুদা ওনশিল্লগা হায়রক্লম্মী, "ঐখোয় হৌজিক করম্বা লম্বীদা চৎকদগে ? করম্বা লম্বীনা আগ্রা তাবা লম্বী ওইরিগবা ?"

লম্বী পূম্নমকশিং অদু ইমান মান্নরম্মী । লম্বীগী নাকন্দা হৌবা উপাম্বী কয়া বসন্ত ঋতু চংলকপনরা, নিংথিজবা লৈরাং কয়া মচু মখল মখলগা লোয়ননা শাথলি। উপাল খুদিংগী মপালশিং পূক্লিং হুনা নিংথিজে। মায়কৈ খুদিং তরু তনাল্লি। মায়কৈ অমরোমদা য়েংঙি অসোমদা ওইগদ্রা মখল্লি, অমরোমদা ময়েংঙি অসোমদা ওইগদ্রা মখল্লি। ইনিংথৌ অমদি লোয়নরকপশিং পূক্লিং চরাংনৈ ।

নুমিৎনা ময়ুম চংলমদাই ওইবগী হৌনশা শা তানবশিং অদুগী থম্মোইদু ময়ুম য়ৌনিংবনা লাংতকনরম্মী । মায়কৈ অমরোমদা ঙসাই উমং

মনুংদা তান্নবা ফংদনা লৈহৌরবা শা তানবশিং অদুগী থম্মোইদসু হায়ফম খঙদনা ৱারম্মী। মখোয়গী থম্মোইদা ইনিংথৌ অদু করম তৌরমগদবা মখল্লি। যুম য়ুমদা হলসি হনগদবদা শারাক তম্বা কৈ- নোংশানা তানরকপদগী পন্থহৌরবা শাজি অমোমগুম তৌফম খঙদনা উমং অদুদা লৈরম্মী। উপাই লৈত লৈত মকোল য়ৌনিংবগুম মখোয়সু ময়ুম ময়ুমদা চৎনিংলম্মী।

লম্বীশিং অদু অসুক্কী মতিক মান্নখ্রে। পুক্লিংনগা লাংতক্লবনে, করম্বনা আগ্রা তাবা লম্বীনো খনবদা য়াম্না ৱারম্মী। ইনিংথৌ অমদি লোয়নবশিং অদু অমগা অমগা য়েংনরম্মী। মখোয় লম্বীদা অমুক য়েং, লাকপগী শাগোলগী খোঙ্গুল তাবরা হায়দুনা লৈমাইদা অমুক য়েং তৌদুনা কোইথি থিনরম্মী। অদুবু কনা অমতনা ৱাহৈ অমা ফাওবা হায়নরমদে।

অসুম্না মফম মরাং খঙদনা ঙকচান্ননা লৈরিঙৈগী তাঞ্জা অদুদা নিংথৌরেলগা লেঙ্গা ওইরবা নহা ওইরিবা নিপা মচা অমনা লম্বীশিং অদুগী মরক্তগী মখোয়না লৈরিবা মায়কৈ অদোমদা লাক্লম্মী। নিপামচা অদুবু উবদা ইনিংথৌগী মীওইশিং অদু খরমথৈ নুংঙাইবা পোক্লম্মী। নিপামচা অদুবু মখোয়না লৈরিবা মায়কৈ অদোমদা লাকপিয়ু হায়জরম্মী। নিপামচা অদুসু মখোয়না হায়বদুদা লাক্লম্মী অদুগা শা তানবশিং অদুনা মমল য়াম্লবা ফজরবা ফিজেৎ-লৈতেংদুনা শেৎ-চারিবা শগোল মথক্তা লৈরিবা মীশিং অদুদা হৱাও তয়াম্না খঙনীং-হৈনিংনা য়েংখৎলম্মী। মহাক্কী থম্মোইদা তুজুংবা অথুকপা করিমতা য়াওদবমথৈ নোকমি-নোকমি তৌদুনা অদুম য়েংদুনা লৈরম্মী।

ঐখোয়দা খরা তাকপিয়ু নিপামচা? ইনিংথৌ অকবরনা হায়রম্মী। করম্বা লম্বীনা আগ্রা চৎকনি? নহা ওইরিবা নিপামচা অদু মদু তাবদা মোমোন নোক্লম্মী। ইবুংঙো, মীপুম খুদীংমক্না লম্বীশিংদি লেঙদে,চৎতে খঙই। মতৌ করম্না লম্বীনা আগ্রা চৎতৌরিবনো? করিগুম্বা মফম অমদা লম্বীনা করিগী চৎকদৌরিবনো? মহাক্না হায়রক্লম্মী। অদুদগী মহাক মশা মতোমতা ফাগি ওইনা য়াম্না নুংঙাইনা থীক থীক নোক্লম্মী।

মতম খর মফম অদু পুমচিক চীক্লম্মী। ইনিংথৌনা নিপামচাঅদুদা মুন্না য়েংলম্মী। মদু উবদা ইনিংথৌগী লাম্মীশিং অদু য়াম্না কিরম্মী। মখোয় নিংথৌরেনগী অশাওবদু খঙই। মখোয় কনা অমতনা ৱাহৈ অমফাওবা হায়বগী থৌনা লৈরমদে।

মীশিংনা মফম অমদগী অমদা চৎলি । মীশিং অদুনা তুমিন তুমিন্না লৈনরিবা অমদি য়েংনরিবদু করিমত্তা খঙদবগুম্না নিপা মচা অদুনা হায়রম্মী, "লম্বীশিংদি চৎতে, মখোয়বু চৎপরনে ?"

"চৎতে ! মখোয় চৎতে"। ইখঙ খঙহৌদনা নিংথৌরেন্না লাউরক্লম্মী। মদু হায়রগা ফাক ফাক নোকলক্লম্মী । জ্ঞান মান তাদনা মহাক্কী লান্মীশিং অদুসু নোকলক্লম্মী । মখোয় মতম অদুদা খঙ্গনবগী তঙ্গা হেক লৈতবমখৈ হৌনা হৌনা নোক্লম্মী । নিপা মচা অদু মখোয়না তৌরিবদুদা করি অমতা থৌশারুবা তৌদনা তনিক তনিক্লা লংলবা মহাক্কী মমিংশিং অদুনা নিংথৌরেনলোমদা য়েংদুনা লৈরম্মী।

নহাক্কী নমিং করি কৌবগে ? নিংথৌরেন অকবরনা নহা ওইরিবা নিপা অদুদা হঙলম্মী । "মহেশ দাশ", মহাক্লা খুম্লক্লম্মী। অদুগা নহাক্কী নমিংদি করি কৌবগে, অঙম্বা ? হায়না মখা তারকই।

নিংথৌরেননা মহাক্কী খুদাংদা লৈতেংলিবা মমল য়াম্লবা শংবান্নবা অরঙবা নুঙশিংনা লৈতেংলিবা সনাগী খুজী অদু লৌথোক্লগা শাগোলদগী নোঙ্করগা নহা ওইরিবা নিপামচা অদুদা পীরম্মী ।

ইনিংথৌ অকবরগী থম্মোইদা কদায়দগীনো হায়বা ইখঙ খঙহৌদনা হুম্লকপা লৈনম চেল্লবা মলয়া নুংশিৎকুম, তয়াং তশোইবা পুক্লিং ঈহুল অমা ফাওরকখি । মহেশ দাসপু উরুবদা মহাক্কী থম্মোইদা হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইজবা, পামজবা, থৌরাঙজবা, ফোংদোকপা ঙমদবা নুংঙাইবা অমা পোক্লকখি ।

খঙহৌদনা হায়দোকখি, "নহাক্লা ভারতবর্ষগী নিংথৌরেন অকবরদা ব্না হায়রি" ।

"ঐখোয়না অকি অখঙ লৈতবা , ঈতিং তিংবা, নহা ওইরিবা মীশিং, নহাকুম্বা ঐখোয়গী দরবারগীদমক্তা দারকার ওই । মহেশ দাস নহাক্লা লাকপা মতমদা খুজি অসিগা লোয়নরকউ । অসুম তৌরবদি ঐনা নহাকপু নিংশিংগনি অদুগা মশক খঙবা ঙমগনি। অদুনা হৌজিক, করম্বা লম্বীদা চৎলবদি অগ্রা য়ৌগদগে ঐখোয়দা তাক্লো ।"

ভরতবর্ষগী নিংথৌরেলনি হায়রক্লবদুদা, ওইরিবা মওং অদুগা মহেশ দাশনা নিংথৌরেলবু মশক খঙজরক্লম্মী ! মহাক্লা মকোক নোম্লদুনা

মখুৎ তিংথোক্লদুনা কোনুং য়ৌবা লম্বী তাক্লম্মী।

নুমিৎনগা থেংজিল্লকপা অদুগা নিংথৌরেলনা মহাক্কী শগোল মমায় লৈরগা লৈজবি থাদুনা কল্লা থৌখিরম্মী। লাম্মীশিংসু মহাক্কী মতুং ইন্নখিরম্মী। মহেশ দাশসু মখোয়না লম্বীগী থেকখিদ্রিবা ফাওবা মহাক্কী মিথয়েংনা হেক উরিবমখৈ য়েংদুনা লৈরম্মী।

মতৌ অসুন্না ইনিংথৌ অকবর অমসুং মহেশ দাশ (লৌশিং লৈবা বীরবল) নহা ওইরিঙৈদা উনবা হৌখি।

"লৌশিং মপুং ফানা লৈরবা, থৌনাফবা মীওইদি কদৌঙৈদসু অকিবা, তুজুংবা পোক্তে"।

## রাজা বীরবল

মহেশ দাস নোংমা নোংমগী মহৈ মশিং তম্বা অসুম অসুম মপুং ফারক্লম্মী। অসুন্না মপুং ফারক্লবা মতমদা চহি খরগী মতুংদা আগ্রাদা চৎলগা নিংথৌরেল অকবরগী দরবরদা মহাক্কী তুংদা ওইরক্কদবা মরাইবক য়েংউরগে হায়না লেপ্লম্মী। মহাক লাইরিক লাইশু তম্বা লোইরদুনা সংসার অসি করিনো হায়বা মশক খঙননবা শেমশারম্মী।

মহাক্লা আগ্রা য়ৌবদা মখোঙনা কৈথেল ফাওদুনা অচৌ অশাংশিং, মন্ত্রিশিংনা লৈরিবা মফম অদু লান্দুনা চৎলম্মী। তশেংনমক নহা ওইরিবা নিপা মচাশিংনা খুঙ্গংদা পুক্সি চুপ্পা লেনবা হায়বসি য়াম্না চমম্নবা তৌফম খঙদবগী মশক্কি। মহেশ দাসতি অদুগুম্বা মীওইশিং অদুগা মান্নরমদে। মহাক্তি ইচম চম্বা মীওই ওইরমদে। মহাক্লা নিংথৌরেনগী খুজি য়াওবা ফিগী খাও অমা পুরদুনা য়াম্না ৱাখল নুংঙাইনা লাক্লম্মী। ভরতবর্ষগী নিংথৌরেল অকবরনা লৈরিবা যমুনা তুরেলগী মপান্দা মতিক মঙাল চাওনা ঙাহোইরিবা লানবন অদু য়ৌরকপা মতমদা য়াচংবা মতম ওইরক্লম্মী। অদু ফাওবদা মহাক থৌনা ফবা অমসুং নীংখিবদা হন্দনা চপ লেপতুনা লৈবা নহা অমা ওইরম্মী। মহেশ দাস লানবন অদুগী উগী থোঙদা য়ৈরিবা মশিং লাকঙমদ্রবা অচৌবা য়োৎপীশিংদুগী মনাক নকশিল্লক্লিবমখৈ মহাক্কী নুংঙাইতবা থৌরাংবা অসুম অসুম হঙ্গুরক্লম্মী। চাউরবা উগী থোঙ অদু হাংদোক্তুনা লৈরম্মী। মরুওইবা

অচৌ অশাংশিংনা চৎথোক চৎশিন তৌবদা য়াম্না চিলহন্নরম্মী। সম্বী অনিনা মখোয়গী মশা মউ ফরবা কল্লবা মখুৎশিংদুদা তা অশাংবা অম নম পায়রদুনা থোঙগী নাকল অনিদা লেপতুনা লৈরম্মী। মহেশ দাস হৌজিক তিল য়োৎথরগা শ্বর শাংনা হোল্লগা থোঙাকপা লাম্মী অনি অদুগী মনুংদা অমরোমগী মনাক্তা চংলম্মী। মহাক্না হায়রম্মী, " ঐ নিংথৌরেল উনবা লাক্লিবনি। মহাক্না দারবারদা লাক্লবা ঐবু বার্তন তৌরম্বনি ।"

"হা!" লাম্মী অদুনা নহা ওইরিবা নিপা অদুগী অমোৎপা মখোংশিং অমসুং ইচম চম্বা লশিংগী ফিজোলশিং য়েংউরগা হায়রক্লম্মী, "নিংথৌরেনগী দরবরদা অদুম্না লাকউ হায়না বার্তন তৌবা, মহাক্নবু তৌরমগদ্রনে? অবাংবা থাক্কী মীওইশিং উনফম ওইরিবা দিৱান-ই-খাস হায়বা মফম অদুদা !" অচম্বা খুঙ্গংগী নিপামচা অদুগী অর্থ লৈরবা চনৈনহল্লবা মোমোন মীনোক অদুদা লম্বী চৎপা মীশিং খরনা নিপামচা অদুবু য়েংননবা লেপ্লম্মী।

"ওইবা য়াই, " মহেশ দাসনা য়াম্না কিবা ফাওরবসু মহাক্কী খোঞ্জেল অদু ফাজল্লগা য়াম্না চীং লেম্না, থৌনা ফনা খুল্লক্লম্মী। "অদুগা ঐনা মসিগী প্রমাণ পীননবা ইনিংথৌগী খুজি অদু পুরকই। " মহেশ দাসনা নিংথৌরেল অকবরনা পীরম্বা মমল য়াম্লবা খুজি অদু মহাক্কী খাউ মনুংদগী লৌথোরক্লম্মী।

"আহ!", খংচিং চিংনরদুনা থোঙ ঙাকপা লাম্মী অদুনা হায়রক্লম্মী।

"মদুদি ইচম চম্বা খুজি নত্তে!" নিপা মচা অদুবু য়েংদুনা লেপ্লিবা পন্দিড অমনা হায়রক্লম্মী। "নহাক্না নিপা মচা অদুবু চংহনবনা ফগনি।" থোঙ ঙাকপা নিপা অদুনা নিপা মচা অদুনা পুরক্লিবা খুজি অদু উরুবদা পুক্নিংদা চিংনবা পোক্লম্মী। অদুবু মহাক্না নিপা মচা অদুদগী খুদোংচাবা খর ফংনিংলম্মী। মরমদি নিংথৌরেল অকবরগী মনাক্তা করিগুম্বা অমগী চৎপু চৎলুরবদি করিগুম্বা মনা খরদি শোইদনা পীরবনি।

"ঐখোয়না চংহল্লগনি" থোঙ ঙাকপা লাম্মী অদুনা হায়রম্মী। নঙোন্দা লকনরুবা অদুগা কিহল্লদুনা মতম খর, খুদোংচাবা মাংহল্লুবগীদমক নুংঙাইজদে। "ঐনা নঙবু করিগুম্বা ৱাফম খরগী মখাদা চংহল্লগনি । নহাক্না নিংথৌরেল উনবা চৎলুবা মতমদা নঙোন্দা খুদোলপোৎ খর পীবসিদি শোয়দরবনি। নিংথৌরেলনা খুদোল ওইনা পীরকপা খুদিংমক্কী তঙ্খায় অমা ঐঙোন্দা পীগনি হায়না ৱাশক্লবদি ঐনা নঙবু চঙহলগনি।"

মনাক্তা য়েংদুনা লৈরিবা মীশিং অদুনা মখোয় মশেল খোঙঙাকপদুগী মরমদা মুরুম মুরুম শোন্নরম্মী। মখোয়না খোঙঙাকপা নিপা অদু কনানো অদুগা মহাক্কী মীহৌচাওবগী মরমদা মুন্না খঙলম্মী। নিপা মচা অদুনা মহাকপু করি তৌরকদগে খনবদা ঙক্লম্মী। তৌইগুম্বসুং মহেশ দাসনা করিমত্তা য়েৎনবা, ঙাংনবা তৌদনা খুদক্তা য়াথোরকপদুদা মখোয় পূন্নমক ঙক্লম্মী। খোঙ ঙাকপা সিফাই অদুনা য়াম্না অপ্না, কীহল্লপতৌনা হায়রম্মী, "কাওগনুকো, নত্রবদি ঐনা নঙবু য়াম্না থীনা তৌগনি অদুগা য়াম্নাসু শাওগনি।"

খোঙঙাকপা সিফাই অদুনা মহেশ দাস করম্বা মীওইনো হায়বা খঙলমদে। মহাক্তি অসিগুম্বা অমোৎপা, মীবু তাথি তাওইনা তৌবসি য়াম্না পামদবা, ঙম্বমখৈ হোৎনদুনা চুমথোক্কে খনবা মীওইনি। মহাক্কী থম্মোই অমসুং হকচাংদা অকিবা হায়বসি খজিক ফাওবা য়াওদ্রবগুম্বনি, অচুম্বা অফবগীদমক্তা।

মহেশ দাস মকোক নোমদুনা য়ারে হায়বগী খুদম উৎলম্মী, "ঐ কাওজররোই।" অদুদগী মহাক লানবনগী মনুংদা চংখিরম্মী।

নিংথৌরেল অকবর মীয়ামগী বা তানফম দি-বান-ই-ত্রস কৌবা অচৌবা কা অমদা মন্ত্রি ফম্নাইবশিংগা বা তান্নদুনা লৈরম্মী। কা অদু অঙানবা মখল-মখেলগী থাউমৈশিং থাল্লম্মী। মমল য়াম্লবা ফজ ফজরবা গালীচাশিংনা অচৌবা কা অদুগী চংফমদগী হৌরদুনা শীনথুংনা লৈতেংলম্মী। অচৌবা য়ুমবী কয়ামরুমনা লৈতেংলবা কা অদু লূ-হল্লেবা, মমল য়াম্লবা মুগা গী ফিরোলশিংনা লৈতেংলবা দরবরগী ফম্নাইবশিং অমসুং মন্ত্রিশিংনা অহাংবা মফম লৈতবগুম লৈতেংলম্মী। অদুক নীংথিজরবা দরবর অদুদা নিংথৌরেল অকবরনা সনাগী সিংহাশন মথক্তা লেংশিল্লদুনা সভাগী লৈতেং ওইনা ঙাঙ্গোইরম্মী।

মহেশ দাস কী মিথয়েংদি দরবার হোল অদুগী ঈরোয় লোয়বদা নিংথিজনা লৈতেংলবা, পূন্নমক্কী লেমজনফম ওইরিবা স্বগগী আনন্দ-কানন্দগুম্লবা সিংহশন্দা চীংলেম্না লেংশিল্লিবা নিংথৌরেল অকবরনা লৈতেংলিবা মায়কৈ অদোমদা থল্লম্মী। মহাক্কী চপ য়ুঙবা বাখলদা, অতোপ্না মায়কৈদা লৈরিবা মীয়ামবু থৌশারুবা তৌরুদে, কনা অমত্তদসু য়েংলুদে, নিংথৌরেল অকবর নত্তনা। অসুম্না মহাক্না সভা অদুদা কোক নোম্লদুনা নিংথৌরেলনা লেংশিল্লিবা মায়কৈ অদোনদা চুমদ্রিং চঙশিল্লক্লম্মী।

মুগাগী মমল য়াম্লবা ফীরোলশিংনা লৌতেংলবা দরবরগী মেম্বরশিং অদুগী মরক্তা ইচম চম্বা লশিংগী ফি শেৎ-চারদুনা, অরাপ্পা খুঙ্গংদগী লাকপা মোৎলবা নহা ওইরিবা নিপা অদুনা করি অমত্তা থৌশারুবা তৌরুদনা নিংথৌরেল তম্না সভা ময়াম ফাওদুনা চংশিল্লকপা উরুবদা তিল্লম্লিবা মীপূম খুদিংমক্লা ইঙক ঙক্রুদুনা অমগা অমগা য়েংনরম্মী। মখোয় তুমিন তুমিন লৈনরম্মী। নুংদা খন্নরম্মী - মসি কনা ওইরিগবা ?" খোঞ্জেল অমত্তা ওইনা থোকখি, "কয়াদা ইচং থৌরিবা !"

নিংথৌরেল অকবরনা চংলক্লিবা নিপা অদুদা খঙয়েং য়েংলম্মী। মহাক নিপা অদুবু উবমক্তদা মশক খঙলম্মী। কয়াদা নীংশীংবগী পঙ্গল লৈখ্রবা, নিংথৌরেল অকবরনো ! মহাক্লা নিপা অদুবু মহাক্কী মনাক্তা চঙলক্লবা হায়রম্মী। তাঞ্জা অদুদা দরবর মেম্বর ময়ামদি নিংথৌরেলগী মতৌ অদু উবদা পুমঙক ঙক্রুম্মী । মরমদি মখোয়না নিপা অদুবু মশক খঙলমদে, অমুক্তসু উখিদ্রি ।

"ঐহাক্লা নহাকপু নিংশিংলি, মহেশ দাস," নিংথৌরেলনা হরাওনা হায়রক্রুম্মী। " ঐহাক নহাক্লা লাকপসিদা অদুক্কী মতিক নুংঙাইরে। নহাক্কী অপাম্বা খুদিংমক হায়বিরো । ঐগী অঙম্বা খুদিংমক নঙোন্দা পীন্নবা হোৎনরগে । নহাক চিংনবা তৌরগনু !" নিংথৌরেলনা মখা তরকই ।

"নিংথৌরেলসি ওহ্নোক্লা থৌজাল হৈখ্রেদা," মহেশ দাসনা খুন্নম্মী। নিংথৌরেলগী থম্মোইসি অঙকপনি, অচম্বা প্রজাশিংবু মীনুংশি মিৎয়েং অমত্তদা থম্বীদা ।

"ইনিংথৌনা চানবিরবদি ঐঙোন্দা শাগোল শাজৈনা য়াঙ্খেরক্লা কন্না কন্না ফুবিয়ু। মসিনি ঐহাক্লা খ্বাইদগী পামজবা হায়ববু", মহেশ দাসনা মখা তারক্রুম্মী। মহেশ দাসনা নিংথৌরেন্দা খুন্নিবা পাউখুম অদু তাবদা দরবার মেম্বরশিং অদুনা নিপা মচা অসি ঙাওরেদনা, শোয়দনা অঙাওবা ওইরমগনি, হায়না মুরুম মুরুম শোন্নরম্মী ।

অকবর নিংথৌরেল অচম্বা নিংথৌ অমা ওইরমদে। মহাক্লা মহেশ দাসকী মায়থোং মকা লাম্বা, থৌনা ফবা, ঈচং-থৌনা লৈবগী মতৌ অদুদা করিগুম্বা খরা লৈরম্বা য়াই হায়বসি খঙলম্মী । মহাক্লা হায়রম্মী, "ঐখোয়না অসিগুম্বা অঙকপগী মতৌ অসি য়াদ্রিঙৈদা করিগীদমক্তা নহাক্লা অসিগুম্বা খুদোলপোৎ অসি পাম্লিবনো হায়বগী মরম হান্না পীখো?"

নিংথৌরেলগী ৱাঙাং অদু তারবগী তুংদা মহেশ দাসনা ব্যবহারগা লোয়ননা কোক নোল্লদুনা হায়জরম্মী, "ইনিংথৌগী লানবন অসিগী থোঙ শঙলিবা সন্ত্রী (থোঙ শঙবা) অদুনা মঙোন্দা ঐহাক্না খুদোল ওইনা হেক ফঙলকপা খুদিংমক্কী তঙ্খাই অমা মঙোন্দা পীগনি হায়না ৱাশক্লবগী মতুংদা ননাই ঐহাক ইবুংঙোগী ঈনাক তাননা চঙহল্লক্রিবসিনি। মরম অসিনা শাগোল শাজৈনা কুনমঙারক ননাই ঐঙোন্দা ফুবিনবা শেম শাজরি অদুগা তঙ্খায় অমনা সন্ত্রি অদুদা পীবিয়ু।"

মহেশ দাসকী পাউখুম অদু হেক তাবদা নিংথৌরেল য়াম্না অঙকপগা লোইননা শাওরম্মী। মতিক মগুন লৈবা মীনা শাওদোক্তনা শাওরক্লবদি য়াম্না খুদোং থীনিংঙাইনি। মহাকপু মিংচৎ থীহল্লিবা মীশক অদু লেম্না থারমদে। মরম অদুনা মহাক্না অতোপ্পা দরবাব মেম্বরশিংদা "ঐখোয়গী অচম্বা প্রজাশিংবু অসিগুম্বা মীহৌচাউবা ফত্রবা থোঙ-ঙাকপশিং; অসিনা চঙহনখিদ্রবরা?" অকনবা য়াথং লাউথরক্লম্মী, "অদুগুম্বা ডাকু অদু কৌরকউ।"

থোঙ ঙাকপা অদু উবদা অকবর নিংথৌরেল শাউবনা ঙমখে লৈরমদে। মহাক্না নিংপা অদুবু থীনা চৈরম্মী মতুংদা অমুক হন্না তৌদনবা মঙোন্দা মহেশ দাসনা নিজরিবা শগোল শাজৈ য়াখ্রে অদু পীয়ু হায়না শঙলীংবদা হায়রম্মী। শঙলীংবনা শগোল শাজৈ য়াখ্রে অদু শুনবা থোঙ ঙাকপা অদুদা ফুরম্মী। মতুংদা খুঙ্গংদগী লাকচবা হায়বদি ইচম-চমজবা, অপঙবা মীওইশিংনা নিংথৌরেলবু উনবা লাকপদা অমুক হন্না থোক্তনবসু হায়রম্মী।

নিংথৌরেল অকবর মহেশ দাসকী লৌশিংনা মহাক্কী দরবারগী মীওই খরবু অমদি করিসু খঙজদবা মীচম প্রজাশিং অৱাবা তারম্বদগী কোক্লনবা উপায় পুথোরকপা অদুদা ঙমখে লৈতনা হরাউবা পোক্লম্মী। মহাক্না দরবার মেম্বরশিংদা মহেশ দাসকী লেমজনফম ওইবা মফম অমা পীরে হায়না লাওথোক্লম্মী।

"ঐখোয়না ঙসি নুমিৎ অসিদগী নহাকপু রাজা বীরবল (নিংথৌ বীরবল) হায়বা মিংথোল অসি লাছোক্লে," নিংথৌরেলনা লাওথোক্লম্মী। "অদুগা নহাক ঐখোয়গা নক্না লৈগদবনি। নুংঙাইনবা শিনগদবনি অদুগা মতম পুম্বদা ঐখোয়বু লমজিংগদবনি!" অসুম্না মরুপকুম্বা মহেশ দাসপু

ফঙজবদা নিংখৌরেল অকবর নুংঙাইবগী ওমখৈ লৈরমদে।

"নহাল মপোক্তগী লোয়নরকপা ওইবনা হন্দক মপোক্তা হেক উনবগা থম্মোই মশক খঙননা তিন্নবা হায়বসি শোইদ্রবনি।"

## মিহৌরুবগী ফল

মতম অমদা আগ্রা সহরদা য়াম্না লায়রবা নিপা অমা লৈরম্মী। মহাক্কী শিনফমদি অতোপ্পশিংনা ইরম্বা ময়েকশিং অমসুং লাইরিকশিং শিন্দোকপা ওইরম্মী। মহাক্না অসিগুম্বা থবক অসি তৌদুনা হৈগ্রু মনাদা য়োন্নবা শেন্থোক অসিনা ইমুং মনুংগী মতেং পাংলম্মী। অদুবু অসুম্না মীনা শিন্দোকউ হায়রগা তৌবা থবক্লিনা য়াম্না লৈতবা অদুগা মদুগী মমলসু য়ামনা পীক্লা পীবনিনা মহাক অমদি মহাক্কী নুপী অঙাংশিংবু মপুক থলহন্নবা হোৎনবদা অসুক্কী মতীক ৱারম্মী। অদুবু নিপা অদুনদি মহাক্লা কনাগুম্বা মীদগী কোরিগী শেল অমা ফাওবা পুরুবা তৌরমদে। মহাক লৈরগা চাই লৈত্রগা মচাশিংগীদমক শোয়দনবা হোৎনরগা তোকই। মসিগীদমক মহাক চাউথোকচে।

"ঐখোয় কৈদৌঙৈদসু শেলজাও পায়বশিংগী মখুৎ চনহল্লোইদবনি," মহাক্লা তোয়না মাগী নুপীদা হায়রম্মী। "মরমদি ঐখোয়না অসুম্না তৌরবদি ঐখোয়দা মরু ফংনা মাঙবা হায়বসি শোয়দ্রবনি।"

লাইরিক শিন্দোকপা নিপা অদু নোংমা নোংমগী অৱাবা অসুম অসুম হেনজিল্লক্লম্মী। মহাক্কী থোকচরিবা শেল খজিক্তং অদুনা শিন্নবা কোন্নদবদগী ৱাখল মঙল মঙল খল্লম্মী। অসুম অসুম খনখিবনা নিপা অদুগী মঙদা ফাওবা মঙলম্মী, শেলজাও পায়বগী শেল পুবগী ৱাখল।

নিপা অদুগী মমঙদা শেনজাও পায়বা শেন্দোয় চাউনা চাউনা লৌবা মী অদুদগী শেল পুরম্মী। মদুগী ৱাখলনা নিপা অদুগী মমঙদা শেলজাও পায়বা শেল পুথোকপা নিপা অদুদগী সনাগী শেল ময়েক চাম্মা পুরম্মী। নিপা অদুনা মঙফাওনদুনা হৌগৎপা মতমদা য়াম্না কিনা অরুবা ৱখল খল্লদুনা হৌগৎলম্মী, "সনাগী শেল ময়েক চাম্মা, কদায়দগী, অহ! ঐনা অসিগুম্বা লল-থুম অসি কদায়দগী ফংলুগনি?" অকিবগী মশক ওইরবা

মঙ অদুদগী নিপা অদুনা মাগী নুপী অদু হৌদোক্লগা মরম পূন্নমকশিং অদু লিরম্মী। মখোয় অনি মতম ঙাইহাক য়াম্না চীক্লা বা তান্নরম্মী অদুদগী লাইরিক শিন্দোকপা নিপা অদু মঙদা চুন্নতা মঙজবনি হায়বা খঙবদগী অৱাবদু খরা ফরম্মী। অদুদগী মহাক্না তুম্ফম কাদা চংলগা অমুক হন্না তুমথরম্মী।

নোংঙাল্লগা লাইরিক শিন্দোকপা নিপা অদুগী নুপী অদুনা মখোয়না লৈরিবা মফম অদুদগী য়াম্না লাপ্না লৈবা লম্বীগী অরোইবা মতাই অমগী গুহাদগী ঈশিং শোকপা চৎলম্মী। মহাক্কী খঙনবা মরুপ-মপাংশিংদা ঙরাং নুমিদাংগী মপুরোইবগী অকিবগী মশক ওইরবা মঙশিং অদু য়াম্না মরিক চুন্না লিরম্মী । "অমুক্তা খন্দুনা য়েংউ ?" মহাক্না খঙহায় হায়রম্মী। "মহাক্না শেল শান্দোকপা নিপা অদুদগী সনাগী শেল ময়েক অমত্তা অনিদা নত্তনা শেল ময়েক চাম্মা পুরম্মী !" মদু তাবদা মহাক্কী মরুপশিং অদুনা খাঙনোক নোক্লম্মী অদুগা মঙোন্দা ফাগীসু তৌবিরম্মী।

মরুপশিং অদুগী মনুংদা খরদি মাগী ৱারী অসি য়াম্নসু নুংঙাইবা, অফবা অমনি খল্লদুনা মখোয়না ময়ুম য়ৌরবা কান্দা মখোয় মখোয়গী মপুরোইবশিংদা লিরম্মী। অসুম তৌদুনা ৱারি অদু অসুম অসুম শন্দোকখিরম্মী। মমৈথংদা ৱারি অদু হায়রিবা শেল শান্দোক্লিবা নিপা অদুগী মনাকোং য়ৌখিরম্মী । শেল শান্দোক্লিবা নিপা অদুনা ৱারি অদু তাবদা মহাক মথন্তা নোকচরম্মী । তৌইগুম্বসুং মহাক্কী মায়থোংদদি কল্লকপা মীহৌবগী মমি তারম্মী। মফম অদুদা শেন শান্দোক্লিবা নিপা অদুনা তৌবা ঙমলোইদৌবা থোইনা লৈতে খল্লদুনা মহাক লাইরিক শিন্দোক্তুনা চাজরিবা নুপা অদুদগী হায়রিবা শনাগী শেল ময়েক চাম্মা অদু ফংনিংলম্মী। অদুনা নুমিৎ অদুগী নুমিদাংৱাইরমদা মহাক্কী কোকয়েৎ অমা য়েৎশিল্লগা চৈশু অমা পায়শল্লগা লাইরিক শিন্দোক্লিবা নিপা অদুনা লৈরিবা য়ুমলোমদা অসুম অসুম লাক্লম্মী। মহাক্কী মশাদা করি অমতা চিংনবা লৈতনা মীগী য়ুম অদুদা চংলক্লম্মী। "ঐ লাক্লে," মহাক্না জ্ঞান মাঙদুনা লৈরিবা অৱাবা কোকথোংনরিবা লাইরিক শিন্দোকপা নিপা অদুদা লাউরক্লম্মী। "নঙনা ঐঙোন্দগী পূয় হায়না ৱাশকখিবা শেলফম অদুগী নীংশিংবা লাক্লিবনি," মহাক্না মখা তারক্লম্মী।

"পৈশা !" লাইরিক শিন্দোকপা নিপা অদুনা তনিকপা খোঞ্জেলগা লোয়ননা য়াম্না ঙক্লা অয়াকপা খোঞ্জেলদা হায়রক্লম্মী।

"হোয় ভায় !" শেল পুথোকপা নিপা অদুনা হায়রম্মী ।

"স-না-গী শে-ল ম-য়ে-ক চা-চা -মা- মা........!" লাইরিক শিন্দোকপা নিপা অদুনা মনাক নক্লা লৈবা চৌকি অমদা মখুৎ শৌরদুনা মচেৎ মচেৎ ওইনা স্বর ফুইনা ফুইনা হোল্লদুনা অশাওবা খোঞ্জেলদা হায়রক্লম্মী।

মতম অদুদা লাইরিক শিন্দোকপা নিপা অদুগী নুপী অদুদি মখোয় অনিনা ঙাংনরিবদু তাননবা মনুং থংবা কা অমদা লৈরম্মী । মখোয় অনিনা ঙাংনরিবদুগী মরম পূন্নমক খঙলম্মী । মহাক্কী মপুরোইবনা তৌরিবা মতৌ অদুদা মহাক থোইদোক্লা নুংঙাইরমদে। মহাক তহ্া তহ্া শেল পুথোক্লিবা নিপা অদুগী মমাংদা থোরক্লগা হায়রক্লম্মী, "নহাক্লা হায়রিবদু অরানবনি "।

" মসিদি তশেংনমক মঙদা মঙলম্বদনি," মহাক্লা লাউরক্লম্মী।

" মঙদা পুরুবা শেলবু অমুক শিংগদবনি হায়বগী অধিকার করিসু লৈতে," মহাক্লা লাউহৎলম্মী।

" শেলদি শেলনি ," শেল পুথোকপা নিপা অদুনা করিমত্তা চিংনদনা হায়রম্মী।

"শেল পুরবদি শিংবা তঙাইফদবনি । নহাক্লা হয়েংদগী শিংবা হৌবা তাই। ঐহাক থৌজাল হৈবা মীনি, লৈত-লাইরবু নুংশিবা। অদুনা ঐনা শেলশিংদু হৌজিকমক লোয়না শিংগদবনি তাক্লোই, হায়রোই। থা অমদা সনাগী শেল ময়েক অমা শিংগদবনি। মদুদগী মহৌশা তৌবগুম্না শিংবা মতমদা শেন্দোয়দি পীবা তাই ।" ব্রাহৈশিংসি হায়রগা শেল শান্দোকপা নিপা অদু হৌগৎতুনা চৎখিরম্মী।

লাইরিক ময়েক শিন্দোকপা নিপা অদু তপ্না তপ্না অৱাবা খাংঙমদবদগী নাহেরম্মী। নিপা অদুগী নুপী অদুসু মপুরোইবনা তৌরিবা মতৌ অদু য়েংবা ঙম্নমদে। ইখঙ খঙহৌদনা মহাক্কী খুড অনি অদু লৈবাক্তা শৌরগা ফমথরক্লম্মী । মখোয় নিংবা কায়দুনা তুমিন তুমিনা ৱা-মচেৎ অমত্তা ঙাংনদনা মতম ঙাইহাক লৈনরম্মী। মখোয়গুম্বা তোল্ল-তারবা লৈত-লাইরশিংগী অৱাবগী ঙমখৈ লৈরমদে। করম তৌরগা মখোয়গী অশেংবসি মীয়ামদা অমদি শেল-শান্দোকপা নিপা অদুদা খঙহনগদগে হায়বগী ৱাখল লাম্বা ফংলমদে। মরমদি শেল শান্দোক্লিবা নিপা অদুদি লমদম অদুদা খ্বাইদগী

ইনাক খুনবা, তৌগে হায়বদা ঙম্বা নিপানি । মানবু কন্না তকশিন্নরুবদি লৌ-ইংখোল য়োন্দুনা মীনাই ওইদুনা পিদবা য়াদবনি।

ইখঙ খঙহৌদনা য়াম্না ৱানা নুংঙাইতনা খন্নুরবগী মতুংদা লাইরিক শিন্দোকপা নিপা অদুগী নুপীদা ৱাখল লাঙলা লঙজিল অমা লাক্লম্মী, "মোয় পাবুং," চপ লেপখৎলগা হায়রক্লম্মী। বীরবল নিংথৌদা ঐখোয়বু তেংবাংবিয়ু হায়জরুরসি । মহাক্তনা ঐখোয়গী পুঙমাঙ মাঙগদবসিদগী কনবা ঙমগনি।

মদু তাবদা লাইরিক শিন্দোকপা নিপা অদুগী থম্মোইদা অঙকপা থৌদোক অমগুম থোক্লম্মী। মহাক্কী হকচাং শিনবা থুংনা নুংঙাইবগী ঈথিল অমা ফাউরক্লম্মী। খঙহৌদনা মহাক্কী নুপীবু থাগৎলম্মী অদুগা খঙহৌ হৌগৎলগা হায়রক্লম্মী, "চুমই, মহাক নত্তনদি ঐখোয়গী ইতেং পাংবিনবা লৈররোই।" "ঐহাক হৌজিকমক মহাক্কী মনাক্তা চৎলগে।"

"কনাগুম্বা মী অমনা ঐখোয়বু কনবিররবদি মহাক অদু বীরবলনি," নিপা অদুনা হায়রম্মী। উপাই লৈত্রবা লাইরিক ময়েক শিন্দোকপা নিপাদু বীরবলগী মনাক্তা লাক্লম্মী। মহাক্না বীরবলদা লমদম অদুগী ইনাক-খুনবা শেল শান্দোকপা নিপা অদুগা মাগা তৌনরিবগী ৱারি অদু মরিক চুন্না লিরম্মী। মহাক্না বীরবলদা মখোয়বু মতেং পাংবিয়ু হায়জরম্মী।

রাজা বীরবলনা মরাইবক থীরবা অৱাবগী মশক ওইরবা লাইরিক ময়েক শিন্দোকপা নিপা অদুনা হায়রিবদু মুন্না তারম্মী। অদুদগী মহাক্না ইমুং চংখ্রগা সনাগী শেল ময়েক্না পীকথন্নবা খাও অমা পুথোরক্লগা টেবল অমগী মথক্তা হৈদোক্লম্মী । সনাগী শেল ময়েক চাম্মা থীদোক্লগা অরেম্বা অদুনা অমুক পুশিনখিরম্মী। অদুদগী শেল ময়েকশিং অদু অচৌবা মিংশেল অমগী হেক মমাংমক্তদা থন্নম্মী ।

"হুজুর ! হুজুর !" লাইরিক ময়েক শিন্দোকপা নিপা অদুনা য়াম্না অঙকপা খোঞ্জোলদা হায়রম্মী। ননাই ঐহাক শেল শান্দোকপা নিপা অদুদা পীননবা ইবুংঙোদগী শেল হায়জবা লাকচবা নত্তদে। ইবুংঙোদগী ঐখোয়বু কনবিনবা উপাই অমত্তং থিজগে লাকচবনি। চানবিদুনা উপাই অদু তাকপীয়ু।

"উপাই অদু মসিনি," বীরবলনা মোমোন নোক্লা খুম্নক্লম্মী।

"নহাক পাখৎলগনু, ঈংথরো অদুগা চৎলো। নঙোন্দা শেল শান্দোক্লিবা শেল থৌবা লাকপা নিপা অদু ঐগী কোনুং অসিদা কৌরকউ। মাগী অতোনবা শেলশিং অদু পীননবা শেম শারে," বীরবলনা নিপা অদুদা হায়রম্মী।

চিংনবা ৱাখলগা ঈরোইননা লাইরিক ময়েক শিন্দোকপা নিপা অদু বীরবলগী পাউ অদু পুরদুনা শেল শান্দোক্লিবা নিপা অদুগী ময়ুমদা থুনা য়াঙনা চৎখিরম্মী। মহাক্না পাউ অদু শেল শান্দোকপা নিপা অদুদা তম্লম্মী।

মদু তাবদা শেল শান্দোকপা নিপা অদু হরাওরম্মী অদুগা লাইরিক ময়েক শিন্দোকপা নিপা অদুগী মতুং ইল্লকনবা থুনমক শেম শাবা লোয়রম্মী। পঙ্থবা তৌদনা মখোয় বীরবলগী য়ুম য়ৌরবা মতমদা শেল শান্দোক্লিবা নিপা অদুগী ফমফম অদু ঙসাইগী অচৌবা মিংশেল অদুগী মমাংদা সনাগী শেল ময়েক চাম্মা থল্লিবা অদুগী মনাক্তা থল্লম্মী। মহাক্না মিংশেলগী মঙালদগী থক্তোরকপা অরঙবা সনাগী শেল ময়েক ময়াম অদু উরুবদা পাম্বনা মিৎফম খজিক ফাওবা হোংলমদে। মহাক শেল ময়েকশিং অদু উরুবদা মোমোন মোমোন তৌরদুনা লৌনিংবনা লাংতক্লরদুনা মিৎফম হোংদবমখৈ য়েংদুনা লৈরম্মী। সনাগী শেল ময়েক অদুগী মতুংদা থল্লিবা অচৌবা মিংশেল অদুনা হেন্না শেলশিং অদু পাকথোকপগুম হেন্না লঙখৎলম্মী।

"লাইরিক ময়েক শিন্দোকপা নিপা অসিনা সনাগী শেল ময়েক চাম্মা নঙোন্দগী মাগী মমঙদা পুরম্মী, মহাক্না পুবা নত্রা ?" বীরবলনা শেল শান্দোকপা নিপা অদুদা হঙ্লক্লম্মী।

"মদুমক্নি," তেবল মথক্তগী সনাগী শেল ময়েকশিং অদুদগী মিৎয়েং খজিক ফাওবা লৈথোক্তনা শেল শান্দোকপা নিপা অদুনা হায়রক্লম্মী।

"য়াম্না ফরে," বীরবলনা হায়রম্মী। "নহাক মিংশেলদা মমি ওইনা তারিবা সনাগী শেল ময়েকশিং অদু লোয়না লৌবা য়ারগনি," বীরবলনা হায়রম্মী।

অশেংবা শেল ময়েকশিং অদুদি ঐগীনি, অদুবু মিংশেলদা তারিবা সনাগী শেল ময়েকশিংগী মমি অদু মঙদা নঙোন্দগী পূরম্মি হায়রিবা অদু শিংলবনি।" বীরবলনা মখা তারম্মী।

মদু তাবদা শেল শান্দোকপা নিপা অদুনা মহাক্কী লাম্বা অমা লৈরে খঙলম্মী। বাহৈ অমা ফাওবা হায়রমদনা মহাক্কী মমাই লৈথোক্লুনা ময়ুমলোমদা চৎখিরম্মী। মতুংদা লাইরিকময়েক শিন্দোকপা নিপা অদুদা অমসুং আগ্রা সহরদা লৈরিবা কনাগুম্বা মী অমত্তদা অমুক হন্না নমফুদা কিহনবা তৌখিদ্রে।

"হৈরে, শিংলে, ঐ মঙাইরে হায়দুনা খক চৎফদে"।

## ওইরক্কদবা খুদম

নিংথৌরেল অকবরগী দরবারদা লৈরিবা মী অয়াম্বা অসি প্রমান লৈত্বা, মরম লৈতবশিংদা থোইদোক্লা পঙনা থাজবা ওইনা তৌরম্মী। মখোয়গী মতমদসু ভাবনা শাবা, খুদম চাংদমগী থাজনবিসু য়াম্না চৎনরম্মী। কনাগুম্বা অমনা মাগী নোংমগী মথৌ অদু মঙ্গল ওইগনি ওইরোই হায়বসি মী অদুগী য়াহৌরকপা মতমদা, অয়ুক অঙনবদা উনবা অদুগী মখা য়াম্না পোল্লি খন্নরম্মী। অয়ুক য়াহৌরকপা মতমদা ওই য়েৎকী স্বর য়াম্না য়েংনরম্মী। নুমিৎ নুমিত্তুগী লৈফম থোকপা স্বর অদু লৈরবদি ফৈ নত্রগা ফত্তে খন্নরম্মী। মদুগী মতুং ইন্না মী অদুনা মাগী নোংমগী থবক অদু য়াম্না থাজনা নত্রগা থাজদনা পাংথোক্লরম্মী।

করিগুম্বা মী অদুগী য়াহৌরকপগী ফমুংদগী খোঙনা কুমথদ্রিঙৈদা মাগী স্বর অদু মখাগী অশুম্না য়েংনরম্মী। নুমীৎ অদুনা নোংমাইজিং, লৈবাকপোকপা, শগোলশেল অমসুং থাংজ ওইরবদি মী অদুগী স্বর অদু য়েৎলোমদা লৈরবদি নুমীৎ অদু অফবা ওইগনি খন্নরম্মী। নুমীৎ অদুদা মী অদুনা মাগী খোং য়েৎনা পৃথিবী মাতা হায়বদি লৈমাইদা অহানবদা থাগনি (তাগনি) অদুগা খোঙ ওইনা কোন্না থাগনি। অসুম্না মী অদুনা মাগী নোংমদুগী খোঙশানবা হৌগনি।

করিগুম্বা মী অদুগী স্বর অদুনা নিংথৌকাবা, য়ুমশকৈশা, অমসুং ইরাই হায়রিবা নুমিৎশিংসিগী মনুংদা অমদা লৈরবদি মী অদুগী স্বর অদু ওইরোমদা লৈগনি। নুমিৎশিং অদুদা মী অদুনা ফমুংদগী কুমথবা মতমদা মাগী ওইগী খোঙনা হান্না পৃথিবী মাতাদা লাইবক কৎলগা কুমথগনি অদুগা

খোঙ য়েৎ অদুনা কোন্না কুমথগনি। অসুম্না মাগী নোংমগী থৌরম অদু পাংনবা হোৎনগনি। হায়রিবা নুমিৎশিং অসিদা মী অদুনা ফমুংদগী পৃথিবী মাতাদা অহানবা হেক থৌগল ফংদ্রিঙৈগী মমাংদা মখোয়না থাজনবা লাইশোন অমা ওইনা শোন্নরম্মী । "পৃথিবী মাতা ইমা ইবেম্মা ননাইবু ঙসিগী মঙ্গল পীনবিয়ু" হায়না খুৎনা লৈমাইদা শোক্লগা লাইবক্তা অহমলক কৎনরম্মী। অসুম্না ঈশ্বরদা ননাইগী ঙসিগী মঙ্গল পিনবীয়ু হায়না শোক্লগা নুমিত্তুদা লৈরিবা স্বর অদুগী মতুং-ইন্না খোঙনা পৃথিবী মাতাদা হাম্না তান্নরম্মী।

অয়ুক, নুংথিল, নুমিদাং (মঙাং, লুবাং, খুমন) গুরু অহমগী মফমদগী ননাইনা ঙসিগী মঙ্গল নিজরি হায়না শোনজদুনা সূয্য-দেব কৌবা লাইদসু খুবাং চাংজৌ তরা লোন্নরগা অয়ুক্কী তরং তরং থোক্লক্লিবা নুমিৎ কৌবা লাই অদুদা ওলশিল্লগা সুর্য্য দেব ইবুংঙো ননাইবু ঙসি মঙ্গল পিনবিয়ু হায়না নিজনরম্মী ।

মখোয়না নুমিৎ কৌবা লাইদসু নোংমদুগী পুন্সি নুংশাংনবা নিনরম্মী। মসিদি মী অদুনা মাগী মশাগী নত্রগা মানা পুন্সিহন্ননিংলিবা অদু হেক নুমিৎনা তরং তরং থোকপা মতমদা নিনরম্মী। নিগদবদি থাজনবগী মতুং ইন্না অসুম্না শোন্নরম্মী, "সুর্য্য দেব ইবুংঙো, ঙরাং কৌবা নোংদি হৌখ্রে, ঙসি কৌবা নোংসু উবা ফংজরে, হয়েং কৌবা নোংদুগা ননাই ঐখোয়দা উহনবিয়ু," অসুম্না মী অদুনা থাজবগী মতুং ইন্না নিংনরম্মী।

মতম অদুদসু থাজনবি অসি অসুক্কী মতিক লৈরম্মী। কনাগুম্বা মী অদুনা চখোক-খোতোকপা মতমদা হৌদোংনা হেক লমলানববু ওইরবসু, য়াঙ্গেল শুমজিৎ পায়দুনা করিগুম্বা খরা তাশিনবগুম্বা, চিন-য়া শেংদোক-খোতোকপগী চিন শেংনবা পায়া নত্রগা চিন শেংনবা পোৎ-চৈ পায়দুনা শেংদুনা লৈরম্বা, মী মপান থোকপা লৈবগুম্বা, যনাওনা মপীদা মখোম থক্তুনা লৈরম্বা থেংনবা মতমদা মী মীদুগী চান্নরুবগী মতুং ইন্না ঙসিদি ফগনি নত্রগা ফররোই হায়বনচিংবা খঙনবগী চৎনবিসু লৈরম্মী।

ময়াম্না য়াম্না থাজনবা অমদি মী অমনা মী অমগী মায়থোং উরুরগা মী অদুগী চীংনব অমসুং চীংনদবা অসি খঙবা ঙম্মী । করিগুম্বা নহাক্লা মী অমগী মায়থোং অদু অয়ুক অঙনবদা হেক উরুবা মতমদা হরাও তয়াম্না উরুরবদি নহাক্লা নুমীৎ অদু অফবা, নুঙাইবা অমসুং মঙ্গল ওইগদগুম খল্লমগনি । অদু নত্তদুনা মী অদুগী মায়থোং অদুনা ইনুং নুংঙাইতব, ইশুক

শুকথবগী অমদি হৈনিংদবগী মওং উরবদি মহাক নুমিৎ অদু ফত্তবা, মঙ্গল ওইররোই হায়বগী ৱাখল পোক্লরম্মী।

নিংথৌরেল অকবরসু অসিগুম্বা চৎনবি, থাজনবি অসি মীয়াম্না অসুক্কী মতিক লৌনরিবসিগী পাও তারম্মী। মহাক্না মসিসু চুমই নত্রগা চুমদে হায়বগী থাজবদি নৈরমদে অদুবু মহাক্কী পুক্নিংদা মসিগী মতমদা অসুম খন্দুনা লৈরম্মী। নোংমদি নিংথৌরেল অকবরনা অযুক য়াম্না ঙম্না হৌগৎলম্মী। মহাক্না লৈরিবা কোনুংগী ৱাংলবা দলান অদুগী ... ওনাওদা অসুম য়েংথোকখিবদা লাইরবা ফী শুবা নিপা অমনা যমুনা তুরেলদা ফী শুদুনা লৈবদু উরম্মী। মদুগী থৌদোক অদু উবদা নিংথৌরেলগী পুক্নিংদা চিংনবা অমা ফাওদুনা মন্না খন্দুনা লৈরম্মী। করি থোক্লগদবা ?

অয়ুক অঙনবদা ফীশুবা নিপা অদুসু নিংথৌরেলনা লৈরিবা লানবল হায়বদি দলান অদোমদা য়েংবগী তাঙ্গা থোক্লম্মী। নিপা অদুনা নিংথৌরেলগী মায়থোং অদু থোঙনাও অদুদা হাইফেং উহৌরম্মী। মহাক নিংথৌরেলবু ইকাই খুম্নবগী মওংদা হরাওনা মকোক অদু নোনলম্মী। মদু উরুবদা নিংথৌরেল অকবর হরাওনা মোমোন নোক্লদুনা লৈথোকখিরম্মী।

অয়ুক্কী নুমিৎনা কাখৎলকপা মতমদা নিংথৌরেলনা ডিৱান-ই-খাস তা অসুম থুনা চেনখৎলকপোই, কন্না চৎপোই তৌরকপদা করিগুম্বা অমদা থেঙজল্লম্মী। কোনুংগী মীওইশিংনা নিংথৌরেলনা শোকপদুদা থুনা চেনশিলক্লম্মী অদুগা অশোকপা মফম অদুদা হিদাক লাংথক তৌদুনা ঈংথনবা তৌরম্মী। নিংথৌরেলগী খোঙ অদুদি য়াম্না থীনা শোক্লম্মী অদুনা চৎপদা নাবা ফাওরম্মী। মরম অদুনা নিংথৌরেলনা নুমিৎ অদু শগোল তোংদুনা চথোক্লরোই, লৈকোন্দা কোয়থোক্তুনা লৈরগে লেপলম্মী।

লৈকোনগী ফজরবা লৈরাংশিংদু উরুবদা নিংথৌরেলগী পুক্নিংদা হরাওবা নুংঙাইবা পোক্তুনা পুক্নিং লৈতানা লৈশিংদু য়েংদুনা লৈরম্মী। অসুম কোইনা কোইনা য়েংদুনা মখল মখলগী লৈশিং য়েংলবগী মতুংদা থোইদোক হেন্দোক্লবা ফজরবা অতর গুলাপ অমদা নিংথৌরেলগী মীৎয়েং অদু হেক তারুই। লৈরাং অদুগী ফজবা উরুবদা ইনিংথৌগী থম্মোইদা অপেনবা পোক্তুনা, লৈরাং অদুগী মনাক্তা লেংশিল্লম্মী। ইনিংথৌগী সনা-খুৎ অদুনা লৈরাং অদুবু থৌগল তৌরদুনা ইন্দ্রি পুক্নিং পেন্না লৈরাংগী লৈনম অদু থক্লগে মতাগুম সনা হকচাং অদুনা লৈরাং অতরগুলাপলোমদা হেক নোক্লরকপগী

তাঙ্গা অদুদা লৈরাং অতরগুলাপ অদুবু কল্লকচদুনা অতোপ্পা খোইমু কনা উহন্দনা লৈরাং মাগী লৈকানুংদা লোৎচদুনা লৈরাং মাগী লৈকানুংদগী পুক্লিং পেন্না মালেম অসিদা লৈরিবা পুন্নমকপু পুমকাউ কাওবগুম খঞ্জরিবা যৌবন মথোৎ কারক্লিবা মতিক মগুন লৈরবা খোইমু নহা অমনা লৈরাং লৈহিগী ঈপাকনুংদা তাউদুনা লৈরম্মী।

মালংগী শউম ক্ষংবমক্তদা অতোপ্পা কনাগুম্বা শামান-লেংমান্নবা অমা মাগী চান্নজরিবী অদুবু কল্লক-মীৎয়েং লৈরবগুম খনজরিবা মতম অদুদা নিংথৌরেলগী সনা মাইথোং অদুনা নোঙ্গুরকপা অদু হেক উরুবদা মথোৎ কারক্লিবা খোইমু নহা অদুনা লৌরি শিখোংদা অয়েৎপা পীরবগুম থোক্লিবা নিংথৌরেলগী সনা খুৎ অদু তন্না পাইথোরক্লম্মী। খঙহৌদনা অশাওবনা লুতোন কা, অঙৈবা খন্থবনা কোন শিরসনু নারসনু মতাগুম খোইমু নহা অদুগী অরোইবা খুৎলাই ওইরিবা মমু অদুনা থুন্না লেংশিল্লম্মী।

নিংথৌরেলগী লোইনবশিংনা তৌফম খঙদ্রদুনা কোইচেন চেন্নরম্মী। নিংথৌরেলবু মতেং পাংননবা ওইনা মহারাজবু মনুংদা লেংশিল্ল গা ফম্বিদুনা পোথানবা হায়জরম্মী। ঐখোয়গী মহারাজবু মশামক্কী লৈকোন্দা খোইনা চীক্লিবসি ঙসিসে কয়াদা ফত্রবা নুমীৎ ওইরিগবা? ময়ামদুগী মরক্তগী অমনা য়ান্না নুংঙাইতনা নীংবা কায়না শোল্লম্মী।

নিপা অদুনা নুংঙাইতনা শোল্লিবদু অকবরনা তারম্মী। অদুনা মহাক্কী মাইথোংদা নুংঙাইতবগী শকফম উৎলম্মী। "ফৎত্রবা নুমিৎ," মহাক্না তপ্না শোল্লম্মী। "ঐনা ঙসি খ্বাইদগী ইহান-হান্না উবা মীশক্তি তুরেলদা লৈরম্বা ফীগুবা নিপাদুনি। ঙসিগী ফত্রবা নুমিৎ ওইরিবসি মহাক্না ওইরম্বা য়াই। নিপা অদু ঐনা উবা মতমদা মঙ্গল ওইদবগী মায়থোং ওইবনরা?"

"অহ! শোইদ্রে, নিংথৌরেল" ফত্তবা দরবার মেম্বর খরনা হায়রম্মী। তশেংনমক মসি শোয়দ্রবনি। ফীগুবা নিপা অদুগী ফত্রবা মায়থোং অদুনা নিংথৌরেল ফাওবা ফত্তবা ওইহল্লিবনি, দরবার মেম্বর অমনা শোল্লম্মী।

"মাগী ফত্রবা মায়থোং অদুগীদমক অৱাবা ফংবা ওইরসনু।" অতোপ্পা অমনা লাউরক্লম্মী।

"মপুন্সিদা মরাইবক থীবা, অৱা-অনা ফংবা ওইরসনু," অহুমশুবা অমনা লাউরক্লম্মী।

"মহাক হিংনা থম্বদা কাম্লদ্রে," অতোপ্পা অমনা অমুক লাউরক্লম্মী।

"মী অমবু অসুক য়াম্মা বাহল্লিবা মহাক অদু অশেংনমক শিবগী দন্দি পীগদবনি," অতোপ্পা অমনা অমুক লাউরক্লম্মী ।

"মহাক হাণ্ডোক্লসি," মীয়ামগী খোজেলনা পুক্লিল নিরম্মী। মহাক্লা ঐখোয়গী ইনিংথৌবু বাহল্লিবনি ॥ মসিগীদমক শোয়দনা শিগদবনি। মসি পুম্নমক মহাক্কী মরালনি। হাণ্ডোক্লসি, খরনা লাউরক্লম্মী। দরবারগী অতম-অথৌশিং অমসুং মীয়াম্মা অমত্তা ওইনা ফীওবগা হিজরিবা নিপা অদুগী মায়োক্তা অকনবা অহক্পা খোজেল কয়া কয়া লাউরিবদু তারম্মী। অদুদসু নওনা ইনিংথৌদা মরাইবক থীরবা নিপা অদুবু খুদক্তা হাংদনবা য়াখং পীবিয়ু হায়জরম্মী। ময়ামদু তারবগী তুংদা বীরবল মীয়াম্মা তৌরিবা মওং অদুদা করি তৌরবনো অমদি মরাইবক থীরবা ফীওবা নিপা অদু পুক্লিংদা মতেং পাংনিংবগী রাখল পোক্লদুনা পরপ পরপ লাক্লুনা মীয়ামগী মরক্তা নিংথৌগী মনাক তান্না লাক্লম্মী। অফাওবা ঈশৈ-শকপা টানশেন লাওলিবা মীয়াম অদুগী ময়াদা লেপ্তুনা তৌফম খওদ্রদুনা লৈরম্মী। বীরবল য়ৌরকপা মতমদা টানসেন অৱাবা খর হন্দোক্লদুনা মোমোন নোক্লুনা লৈরম্মী। মহাক্লা বীরবলগী মনাক্তা চংলগা থোক্লিবা থৌদোক অদুগী মরমদা নিংখিনা লিরম্মী। মদু তাবদা বীরবল নুংঙাইনা ওকচাননা মকোক নোল্লম্মী।

নিংথৌরেলনা লৈরিবা মায়কৈ অদোমদা বীরবল পল্লদনা চংশিল্ল ক্লম্মী। বীরবল লাকপা উবদা অকবরগী থম্মোইদা করিগুম্বা পাম্বৈ খরা পুথোক্লকনি হায়না থাজরম্মী। মহাক্লা বীরবলবু হরাওনা কৌদুনা ওসিগী থৌদোক অদুগী মরমদা খঙহল্লম্মী । মহাক ফত্তবা খোক্লগাদবগী খুদমগী মরমদা খঙনিংবা পোক্লম্মী ।

"ইনিংথৌ", তপ্না তপ্না বীরবলনা হায়রক্লম্মী। "ইনিংথৌগী অশোকপগী পাউ তাজবদা খোইদোক্লা বাজে।" বীরবল কোক নোল্লম্মী।

"ঐখোয়দা হায়রো, বীরবল? " নিংথৌরেলনা হায়রম্মী।

"ঐখোয় মরাইবক থীরবা ফীওবা নিপা অদুগী মওক কক্লুনা হাংলগদ্রা"? নিংথৌরেলনা হঙলম্মী।

"ফত্তবা তুংদা খোক্লাদবগী খুদম, ইনিংথৌ," বীরবলনা হায়রম্মী।

"ইনিংথৌনা মহাক্কী মায়থোং উরম্মী, অদুদগী খুড মখাদা শোক্রে অদুগা খোইনা অমুক চীক্রে," বিরবলনা মখা চখরম্মী।

"ইনিংথৌ," মরাইবক থীরবা ফীগুবা নিপা অদুনসু নিংথৌরেলগী মায়থোং উরম্মী অদুদগী হৌজিক্লা মহাক্কী মকোক কেনবা তারবা ! অনি অসিগী মরক্তা করম্বনা ফম্ভবা তুংদা থোক্লগাদবগী খুদম উৎপগে ? "

অর্থ চেল্লবা বাহং অদু তাবদা নিংথৌরেল মতম গুহাক বীরবলবু মুন্না য়েংদুনা লৈরম্মী। বাখল মুন্না খল্লবগী মতুংদা নিংথৌরেল হরাওনা মোমোন নোকপা হৌরক্লম্মী।

"নহাক্লা চুম্লে,জ্ঞান লৈরবা, লৌশিংগী মপু বীরবল"। নিংথৌরেলনা হায়রম্মী।

"মসি তশেংনমক য়াম্না পঙনা থাজবা অমনি," নিংথৌরেলনা মখা তারকই।

"ইনিংথৌ," টানসেন না কৌরম্মী। "খঙদনা ভাবনা শাদুনা থাজবদগী জ্ঞান, লৌশিংনা জয় ওইবগী ঈশৈ ইনিংথৌনা তাবা য়াবা অমা লৈজে"।

"অদু ওইরবদি ঐখোয় হৌজিক ঈশৈ তারসি," নিংথৌরেলনা ময়ামদা হায়রক্লম্মী। ঈশৈ অসি তারগা করি ওইবা য়াবগে হায়বদু খল্লসি।

"ওইনি-ওইরোই হায়বা চপ চাবা খুদম ফংলরোইদবদা থোইনা কা হেন্না পংথা-থাজবসি য়ারিবমখৈ চাং হন্থনবা হোৎনগদবনি।"

## অতোপ্পগী বাখল খঙবা

নিংথৌরেল অকবরগী অগ্রাদা লৈবা দরবারদা বীরবলনা লাক্লবা চহি খরগী মতুংদা সহর অসিদগী কিলোমিতর ২০ লোম লাপ্না লৈবা ফাতেহপুর সিক্রি সহরদা নিংথৌরেল অকবরনা য়াম্না চাউরবা অনৌবা কোনুং অমা শারম্মী। নিংথৌরেল অমসুং মহারানিশিংনা মমল য়াম্লবা নুঙাশংবা শারবা অনৌবা কোনুং অদুদা চংলম্মী। নিংথৌরেলগী দরবারদা য়াম্না মমিং

লৈরবা অঙম অথৌ দরবারগী মেম্বরশিংদসু কোনুংগা নক্লনা মখোয়গী য়ুমশিং পীদুনা লৈহল্লম্মী। মখোয়শিংদুগী মনুংদা বীরবলসু অমা ওইরম্মী।

অতোপ্পা দরবার মেম্বর অয়াম্বনা অনৌবা কোনুং শেমগৎলিবা ফাতেহ্পুর সিক্রিগী চীংগী মখাদা মখোয় মখোয়গী য়ুমশিং শারম্মী। খরনা সিক্রিগী খুঙ্গংশিংদা মখোয়গী য়ুমশিং শানরম্মী। দরবার মেম্বরশিংনা নিংথৌ বীরবলদা ময়ামদগী থোইদোক হেন্দোক্লা নিংথৌরেলনা খুদোংচাবা থৌজাল থল্লিবনো হায়বদু খঙনরমদে। মদুনা মরম ওইদুনা মখোয়না বীরবলবু তশেংনমক কল্লকপা, মিহৌবা অমসুং য়েংথিবা পোক্লম্মী। মখোয়না বিরবলবু অসুক্কী মতিক মাইথিবা পীনিংলম্মী। মখোয়না পুংজ খুদিং ব্বা খন্নরম্মী। নিংথৌরেলগী হেক মমাংদা নিংথৌরেলবু অপঙবা শীবা পাম্বৈ অমা লৈরে হায়না মখোয়না খল্লম্মী। তৌইগুম্বসুং বীরবলদি মখোয়দগী অসুক্কী মতিক য়াম্না হেন্না শিংলম্মী।

দরবারগী মেম্বরশিং অদু মখোয মশেল অমগা তমগা শাওগৎনদুনা বীববলগী মরমদা কয়া খন্নরম্মী। মখোয়না নিংথৌরেলদা পেন্দবদগী অশাওবগী মওং উৎলগা ব্বাকৎলম্মী। মখোযনা বীরবলনা খুম্বা ঙম্মরোইদবা ব্বাহংশিং হংবিনবা নিংথৌরেলগী মফমদা অপাম্বা ফোংদোক্লম্মী। নিংথৌরেল অকবর ময়ামনা শাওরিবদু করিসু কান্নদবা অপঙবগী মওংনি খল্লম্মী। অদুবু বীরবল নত্তনা দরবার লোয়শঙগী মেম্বর খুদিংমক্লা অশাওবা পেন্দবা লৈরিবদু ফাথনবা করম তৌরগা মখোয়গী থম্মোই পেলহলগদগে খল্লম্মী। বীরবলদি পাইরক্কী লৌশিং লৈবা মখোয়দগী য়াম্না হেন্না ঙ্গান লৈবনিনা শোয়দনা ঙমগনি অদুগা মখোয়দা পারা তম্বিবা ঙমগনি খল্লি।

য়ুসুফ খান কৌবা দরবার মেম্বর অমনা নিংথৌরেলনা চিংনবা পোকহন্নবা ব্বাখল খন্নবগী থবক অসুম-অসুম চংশিল্লম্মী। নোংমদি বীরবলনা নিংথৌরেলগী পাউ পুদুনা থোইদোকপা অখন্নবা লৈবাক অদুদগী য়াম্না লাপ্পা চখোকখিবা তাঞ্জাদা য়ুসুফ খান্না মানা নিংলিবদু পাংথোক্লগে হায়না খল্লম্মী। হায়রিবা নুমিৎ অদুগী নুমিদাংব্বাইরমদা দরবার ফমলিঙৈদা মহাক্লা নিংথৌরেল অকবরদা হায়রম্মী, "ইনিংথৌ, বীরবল হায়রিবা নিপা অসিনা অতোপ্পা মীগী থম্মোইনুংদা খল্লিবা ব্বাখল ফাওবা হায়বা ঙম্মী হায়না চাউথোক্লা হায়রি। অদু ওইরবদি মহাক অসি ঐখোয় খ্বাইদগী হেন্না থোইদোক্লা হৈবা শিংবা মীওই ওইরোইদ্রনে ?" মহাক অসি ইনিংথৌনা খল্লিবা ব্বাখল

ফাওবা ফোংদোক্তুনা পেলহনবা ঙম্মী। মসিবু পুম্নমক্কগী হেন্না শিংবা জ্ঞান লৈবা ওইরোইদ্রনে, ইনিংথৌ? অসুম্না হায়রদুনা নিংথৌরেন অকবরনা শাউনিংবা পোকননবা কয়া হায়রম্মী।

"অহ, মহাক্তি লাইপোক্পি, মদুদা চিংননিংঙাই করিসু লৈতেনা", অতোপ্পা মীহৌচাওবা দরবার মেম্বর অমনা হায়রক্লম্মী। "তশেংনমক মহাক্না খঙবা ঙমদবা পোৎ মতমসিদা করিসু লৈতে।"

"মহাক্পু অদুক য়াম্না শিংবরনে?" নিংথৌরেলনা হঙলম্মী। য়ুসুফ খান্না হায়হন্নিংলিবা ৱাখল অদুগী চপ চাবা পাউখুম ওইনা তৌরম্মী। ঐখোয় য়াম্না থুনা মদুগী মরম খঙদোক্লগনি।

নুমিৎ খরনিগী মতুংদা নিংথৌ বীরবল মহাক্না থবক পাংথোক্লুবদগী হল্লক্লম্মী। হল্লকপগা থিন্দনা নিংথৌরেলগী কোনুংদা তৌবা অপিকপা লন্নাই ৱা খন্নবা অমদা শরুক য়ারম্মী। ৱা তান্নবা অদুদা য়ুসুফ খান অমদি মাগী মরুপশিংসু য়াওরম্মী। মখোয় নিংথৌরেন্না বীরবলদা হঙগনি হায়রিবা ৱাহং অদু হংবা তানবা য়াম্না খৌরাংনা ঙাইদুনা লৈরম্মী। মখোয় নিংথৌরেলনা মফম অমদা ৱাহং অদু শোয়দনা বীরবলদা হঙগনি হায়না থাজরম্মী।

"মহাক পাউখুম অদু করম্না খুমগনি," য়ুসুফ খান্না খল্লম্মী।

মহাক অসিগুম্বা ৱাঙাঙ, পোৎশক অসি অমুক্তা হায়খিবা লৈতে হায়না ৱাকৎলক্কদ্রা নএগা য়ারক্লোইদ্রা ? মেম্বরশিংনা হায়রম্মী।

"খঙদি খঙদনা খঙবা শাদুনা নাহ্লোরুবা উপাই তৌরক্কদ্রা? মহাক্নবু ঙমগদরনে?" মীওই খরনা হঙনরম্মী।

য়ুসুফ খান্নদি মসি বীরবলনা তৌবা সুকওই ওইথোক্লোই হায়বগী থাজবা লৈ। মরম অসিনা মহাক্না মীফম অদুগী থবক অদু লোইশিন্দ্রিফাওবা হরাওনা ঙাইদুনা লৈরম্মী।

বীরবলনা অসীকপা লৈবাক অমগী লৈঙাকপা অমবু লান তৌনদনা মখোয়গী মখা পোনকগী খোঙচৎ অদু মায় পাক্না হল্লকপগী পাউখুম অদু পীশিল্লম্মী। নিংথৌরেল অকবর বীরবলবু হরাওনা অমদি নীংথিনা মনা চাউনা পীদুনা থাগৎপা ফোংদোক্লম্মী। অতোপ্পা পাউশিংসু বীরবলদগী তারম্মী। মহাক্না লাম্নীগী মকোক থোংবদা অমসুং মীওইশিংদা মাগী ৱারেপশিং পীরম্মী।

নোংমদুগী থবক পুম্নমক লোইরবগী মতুংদা নিংথৌরেল অকবরনা বীরবলদা হঙলম্মী, "মরুপ, নহাকনা হৌজিক অতোপ্পা মীগী ৱাখল পাবা, খঙবা ঙম্মী হায়নৈ, মসিবু অচুম্বরা ?"

বীরবল নিংথৌ মীনা খজিক্তং হায়রকপদা মদুনা করিনো, করি লাক্কদগে নত্রগা করি থোকখ্রবগে হায়বনচিংবা হেক্তা খঙবা ঙম্বা মীওইনি। নিংথৌরেল অকবরনা হঙলক্লিবা ৱাহং অদু হেক তাবদা ইনিংথৌদা কনাগুম্বা খরনা ঐগী মায়োক্তা তৌরে হায়বসি খঙই। তৌরকইবা খুদিংমক অদু ৱাহং অদুগী মওংনা তাকই। বীরবলনা থবক অদু কুইদ্রিবা অমনি হায়না খঙলমই। মহাক্না দরবারগী কা অদু মীৎয়েং কুপ্না কোয়না য়েংলম্মী। য়ুসুফ খান অমসুং মহাক্কী কাঙবুনা থওই উশিওনা মঙোন্দা ওনশিল্লগা নোক্তুনা লৈবদু থেংনরম্মী।

বীরবল মোমোন মোমোন তৌবগা লোয়নননা নিংথৌরেল লোমদা ওনশিল্লম্মী অদুগা য়াম্না ঈংনা তপ্না হায়রক্লম্মী, 'ইনিংথৌ, ইনিংথৌগী খঙবদা ৱারবা ৱাখল অদু খঙনবা হোৎনগে হায়নসু খল্লুদে নত্রগা ভাবনা শারুবসু তৌরুদে। অদুম ওইনমক, ঐহাক্না ঙসিগী নুমিদাংৱাইরম অসিদা মফম অসিদা লৈরিবা মী খুদিংমক্কী হায়বদি অতোপ্পা মীশিংগী মখোয় মখোয়না খল্লিবা ৱাখল অদুদি তশেংনমক হায়বা ঙমই।"

মহাক ঙহাক লেপ্লগা য়ুসুফ খানলোমদা য়েংলগা মোমোন নোক্লম্মী। "ঙসিগী মফম অসিদা পুল্লিবা ইনিংথৌগী ননাইশিং অসিগী পুক্লিং ৱাখল অমতা ওইনা খল্লি। মখোয়না খল্লিঃ ঐখোয়গী নিংথৌরেল মতম চুপ্পগী ওইনা থৌজাল, লৌশিং অমসুং হকচাং ফবা হায়বা গুনশিংসিগা লোয়নননা ঐখোয়গী লৈবাক অসিবু ঙাকপা ওইসনু।" অদুদগী য়ুসুফ খানলোমদা ওনশিল্লগা হঙলম্মী, "ঐনা হায়রিবসি চুম্লোইদ্রনে, নুংশিরবা মরুপ? "

য়ুসুফ খান হায়রিবা দরবার মেম্বর অসিসু মেম্বর ময়ামগী মরক্তা মমিং লৈবা মী অমা ওইরম্মী। মহাক বীরবলনা তৌরিবশিংদু খঙলম্মী। মহাক মায়থিবা তারম্মী।

য়ুসুফ খান বীরবলগী অরংবা মীৎশিং অদুগা চান্নরুরে। বীরবলগী পাউখুম অমসু মঙোন্দা ওনশিল্লগা হঙলিবা ৱাহং অদুনা মহাক মায়থিরে হায়বসি খঙলম্মী। মহাক নিংথৌরেলগী য়াইফনবা খনবা নত্তনা অতোপ্পা কনা অমতগী খন্দে হায়বদুদা য়ানিংদবা ঙল্লমদে। নোক্লিংদা নোক্লিংবা

ারদুনা মহাক্কী চিনবান অদু মোমোন নোকশিন্নরগা মকোক নোল্লদুনা ্য়রকই, "ইনিংথৌ, মহাক্কা হায়রিবসি তশেংনমক চুন্নবনি।" মফম মদুদা তিল্লমল্লীবা মীয়াম অদুসু য়ানিংবগী খোঞ্জেলনা মুরুম মুরুম শান্নরম্মী। কনা অমনা নিংথৌরেলগী ফমবা খনবা নত্তনা অতোপ্পগীসু খল্লি গ্য়বসিদা থৌনা ফমা হায়দোকপা ঙম্লমদে।

বীরবল, হায়ঙমদনা নুংঙাইবগী মায়থোংগা লোয়ননা নিংথৌরেল লামদা লৈশিল্লক্রুম্মী। মহাক অমদি নিংথৌরেল মখোয় অনিমক্কা করিনো তৌরিবদু হায়বদু তশেংনা খঙলম্মী। মদুদা নিংথৌরেল অকবর নোকথোক্রক্রুম্মী।

" বীরবল, নহাক চাংদমনিংঙাই লৈতনা, লম্বা লৈতবা মীশক্লি।" নিংথৌরেলনা লাউরক্রুম্মী।

বীরবলগী য়েক্লবশিংদি নিংথৌরেলনা লাউরকপা মতম অদুদা হায়ফম খঙদনা শাউরদুনা তুমিন তুমিন লৈনরম্মী।

"খাঙবা কনবা, শাউগন্দবা, মশাবু মশানা ফাথজবা ঙম্বা, লৌশিং শিংবা মীওইশিংদি মতম অয়াম্বদা মঙ্গল ওই।"

## পুক্লিংগী ফীভম

ফতেহ্পুর সিক্রিদা লৈবা নিংথৌরেল অকবরগী কোনুংগী খা থংবগী খুঙ্গং অমদা য়াম্না শাউগনবা পুরোহিত মতৈ-মনাও অমা লৈরম্মী। পুরোহিত অদু নোংমদা চারা নাম্মতমক চারম্মী। মাগী নুপীদি মপুরোইবগী চরা নাম্মদুগী চাননবা থোংবা থাকপদা অদুক্কী মতিক ৱারম্মী। মপুরোইবা অদুনা খজিক্তং হাওতবদা, শোইখিবদা হেক্তা চারমদে, চারা হেক্তা হেন্দোকই অদুগা মাগী নুপীবু মথোং মরম খঙদমখৈ ফু-চৈবা তৌরম্মী।

চাকশঙদা চাক থোংবা মতমদা মখল মথেল কয়াগী মনম নুংশিরবা এঞ্জাংশিংনা লৈতেংবা তাই। নুমিদাংৱাইরম পুরোহিত অদুনা য়াম্না লাম্না চাননবা ফমলম্মী। মথেল লুকোই পুন্নমক য়াম্না নিংথিনা চারবগী তুংদা পোখারম্মী। করিগুম্বা মখল মথেল অদু মনম নুংশিদ্রবা, অহাওবা ওইদ্রবদি মাগী নুপীবু থীনা থীনা ঙাংলম্মী।

মোংমদি পুরোহিত অদু য়াম্না ৱানা থবক শুরুবদগী নুমিদাংৱাইরমদা য়ুমদা হল্লকলম্মী। মহাক্না চাকশংদা মাগী নুপীনা থোং থাক্লিবা চাক এঙাং অদু চাননবা হ্মথরম্মী। অহানবমক্তদা হৌজিক্তা হৌবদা ভায়রিবা অশাবা তল অমা চাননবা শেংলম্মী। শেংলবা তল মচেৎ অদু নিংথিনা থোং থাক্লবা হৱাই থোংবা অদু কৌৎনবা হেক তৌরকপা মতমদা হৱাই অদুদা শম অমা য়াওবা উরম্মী। মদুদা মাগী নুপীবু য়াম্না শাওনা কন্না লাউরদুনা হৱাই থোংবা অদু মপান্দা হৈদোকখিরম্মী। মসিগী চিঙাক অসি ফত্রে। মসিনা মাংহল্লে, হৱাইদা শম অমা য়াওরে অদুনা মসি চাবদা মপুং ফাদ্রে।

পুরোহিতকী নুপী অদু মপুরোইবনা লাউবা তাবদা চেল্লকলম্মী। তল অমসুং হৱাইশিং অদু শুমাঙদা ইচাই চাইনা লৈরম্বদু উবদা মহাক কপ্লম্মী। নুমিৎ অদু অনৌবা তল অমসুং হৱাই থোংননবা মতম লৈরমদে। নুমিৎ অদুদা পুবোহিত অদু চাক চাদনা চৎখিরম্মী। নুমিদাংৱাইরম অসুম য়ৌশিল্লকপগা মহাক্কী অশাওবদু অসুম অসুম হেনগৎলক্লম্মী। মহাক্না হায়রম্মী, "চেকশিল্লু, নুপী করিগুম্বা অমুক হন্না চাক এঙাংদা শম উবা ফংলবদি, নহাক্কী নকোক্তা হৌরিবা শম অদু অমতা হেক খাক্তবমখৈ নরু কোকথোক্কদবনি।"

মাগী নুপী অদু কিবনা থক থক নীক্লম্মী। মহাক অসুক্কী মতিক চেকশিন্না মশাগী শম অদু তুংলোমদা চেৎনা পুল্লম্মী অদুগা কোক অদুনা মাগী শাড়িনা কুপ্লম্মী। অসুন্না চয়োল অমা হৌখ্রে। পুরোহিত অদু মাগী নুংতিগী চাকলেন অদু হরাও তয়াম্বগা লোইননা চারম্মী।

নোংমদি মহাক্না খামেন অথোংবগা তলগা চখোম অমতং চাননবা তৌরকপা মতমদা অতোপ্পা শম অমসু য়াওবা উরম্মী। হায়রিবা শম অদুদি তল অদু হৌবদা য়াওবা ওইরম্মী য়াম্না কন্না ফাজল্লম্মী। মদু উবদা পুরোহিত অদু অশাওবনা হেনখিবনা চোং চোংদুনা চাকশঙলোমদা চেনশিল্লক্লম্মী।

"ঐঙোন্দা খুর পুরকউ। হৌজিক নহাক্কী শম অদু কোকথোক্কে," পুরোহিত অদুনা হায়রকই। মাগী নুপী অদু অকিবা ফংনা কপ লাউরম্মী। পুরোহিতনা চাকশঙ অদু য়ৌরকত্রিঙৈদো মাগী নুপীনা থোঙ তম্না চেলশিল্ল গা থোঙগী পোরোন অদু লোন্দুনা থীংজিল্লম্মী। মহাকসু ঙম্বমখৈ কপ-লাউদুনা থোঙ অদুবু ঙাক্লম্মী।

"খুদক্তা থোঙ অসি হাংদোকউ", পুরোহিত অদুনা শাওনা লাউরক্লম্মী।

"ও, নতে, নতে; নতে, নতে", মাগী নুপীনা তেংথারদুনা কপ্লম্মি।

"ঐবু ব্বারকপীয়ু, ঐবু চারা হেনহনবিয়ু। নহাক্লা ঐগী শমদদি কক্লোই হায়বিয়ু। আহ! ঐবু ঙাকপিয়ু", মাগী নুপীনা হায়জরক্লম্মী।

নুপীদুগী থম্মোই শোক্লা কপ্পা অমসুং পুরোহিত অদু অঙাওবা ষননা লাউ খোঙবগুম মফম মরাং খঙদনা লাউ খোংবা অদুদা লৈকাই অদুদা লৈরিবা মীওই পুন্নমক তানরম্মী। মীশিংনা মখোয়গী ইমুং মনুংদা করি অব্বাবা তারবগে অদুগা করি তৌরবগে য়েংউনবা চেন্নরক্লম্মী। মখোয়না থৌদোক অদু খঙলক্লবা মতমদা খর অমনা নোক্লম্মী অদুগা খর অমনা শাওরিবদুগী মরম হংদুনা পুরোহিত অদুগা মরৈ তৌনরম্মী। খর অমনা পুরোহিত অদুবু শাওবা ফনবা অদুগা মাগী নুপীবু করি অমতা তৌদনবা হোৎনরম্মী। মহাক্লা মখোয় ময়াম্না হায়রিবদু য়াম্না শাওনা য়ানিংলমদে। মফম অদু মীয়াম থুংলবদগী মীয়াম পুনবা অসুম অসুম হেনগৎলম্মী। অদুগা মতম চুপ্পদা মাগী নুপী অদুনদি চাকখুমগী থোঙ মরুমদা তেংথাদুনা কপ্তুনতা লৈরম্মী। মীপুম খুদিংমক তৌফম খংদনা লৈনরম্মী।

তাঞ্জা অদুদা অহল ওইরবি নুপী অমনা মাগী মশু-নুপাদা তুমিন্না হায়রম্মী। বীরবল নিংথৌদনা ব্বারম অসি কোকহনবা ঙমগনি, ইশুনুপা। নঙনা হেক ঙম্বমখৈ থুনা য়াঙনা চত্তুনা উপাই লৈত্রবি নুপী অসিগী ব্বারি মঙোন্দা লিদুনা কন্ননবা হায়জরুচো।

হন্নুবি অদুনা হায়রিবদু নুপামচা অদু য়ারদুনা কোক নোক্লম্মী। মহাক চীংদা নুঙ অঙাংবনা মথোল অনিনা শারিবা বীরবলগী য়ুম অদু তান্না চেনখৎলম্মী। নুপামচা অদুনা ব্বারি পুম্মমক লীরম্মী। বীরবলনা ব্বারিশিংদু মুন্না তারম্মী অদুগা মহাক থবক অদু পাংথোক্কে হায়না থ্বজবা পীরম্মী। বীরবলনা নুপা-মচা অদুদা করিগুম্বা খর তৌননবা শিন্নরম্মী। মদু তাবদা নুপামচা অদু মোমোন মোমোন নোক্লম্মী অদুগা বীরবলনা হায়রিবা খুদিংমক পাংথোক্লবা চেনখিরম্মী।

পুংখায় অমমুক লৈরবা মতুংদা পুরোহিত অদুগী য়ুমলোমদা বীরবলনা লুচিংদুনা অপিকপা সভা যাত্র অমা লাক্লম্মী। মসি য়েংবদা মী পোৎলোয়বগী চৎপা যাত্র অদু মাল্লম্মী। মী অনিনা ব্বানা শাবা কু অমা পুরম্মী। অদুম ওইনমক

কু অদু অহাংবনি। অতোপ্পা অমনা শীং খরা পুরম্মী। অঙাং অদুনা লৈশিং অমসুং ধুপ থাবগী মৈখু কাবা কম্বি পুরম্মী । অসুন্না লাকপনা মখোয় পুরোহিত অদুগী য়ুমদা থুংলম্মী অদুগা পুরোহিত অদুগা নক্লনা লেপ্লম্মী।

পুরোহিত অদুনা লৈশিল্লক্লগা য়াম্না শাওনা হায়রম্মী, "করিনো তৌরিবদু। কনা শিরবগে ? করিগীনো নখোয়না মফম অসিদা কু পুশিল্ল ক্লিবসে?"

"কনাগুম্বা অমা মফম অসিদা শিরে হায়না তায়", বীরবলনা হায়রম্মী।

" লুখ্রাবিদমক মরু কোক্কনি, কোক্রনে ? নহাক্কী নুপীগী মকোক মরু কোক্কনি হায়না তায় , অদুনা নহাক শোয়দনা শিগনি হায়না খল্লি। নহাক শিগদৌরবরা ? ঐখোয় পুন্নমক নহাক্কী পোৎলোয়নবা শেম শাবা লোয়রে।

"মহাক অহানবদা শিবা তাই, মহাক ওইরোইদ্রনে?" মীয়াম মরক অদুদা ব্যভার লৈতনা অঙাং অদুনা লাউরক্লম্মী।

"অদুবু মতম অদুদদি মহাক্কী নুপীগী শমদি কনানা কক্কনি। মহাক মশামক্না মসি তৌবা পামই! " অতোপ্পা অমনা লাউরক্লম্মী। মদু তাবদা মীয়াম অদু হৌনা নোকপা হৌরক্লম্মী।

পুরোহিত অদুনা ইকাইদুনা চপ লেপ্পুনা লৈরম্মী। মহাক বীরবলনা মঙোন্দা উৎকে হায়না হোৎনরিবদু ভাব তারম্মী। মহাক্কী অশোয়বা কয়া অদু মতুংদা অমুক তৌদনবা খল্লম্মী। তপ্না তপ্না মহাক চাকশঙলোমদা চৎখিরম্মী।

"থোরকউ লাউনহে, নুপী নঙবো, " মহাক্না ঈংনা তপ্না হায়রম্মী।

"ঐ অমুক হন্না অসিগুম্বা অপঙবগী থবক অসি তৌররোই," পুরোহিত অদুনা হায়রম্মী ।

মাগী নুপীনা থোঙগী পোনাদু হাংলম্মী অদুগা মহাক্কী মনাক্তা লেপ্লম্মী। মপুরোইবগী মতৌ অদু উরুবদা নুপী অদু থম্মোইদা পুঙমদবা ৱাখল অমা পোক্লমই । খাঙবা ঙমদ্রদুনা মপুরোইবগী মখোঙদা লাইবক কৎলগা, "ঐহাক থোং থাকপদা অমুক হন্না চেকশিঞ্জরগে," হায়রদুনা কপ্লম্মী।

অকোইবদা লৈরিবা মীয়াম অদু মখোয়গী মতৌ অদু উবদা নোকপসু, নুংঙাইতবসু য়াওরম্মী।

বীরবল অমসুং খুঙ্গংগী মীশিং অদু মোমোন নোক্লদুনা হরাওনা য়ুমদা হন্নখিরম্মী।

"করিসু লৈতবা মরম খরগীদমক ৱাখল খঙ্গরুদনা তৌবা থবক তুংদা অফবা ওইরক্তে।"

"মশানা মশাবু ৱারকচবা, খঙ্গবতনা তুংগী অফবা ওই।"

## থোকখিদ্রিবা অমসুং থোক্লরোইদবা থৌদোক

নোংমা নিংথৌরেল অকবর অমসুং বীরবল করিগুম্বা ৱাফম খরা খন্ননবগীদমক দরবারগী কা অমদা লৈরম্মী। মখোয় অনি ৱা কয়া খন্নরবা মতুংদা খঙহৌদনা নিংথৌরেল অকবরগী থম্মোইদা খঙনিংবা অমদি অঙকপা থৌদোক খরা মাগী মতমদা উবা পাল্লম্মী। মুন্না খল্লবগী তুংদা বীরবলদা ওলশিল্লগা হায়রক্লম্মী, "বীরবল, নহাক সংসার অসিদা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা অদুগা লোয়ননা তুংদসু থোক্লরোইদবা থৌদোক অমা থোকহনবা ঙমগদ্রা?" বীরবলগী ৱাঙাং তাদ্রিঙৈদো নিংথৌরেলনা মখা শমথরকই, অদুগা লক্লবগুম "নহাক্লা মসি ঙম্লবদি মনা চাউনা পীদুনা ইকাই খুম্নগনি, মন্ত্রিশিংগী মথক্তসু লৈহনগনি।"

বীরবল য়াম্না চীংলেম্না নিংথৌরেলদা হঙগৎচরকই, "ইনিংথৌ হোৎনজগে তৌবদবু হৌজিক হৌজিক য়াম্না তহা তহা পাংথোকপা য়াবদি ওইররোই।"

"মসি পাংথোক্লবা হোৎনবদা করিগুম্বা অরুবা খরদি লৈ ইনিংথৌ। নহাক্লা হায়নিংবা খুদিংমক হায়রো, ঐহাক্লা লোইনমক শীন্নাংলগনি অদুগা মতমদি কয়াম কুইনা চংগদগে হায়রো?

মসি পাংথোক্লবা হোৎনবদা শেল ওইনা লুপা লাখ অহুমলোম চংলবা য়াই, অদুগা মতমদি খরা কুইনা চংগনি, য়ামদ্রবদা চহি অমমুক চংগনি, ইনিংথৌ।

ফরে, নহাক্না হায়রিবা শেলফম অদু লৌরো অদুগা মতমদি খর শাংমল্লি, খর থুজিন্নবা হোৎনৌ, ইনিংথৌনা হায়রম্মী।

“ফগানি, ইনিংথৌ”।

মহৌশানা অচম্বা, অচুম্বা চৎপা মীওইশিংদি লমচৎ ব্যবহার হৌনালোনচৎ ফজে। ঈশ্বর হায়বসি অচুম্বা চৎপা লমচৎ শাজৎ ফজবা মীনুংসি খঙবা অদুবুনি। বীরবল মহারাজসু অদুগুম্বা মীওইনি। মঙোন্দা অকিবা তুজুংবা লৈতে। মথৌদা পুক্নিং চংবা মীওইনি। ঈশ্বরনসু মহাকপু থৌজালবিবদগী মহাক্না তৌবা থবক খুদিংমক্তা মঙ্গল ওইরিবনি।

ইনিংথৌনা পীরকপা শেনফম অদুগী তথ্বায় অমরোমদি লৈত-লাইরা, ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবশিং সাধু সৈন্যাসিশিংদা য়েংহৌক্রম্মী। তথ্বায় অমরোন্না মহাকনা তৌগদৌরিবা থবকশিং অদুগী খুজিল থৌরাং তৌন্নবা থল্লম্মী। মহাকুল্লবা নুংশিজরবা, মহাক মশামক্লি খঞ্জনা লৈমিন্নরিবা মচানুপা অহল অদুদা মরম পুন্নমক য়ান্না কুপ্না শিন্নরম্মী। লৌশিংদা জ্ঞান্দা তাদ্রবা থোইদোক্না মপাগী লৌশিংবু ফংজরিবা, পোকপদগী লোয়নরক্লিবা মচানুপানা নোল্লুক্না মপাগী য়াথং কোক্তা থোংলদুনা থৌরম পুন্নমক কনা খঙহন্দ কনা তাহন্দ চেকশিন্না শিল্লাংনবা শেম শারম্মী।

মতম খর বীরবল দরবার কাররুক্নম্মী।নিংথৌরেন অমদি দরবার মেম্বরশিং লৈবাক্কী থৌরম কয়াদা থবক য়ান্না চিল্লম্মী। লৈবাক্কী চাউখৎ থৌরাং কয়াদা পুক্নিং চংখিবদগী নিংথৌরেল অকবরদি হায়নখিবা ব্বাফমদু ফাওবা কাউশিল্লক্রদুনা মমি ফাওবা তাদবগুল্লে।

নোংমদি খংহৌদনা বীরবল অরুম-লাইহৌ তৌদুনা দরবার কাবা ঙমদ্রে। বীরবল লাক্তবা অদুদা দরবার অদু মপুং ইফা ফাদবগুম তৌরম্মী। মহাক লাকত্রবদি মীপুম খুদিংমক্না হেক্তা খঙবা ঙম্মী অদুগা অতোপ্পা মন্ত্রি অমা লাকতবদি থোইনা খন্নরুদে দরবার অদুম মপুঙ ফানা চখৈ। বীরবল খংহৌদনা লাক্তবা থোক্রবদি দরবার মীফম ফাওবা মতম লোইদনা লোইশিল্লি।

মহাক ঙমদ্রে তাবদা ইনিংথৌ অকবরনা অফবা মাইবা থাদুনা য়েংহল্লি। অদুবু নাগে হায়না নারবনিনা বীরবলগী অনাবদু মাইবনা হিদাক কয়া শেমদুনসু কয়া অমা হোৎনদুনসু ফবা ঙমদনা নোংম নোংমগী অসুম

অসুম হেনজিন্নক্রম্মী। অনাবগী ফীভম অসি য়ৌরে হায়বা ফাওবা ঙম্লম্মী।

অনাবনা মফম্‌লকত্রবদুদা অমদি বীরবলনা দরবার মকারকত্রবদুদা ইনিংথৌ মশামক বীরবলগী শঙ্গাইদা অনাবা হংবা লেংলক্রম্মী। মতম অদুদা নিংথৌরেলগী থম্মোইদা বীরবলগী শোকচিন্নবা হকচাং অদু উরুবদা থীংঙমদ্রবা ৱাখলগী ঈপোম হৌরক্রম্মী। পুক্লিং ঈথিল থীংঙমদ্রদুনা বীরবলগী শকফমবু উরুবদগী ফাইরবা খোম্থাংনা নুংশিরবা মরুপকী সনা কোক্তা নাল্লদুনা ঈশ্বরগী মফমদগী আর্শিবাদ নিজরম্মী।

বীরবল ইনিংথৌদা তপ্না তপ্না হঙ্গৎচরম্মী, "ইনিংথৌ, ননাই ঐহাক হন্দক্তি শাংনা লৈগদবা মান্দ্রে। সংসার বিদাই তৌরগদৌবমাল্লে। ঐহাক্কী থম্মোইদা য়াম্না নুংঙাইতবা অমা মতম শাংনা ওমদুনা লৈরে। মসি অসুম ননাই ঐহাক্না শেংদোকপা ঙমদুনা চৎপা তারমাল্লে হায়রদুনা পুক্লিংগী অৱাবা কয়া ফোংদোক্রম্মী।

মদু তাবদা নিংথৌরেল অকবরনা মরুপকী ওমচাক্লনা লৈরিবা থম্মোইগী অৱাববু করিনো তাকউ হায়না হঙবিরম্মী। "ননাই ঐহাক্না ৱাজবদি ননাইনা সংসারদগী লৈত্রবা কান্দা ননাইগী ইমুং মনুংগী অৱাৎ-অপা পুম্বা য়েংবিনবা জীব অমা ফাওবা লৈররোইদ্রা হায়বসিনি," বীরবলনা নুংঙাইতনা হায়রম্মী।

মহাক্কী অচানবা মন্ত্রিগী ফীভম কায়রবা থম্মোই অদু উরুবদা নিংথৌরেল অকবর থম্মোই পুবা য়াদ্রমাল্লে। পুক্লিং ফাজিঞ্জরগা নুংশা থিনা তাকপিরকই, "বীরবল! নহাক্কী থম্মোই অদু য়ৌথ্রবা ? মদু খনগনু, ঈশ্বরনা জিব পুন্নমকপু কনবিরি। মহাক্তি ঐখোয়গী মপুনি। ঈশ্বর নিঙউ,মহাক্না শোয়দনা কনবিগনি," তপ্না ঈংনা ইনিংথৌনা হায়রক্রম্মী।

ইনিংথৌনা মখা অমুক তারকই, "নহাক্কী ইমুং মনুংগীদমক্তদি ৱারুগনু, ঐহাক্না লোইনমক ফনবা শিনগনি, মদুগীদমক করিমতা খল্লুগনু। নহাক্কী নুংঙাইতবা ৱাখল অদু থাদোকউ, শোয়দনা নহাক ফরক্লগনি।"

ইনিংথৌ মফম অদু পাক থাদোকপা ঙমদনা বীরবলগী নাক্তা ফমদুনা অনাবা সেবা তৌদুনা লৈরম্মী। অসুম লৈথোকপদি য়াদবনিনা, ঙাইহাক লেংশিল্লগা নুংঙাইতা নুংঙাইতা লেংখিরম্মী।

নোংঙাল্লে নুমিৎনা হায়গৎলকপা অয়ুক পুং ৯,৩০ তারকপা অদুৱাইদা

বীরবল সংসারদগী বিদায় লৌখ্রে। লৈকায়গী মীয়াম শাগৈ-নাতৈ অমদি ইমুংগী নুপী অঙাং থরো থরো ওন্দুনা কপ্পা লাউনরে।

মহাক শিবগী ৱাফম অমদি থৌদোক খুদিংমক মহাক্কী নুপী অমদি মচাশিংদা কুপ্পা শিন্নরম্মী। মরম অসিদগী মহাক শিবগী থৌদোক অসি কনা অমত্তনা খঙবা ঙম্মখিদে। মহাক্কী অশিবা হকচাংনি হায়দুনা শগোল হুৱাইনা মীতম শারদুনা পাঙ্গোং কৌবা পামেল উ অদুনা মীওইবগী সনা হকচাংগী লৈনমগা মান্নরবা শীং অদুনা তাইবঙ লক্তগী পুথোকখিদুনা লাইরৈবাক্কী লৈকোন্দা তিলহনখ্রে।

লৈবাক অদুগী ইচিন-ইনাও, ইপা-ইপন, ইমা-ইবেল পূন্নমক বীরবল শিবগী পাউ তাবদা অৱাবগী পনখৈ লৈরমদে। মখোয় খুদিংনা মহাকপু অসুক্কী মতিক চেৎনা চান্না থম্মরম্মী। "নুংশিবা হায়বা পোৎশক অসি শাগৈ জাৎ নাইদে, জাৎ বিজাৎ খাইদে।" থোইদোক্লা অৱাবগী ঈপাক্তা লংশিল্লিবদি ইনিংথৌ অকবরনি। মহাক্কী থম্মোইদা অৱাৎপা অমা মেনশিনবা ঙম্মলরোইদবা অমগুম মতম পুম্বদা হাংদুনা লৈরম্মী। লৈবাক পূন্নমক অৱাবা ফোংদোক্লে। দরবার ছুতি থাদোক্তুনা অৱাবা ফোংদোকপা সভা তিল্লম্মী। নুমিৎ তরেৎনি অৱাবা ফোংধোকপা ওইনা দরবার ছুটি থাদোক্তুনা অৱাবা ফোংদোক্রম্মী। মীপূম খুদিংগী থাম্মোইদা তেংথা নাওইগী থোম্থাং মতম্না হৌখিবগা শাম্নক্লে, মী অয়াম্বনা কাউনরক্লে। ইনিংথৌসু লৈবাক্কী থৌরম য়াম্বনিনা মহাক্কী ৱাফম নিংশিংবা থোক্তরে, কাউখরে।

বীরবল, কনা খঙহন্দনা, মী পোঙ উহন্দনা ইমুংদা লেল্লকপা থা তবামুক মপাল ঈপাল থোক্তনা লৈরকপনা মহাক্কী শাওং শাদা পুমহোং হোংখ্রে। মহাক্কী মশম মনা, মকোই, খুজিল মতম অসুক কুরবসিদা কক্রক্তবনিনা য়েংউবদা শওমগুমলে, মতু চোম্লে, অদুগা অঙকপা মীনা কিনরবা শকফম তাইফেৎ তাইরবা অমুবা কুচুগী ইরং লংনা তাইবং মীওইদগী খেৎনরবা মীওইগুমলে।

বীরবলগী মচা নুপা মপাদগী লৌশিং থোইনা তদ্রবা, মিৎয়েং অমুক্তং য়েংবদা করিনো হায়বা খঙলবা অদুদা হায়রম্মী, "সহরগী ৱাংমদা লৈরিবা চীংশাং অসিগী মথক্তা ফজরবা উগী মথোল তরেৎ কী দলাল অমা শাগদবনি।" মসি শাননবগীদমক নীংথিনা হৈশিংলবা উচন চনবা হৈরবা মিস্ত্রিশিং নেত্তুনা অহিং অমদা পানখৎনবা তৌগদবনি। দলান অদু অরাপ্পদগী

য়েংলকপদা য়াম্না ফজবা, ইরং লংনবা ফজবা মখলগী মচু তৈগদবনি। মনুংদা কাখৎনবা উগী কৈরাকসু নীংথিনা শেমশাগদবনি। থোং থোংনাওশিং মিংশেল চনগদবনি, হেক য়েংলকপদা স্বর্গগী লাইশিংনা লৈবগুম্মা পুক্লিংদা ফাওহনগদবনি। মদুগীদমক লুপা লাক্ক অমসিনা শিল্লু। দোলাল অদুগী মচাক মথুম পুন্নমক শেম শাবা লোইরদুনা ইখঙ খঙহৌদনা অহিং অমদা মথোল তরেৎকী অৱাংবা য়ুম অদু পানখৎলে। ফক্লাংশিং, থোঙ থোঙনাওশিং অপাকপা অমদি চান্ন চান্নবা ফজরবা মিংশেলশিংনা মফম চানা চানা হাপ্তুনা লৈতেংলে। নীংথিনা শেল্লবনিনা অরাপ্পদগী য়েংলকপদা স্বর্গগী দোলালমক্কা খেন্নদবগুমলে।

তাইবং মীদগী তোঙাল্লবা ফীজোলশিং শেৎলদুনা বীরবল অৱাংবা দোলাল অদুদা লাক্লগা কাখত্তুনা মনুংদা লৈখিরম্মী। নোংঙাল্লকপদা মীপুম খুদিংমক্কা উরে। নহানমখৈ লৈরমদবা ফজরবা য়ুম অমা ঙসি লৈরমলিবসিদি করিনো অঙকপা অমনিনা। য়েংবদসু ঈরং ঈরং লংই, য়েংবদা অকিবগী মশক্লি। মীপুম খুদিংনা মফম অদুদা লাক্তুনা মদুবু থোকহৈদ্রবা থৌদোক অদুবু য়েংবা লাক্লরম্মী।

দরবারগী মতম য়ৌরক্তুনা বীরবল দোলালদুদগী কুমথরক্লগা অঙকপগী ফীজোলদুগা লোয়ননা বাদশাহগী দারবারলোমদা লাক্লম্মী। মীয়াম্না মাবু মশক খঙনদ্রে, য়াম্না ঙক্লদি য়েংনখিরম্মী। দরবারগী মী খুদিংমক্কা মাবু উবদা পাখৎনবগুম কিনবগুম তৌরম্মী। তীল্লল্লিবা খুদিংমক্কা করিগুম্বা অমতা ঙাংনে শক্লরমদে। তুমিন তুমিন মাবু য়েংদুনা লৈরম্মী। থৌনা ফরবা অকবরনা য়াম্না নোল্লুক্কা হঙজরম্মী "মহাশয়বু কনা ওইরবনো? করি লমদগী লেংবিরকপনো ? করি থবক্কী লাকপিবনো, খঙজবা য়াগদ্রা ?

মদু তাবদা নিপা অদুনা য়াম্না হৌনলোনচৎ খঙনা নোল্লুক্কা খুম্মক্লম্মী, "বাদশাহ ! ঐহাক অদোমগী মতম অমগী দীৱান ওইরম্বা বীরবলদুনি।"

অকবর পুমঙক ঙকখ্রে। মরমদি বীরবলদি হাকুম শিখ্রে। মথৌ মঙম লোয়না পাংথোকখ্রে। মহাক্লা হায়রকই— "বীরবল ! নহাক্তি হাকুম শিখ্রবা নত্রা? মাগী ভুত ওইনা লাক্লিবরা, করম হায়না লাক্লিবনো ?

অশেংবনি, বাদশাহ ঙসিদগী চহি অমগী মমাংদা ঐ শিখ্রবনি, স্বর্গলোক য়ৌরগা ইন্দ্ররাজনা ঐবু ফম অমা পীবিরে, মফম অদু ওহ্লোক্ল ফজখ্রে । অৱাৎপা অমত্তা লৈতে। অমৃত হায়বদু ঐসু থকপা ফংজরে । স্বর্গগী ফজবসি

ফোংদোকপনা মরাৎলগনি। মফম অদুদা ঐহাক য়াম্না নুংঙাইনা মতম লেম্লি।

"অদুক নুংঙাইবা স্বর্গদু থাদোক্তুনা মফম অসিদদি করিগী লাক্লিবনো?" অকবরনা হঙলম্মী।

বাদশাহদি ঐগী নুংশিরবা মরুপনি। মরক মরক্তা বাদশাহগা বারি শান্নবদু নীংশিংলক্তুনা নুংঙাইরবা স্বর্গগী মফমদুদগী মতম খর মালেমদা কুন্নগা বাদশহবু উনবা লাকচবনি। বাদশাহগী খুদোল ওইননবা অপসরা অমগা মাগী লৈনবা দোলান অমগা পুজরকই। সহরগী বাংমদা লৈরিবা চীংমচা অসিগী মথক্তা হৌজিক থমজরি।

অকবরনা মহাক্কী অঙকপা বাশিং অদু অচুম্বনি খঙননবগীদমক মন্ত্রি খরগা বীরবলগা লোয়ননা য়েংননবা থারক্লম্মী। বীরবলনা দোলাইদা লেংলগা মন্ত্রিশিংনা খোঙনা চৎতুনা চীং মচা অদুগী মনাক য়ৌরে। ময়াম্বু খাল্লগা বীরবলনা মথোল তরেৎ বাংবা দলান অদুগী অরোইবা শরুক্তা থীল্লদুনা হায়রকই। আদগী মথোল তরেৎকী থোঙনাও অসিদগী নিংথিরবী মায়থোং থম্বালগা থক্তোরকপা মঙালগা লোয়ননা য়াম্না ঙক্লা ঐখোয়বু যেংদুনা ইবেম্মা আপসরানা য়েংদুনা লৈরিবসি য়েংউনে।

চৎলিবশিং অদু অচৌ অশাং লাইরিক লাইশু য়াম্না হৈরবা ফম্নাইবা য়াম্না য়াওরম্মী। ময়াম অদুদা বীরবলনা পাঙাংদা ঙাংই, "নখোয় মুন্না য়েংউ, নখোয়বু উবিদ্রিবরা?" হোরেল নিংথৌরেলদা পাও তম্বদা অচুম্বদু তমগদৌরিবনি। করি হায়বগে ? ময়ামদুনা মসি মীওই অসিবু ভুটলা বীরবল্লা। মানদি পংহায়দা হায়রি, ঐখোয়নদি শুংউ উবা ফংদে। তাঙ্গা অদুদা বীরবলনা তপ্না হারকই, "ইহে ঐদি বা অমা নিংশিংহৌদ্রে। মীওইবা হায়বসি পাপ চেন্দবা, মীনম্বা ঙাংদবা লৈতে। পাপ চেনবা মীওইশিংদি লাইগী ওইবা পোৎশিং অমদি আদা লৈরিবা আপসরা অসি উবা ফংলোই। তাইবংপালগা স্বর্গগা য়াম্না খেন্নে। অহানবদা ঐসু স্বর্গগী ফজবা নিংথিবা পোৎশিং উবা ফংলমদে। মথংদা তপনা তপনা পৃথিবীগী মীওইবগী মতৌ অদু লোইখিদুনা স্বর্গগী নুংঙাইবা পুক্নমক উজবা ফংলকখি।

মীয়ামদু মশাবু পাপনি, মীনম্বা ঙাংবনি হায়বসি পামদদুনা বীরবলগী তাৎ পাৎ অদুদা মখোয়সু য়াওশিল্লম্মী। ময়াম অদুনা পুক্লপ্না হায়রকই,— বাহ ! বাহ ! য়াম্না ফজেনে নুপী অসিদি, ইস স্বর্গগী জগোই শাবী লাইয়ামশিংবু

শুম্নাথলিবি অপসরা হায়রিবদু অসি ওইরে এ! মমিৎ অনি অসিনা ঐখোয়দা মুন্না মুন্না য়েংলকইবসি য়েংউনে।

ফন্না কুইনা বাখল অদোমদা লুপলুরবগী তুংদা ফমনাইবা অঙম অথৌ ময়ামদুনা হক্সুক্লগা দরবারদা মরিক চুন্না পাউদু তম্লরে। বাদশাহ্! ওহোকপগী মওংনি। হন্দক বীরবলগী থবাইগা লোয়ননা স্বর্গদগী লেংথরক্লিবা অপসরা অসিদি হেক উরুবদা মীপুম খুদিংগী থম্মোই মানা লোয়না চিংশিনবগুমই। অঙকপগী মশক্কি। চীংখোঙদা লৈরিবা মীয়াম্না খঙহৌদনা নুংশিরবা লাইশিংগী ওইবা চন্দনগী মনম্না মালেম অসি শিনবা থুংখ্রবোই নিংঙি। অদুগা অঙকপা দোলান অমগী নিংথিনা হকখোৎলবা থোঙনাও অমগী মপাদগী আসন অমদা লৈতেংলগা মহৌশা খুৎশেমশিং অমদি তাইবং মীশিংবু ফবিনো হায়দুনা য়েংলকপা মীৎয়েং অদুদি থম্মোই কল্লবা জীব ফাওবা পেৎলোইদবগী মফম লৈতে। ময়াম্না মখা শাংথরকই, “ জ্ঞানবু মাঙই, ফাবসিদি মঙদা ফাওবা উগনি থাজদ্রি। ”

অকবর — ভুতকুম্লবা বীরবল! অপসরা হায়রিবি লাইরেম্বীদু দরবারদা পুরকপা য়ারোইদ্রা ?

বীরবল— তাবিগনি বাদশাহ্, স্বর্গগী শকহেনবি লাইয়াম পুন্নমক্কী মাৎয়েংনফম ওইরিবি অপসরা আসি তাইবঙ মীগা তিন্নবা য়াদবনিনা বাদশাহ্না লেংখোরক্লগা ইবেম্মা মহাকপু হরাও তয়াম্না তৌবিবনা চুমগদ্রা হায়না নিংজে।

বাদশাহ্নসু য়ারদুনা মহাকপু সম্মান তৌফম থোকই হায়দুনা অপসরাবু ওক্লনবগী থৌরাং তৌরম্মী। থৌরাং পুন্নমক লোইরদুনা বাদশাহ্ অমদি ময়াম পুন্নমক খোঙশাল্লক্তুনা নুমিৎ চপ য়ুংবা মতমদা মফম অদুদা য়ৌরক্লম্মী। থোঙনাও অমসুং মিংশেলনা খাবা মরম্না নুমিৎয়ুংবা মতম্নগা ওইবনে য়েংউ য়েংউ খুদিংদা মীৎ থরক্লদুনা অমদি ইরং লংখত্তুনা মীপুম খুদিংমক নিংথি নুংঙাইনা য়েংবা ঙম্মরমদে। তাঞ্জা অদুদা বীরবলনা বাদশাহ্দা হায়রক্লম্মী, য়েংবিয়ু বাদশাহ্ মথোল তরেৎ অসিগী থোঙনাও অসিদা মীৎয়েং তাবিয়ু। ফজনা লৈতেংলবা থোঙনাও অসিগী ময়াই মপাদা নীংথিরবি অপসরা হরাও তয়াম্না ফম্লদুনা মহৌশা লাইরেম্বীগী খুৎশেমগী ফজবা য়েংজরি। মহাক্কা লোয়নরকপি ইবেম্মশিংনা থৌগল ফংজরি। ইবেম্মশিং অসি অশুক্কী মতিক ফজখরে মোং হাখিদরে। লাইগী লাই হায়বদু চপ হেক মান্নেদকো। ইবেম্মা অপসরাদি থারুদুনা লোইবা নাইররোইদবনি। অথাবনতা মরাৎলগদবনি।

ঙাইহাক তুমিন্না বীরবন্না ঙাঙলিবশিংদু তাদুনা লৈরবগী তুংদা বাদশাহ্না হায়রক্লম্মী, "নখোয়গী অপসরা হায়রিবি লাইরেম্বী অদুবু কদায়দা লৈবগেনে, বীরবল ? ঐদি শুকউ উদেনে।"

"ফম্নাইবশিংদা ওনশিল্লগা ময়াম্বু উবিদবরনে?" বীরবলনা ময়ামদা হঙলম্মী। আদগী খিড়কি অসিগী মনুংদা মুন্না য়েংশিনবিয়ু, ওহ্লোক্লা ফজখ্রবি অফসরা হায়বি লাইরেম্বী অদু ফমদুনা লৈরে। ওহ্লোক্লসু ফজনা শেমলকইদকো।

"ময়ামগী ব্রাদু তারকা বাদশাহ্দু পুমঙক ঙক্লন্দুনা কোয়েং য়েংলক্লম্মী। মহাক কোয়লৈ লৈদুনা য়েংলম্মী। মহাক্তি করিসু উবা ফংলমদে। মী খরনদি বাহ ! অঙকপনি লাওনরি। মতম অদুদা বীরবলনা বাদশাহ্গী মওংদু খঙলদুনা তপ্না হায়রকই, "বাদশাহ ! করিগুম্বা ব্রাফম অমতংদি নিংশিংবকা লৈবিবরা ? মদুদি পৃথিবিদা লৈরিবা মীশিং অসি পাপ চেল্লি, পাপ চেন্দবা মীনম্বা ঙাংদবা মীশিংতনা স্বর্গগী ওইবা পোৎ পুন্নমক উবা ফংই। বাদশাহ্দি উফম থোকইনা।

নিংথৌরেলনা তাঙ্গা অদুদা খল্লি, "করিগুম্বা ঐনা উদে হায়রবদি খ্বাইদগী হেন্না পাপ চেনবা, পাপ্পী অদুগা মীনম্বা ঙাংবগীসু মকোক ঐনা ওইবা তারে। অদুনদি উই হায়বনা ফবা তারে। মহাক্না হায়রকই, "ওহো লৈরে, লৈরে, এ; মসিদি য়াম্না ফজখ্রবা জাৎনিদনা। অসিগুম্বা অপসরাসি স্বর্গ দা কয়াম য়াম্না লৈবা জাৎনো ? মহাক অসি নত্রগা অমত্তা ওইরবসু মালেম পৃথিবীদা লৈহনবা য়ারোইদ্রা, বীরবল ?

স্বর্গগী অপসরাশিংসি মশিংদি নাইদে, য়ামখ্রবা জাৎনি। অদুবু স্বর্গগী জীবশিংদি পৃথিবীদা লৈখোকপা য়াদে। মখোয়দি মথৌ য়াম্না চিল্লি। মহাক অসিসু হান্নগা মালেম অসি য়েংনিংদুনা লৈরম্বনা ঐনা হেক হায়জরুবদা য়াবিরক্তুনা লাকমিন্নজবনি। লেংশিল্লসি ইবুংঙো, মনুংদা চংদুনা অঙক অঙকপা পোৎ চৈ ফিরোল কয়া য়েংলুরসি।

ময়ামশিংদু অসুম কারকপনা মরিগুবা থাক য়ৌরকপদা বীরবলনা মনম নুংশিবা থাওশিং তৈহল্লে। অহাও অহাওবা মিথাই, পানা চিখদনা য়েল্ল দুনা ময়ামগী পুক্লিং শুম্নাৎলম্মী। অসুম্না ময়ামবু স্বাগৎ তৌবদুদা ময়াম্মক্কী পুক্লিং শুম্নাৎখ্রে।

ময়াম্মক স্বর্গগী ফজবা ফিজোলশিং অসি হোংদোকপিরসি। পৃথিবীগী ফিজোলশিং শেৎ চারবদি স্বর্গগী পোৎ চৈ অফসারনচিংবা উবগী পাঙ্গল লৈররোই। ময়াম্মক ফি হোংদোক্লরে। ৱাখলগী ফিরোল শেৎনরে। অশেংবা ফিদি নত্তবনিনা অমনা অমবু য়েংনরগা নোক্লিংদবদি নত্তে পাপ্পীনি, মীনম্বনি হায়নখিগনি খন্দুনা কনামতা নোক্লরমদে। বাদশাহ অমদি শক্লাইবা মন্ত্রিশিং অদুগা ফম্নাইবা খরদি বীরবলনা ফি মচা অমমম শেৎহল্লি শুপ্নগী ইকাইবা খুমজিন্নবা। বীরবলনা স্বর্গগী অঙক অঙকপা লাই, পোৎচৈ ময়াম অমা য়েংহল্লি। তশেংবদি ভাবনা শাবা ঙাক্তনি। মদুবু য়েংলগা ময়াম্না থাগৎনৈ। মরমদি মখোয় পুন্নমক পাপ চেন্দে, মীনমদে হায়নবগীদমক্তা। মহে মহে অমনা অমবু হেল্লি হায়নবগীদমক থাগৎনৈ।

বাদশাহনা অপসরা অমুক্তা উনগে হায়রে বীরবলদা।

"হুজুর, ঐ অমুক্তা হান্না হংজরুখিগে" বীরবলনা হায়রম্মী।

ঙাইহাক লৈরগা বীরবলনা তরেৎশুবা মথোলদগী কুমথরক্লগা হায়রকই, "হুজুর, অয়ুক নুংথিন্দদি তাইবং মীগা ৱারি ৱাতাই শানবা অমদি উনবা নুংঙাইতে, নুমিদাংদা কনা য়াওদনা লেংবিরকউ, হায়রকই। হৌজিক দরবারদা হন্নবা তৌরসি। স্বর্গগী ফজরবা ফিজেৎ লৈতেংশিং অসি সহরগী মীশিংদা উহল্লুসি। অসুম্না মীয়াম অদু সহর তম্না লাক্লে। খোঙচৎ অদু সহর ফাওদুনা লাকপনিনা অউবা মীশিংনা নোক্লদুনা হায়নরম্মী, "অসিগুম্বা মীয়ামগী খোঙচৎ অসিদি মমাংঙৈদসু অমুক্তা থোকঅম্মোই অদুগা মতুংদসু অমুক হন্না থোক্কনি থাজদ্রে। ওহোক্লা চংখোন্না ফজখ্রেদা!

চৎলিবা কাংবু অদুদি স্বর্গগী ওইবা ৱাখল চেল্লি খন্দুনা মীয়াম্না ফজৈ হায়নবদুদা হরাওনৈ। মথং মথং কোয়রুরগা দরবারদা য়ৌরক্লম্মী। চৎলুরিবা মীয়াম অদুগী ফীরোলশিং অদুসু বীরবলনা হান্না শিন্দুনা দরবারদা হান্না য়ৌহনখিরম্মী।

বীরবলনা লাওরকই, "ময়াম পুন্নমক হান্নগী ফীজোল অদু হোংদোকপীরো।" দরবার অমুক তীল্লে। বীরবলনা বাদশাহবু দরবারগী মতাইদা খর থৈদোকহল্লগা হায়রম্মী, "বাদশাহ ! লাল্লবদি ঙাকপিগনিকো করিগুম্বা ৱাফম অমত্তা হায়জগে।

বাদশাহ, "হায়য়ু বীরবল, শোয়দনা ঙাক্কনি।"

বীরবল, হজুর হাকুম অসিগুম্বা মতম অসিদা বাদশাহ্না ঐঙোন্দা তাকপিখিবা, "মমাংদা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা মতুংদা অমুক্তা থোক্লরোইদবা থৌদোক অমা উৎলু হায়বদু নিংশিংবিবরা?"

বাদশাহ্, "নিংশিংলক্নে।"

বীরবল, " ঙসিগী ফিশেত্তবা ময়ামগী থোঙচৎ অমসুং স্বর্গগী অপসরা অসিনি হজুর। করম্বা মতমদা অশিবা ফুমথ্রবা, মৈ থোদোকখ্রবা মীবু হিংগৎলকপা হৌনবগে? মীয়ামদা ঐনা লানাখিবা কয়া ঙাকপিনবা নিংশিংবিয়ু।

বীরবলগী তৌরিবা মতৌ অদু উরুবদা বাদশাহ নোক্লিংবা ইকাইবা অমদি নিংঙমদবগা লোয়ননা হায়রকই, "নহাক্কী রাখল অমদি থৌদৌ অসিদি অঙকপনি, থাগৎনিংঙাইহনি, বীরবল।"

মদু তারবদা বাদশাহ্না দরবারদা তিল্লিবা মীয়াম পুন্নমক্তা মখোয় অনিগী অশেংবা রারিদু লিথোক্লম্মী। মহাক্না অমুক্তা মীয়াম্না বীরবলদা শাওবিদনবা অদুগা মহাক্তি হকুম ইনখ্রবদনি হায়রম্মী। মীয়াম তুমিন তুমিন নোক্লরম্মী অদুগা শাওনৈ।

বাদশাহ্না হায়রকই, "ঐখোয় অমুক্তা থোকখিদ্রিবা অমদি মতুংদসু থোক্লরোইদবা কুম্নৌ অমা উবা ফংলে। মসি বীরবলগী অচৌবা কলা অমনি।

" থম্মোই শেংবা অচানবা মনাইনব তৌরবদি ইপেন্দা পেল্লি"।

# অপঙবা শীবা

ইং কুমজা ১৫৫৬ রোমগী মতম অমদা অকবর কৌবা নিংথৌরেল অমা লৈরম্মী। বীরবল কৌবা নিপা অমনা মহাক্কী মন্ত্রি ওইরম্মী। বীরবল হায়রিবা মন্ত্রি অসি অকবর নিংথৌরেলগী মন্ত্রিশিংগী মনুংদগী খ্বাইদগী লৌশিং শিংবা অমা ওইরম্মী। মহাক অসি পোকপদগী লোয়নরকপা য়াম্না থুনা খঙ্গনবা, লৌশিং শিংবা, মতম মতমগী ঋাখল্লোন পুথোকপা ঙম্বা, খুদক্কী পাউখুম পীবা ঙম্বা পাইরক্কী লৌশিং য়াম্না লৈবা শক্তি, গুন কয়ামরুম্না লৈতেংলবা মীওইনি।

নোংমা নিংথৌরেল অমদি অকবর মহাক্কী মচা নিপা অনিগা লোয়ননা তুরেল অমদা ঈরুজবা চৎলম্মী। বীরবলদি মতম অয়াম্বদা অকবর নিংথৌরেলনা থাদোক্তে। অদুনা মহাকসু ঈরুজবা চৎপদা মখোয়গা লোয়নরম্মী।

ঈশিংদা কুমদ্রিঙৈগী মমাংদা অকবর অমসুং মহাক্কী মচা অনিগী শেৎনা ইন্নবা ফিরোলশিং অদু লৌথোক্লবা মতুংদা বীরবলদা শিন্নরম্মী। নিংথৌরেলনা মঙোন্দা মখোয়গী ফিশিংদু ঈরুজবা হেক লোয়দ্রিবা ফাওবা মঙোন্দা পায়নবা শিন্নরম্মী।

নিংথৌরেলগী অচানবা বীরবলনা মখোয়গী ফিরোলশিং অদু মাগী মরেংবান্দা য়াল্লগা তোর্ব্বান্দা নিংথৌরেলগী য়াথং ঙাইদুনা লেপ্পুনা লৈরম্মী।

নিংথৌরেলনা বীরবলগী মতৌ অদু উরুবদগী লক্লনিংলম্মী। মরম অসিনা মহাক্না হায়রক্লম্মী, " বীরবল, নহাক ধোবিগী (ফিশুবগী)ফি পুনবা গধা মাল্লে, নহাক গধা ওইরে।"

তানজা অদুদা বীরবলনা খুমলক্লম্মী, " হোয়, তৌইগুম্বসুং ঐনা পুরিবা অসি গধা অমগী নত্তে, গধা অহুমগীনি। "

" গধাশিং অদু কনা কনানো ?"

" মীবু থওইদনা খল্লবা মীদি অপঙবনি। "

# উটকী মঙকশম

নিংথৌরেল অকবর বীরবলগী লৌশিং অমসুং জ্ঞান লৈবা অদুদা অসুক্কী মতিক পেল্লম্মী। হায়রিবা নুমিৎ অদুদা অকবর বীরবলবু থোইদোক্না নুংশিরম্মী। মরম অসিনা নিংথৌরেল অকবরনা ৱাশক্লম্মী, "বীরবল, নঙোন্দা মমল য়াম্লবা খুদোলপোৎ কয়া পীগনি।" নিংথৌরেল অকবরগী থৌয়াম্বদগী মহাক্কী ৱাশক অদু কাউথোকখিরম্মী। নুমিৎ কয়ানিমুক হৌখ্রে। মহাক্না বীরবলদা করিগুম্বা মখলগী খুদোলপোৎ অমা ফাওবা পীরমদে।

নোংমদি নিংথৌরেল অকবর যমুনা তোর্ববান্দা কোয়থোক্লম্মী। মহৌশাগুম অচানবা বীরবলসু মহাক্কা লোয়নরম্মী। মতম অদুদা উট অমা মখোয়দগী ইরাপ লাপ্তুনা চৎখিবা উরম্মী। মদু উবদা নিংথৌরেল অকবরনা বীরবলদা লক্কনিংদুনা হংঙলম্মী, "বীরবল, উটকী মঙক খোয়রিবসি করিগীনো?"

খুদক্তা বীরবলনা খুল্লম্মী, "ইয়োই মেজেসটি শকখিবা ৱাশক ঙাক্তদুনা কাওথোকপা ঙম্বা মীশক অদুদ্না অখোয়বা মঙক পানগনি। মসি ঐখোয়গী ধর্ম্মগী অশেংবা লাইরিক্তা তশেংনা ইরিবনি। মসিগী উট অসিসু অসুম্না তৌরম্বা য়াই। মরম অদুনা ঈশ্বরনা উট অসিদসু অখোয়বা মঙক পালহল্লি বনি।"

নিংথৌরেল অকবরনা খুদক্তা বীরবলনা করিগীদমক্তা পাউখুম অসি খুল্লিবনো হায়বদু খঙলম্মী।

মখোয়না কোনুং হেক য়ৌবগা নিংথৌরেলনা বীরবলদা মমল য়াম্লবা খুদোল পোৎশিং পীরম্মী।

বীরবলগী মশাগী কান্নবরোমদা শিজিন্নবা ঙম্বা মফম মতমগী মতুং ইন্না লৌশিং লৈজরম্মী।

"থবক অমা তৌবদা মুন্না খঙ্গরগা তৌবনা ফৈ।"

# পুকচেল শেংবা

নোংমদি নিংথৌরেল অকবরনা খামেনবু য়াম্না মহাও লৈবা অমসুং মচল শুবা মনামশিংনি হায়দুনা থাগৎলম্মী। নিংথৌরেলনা থগৎপদুদা বীরবলসু য়াওশিল্লম্মী। অকবরদি বীরবলনা তৌরিবসিদা ঙক্লম্মী। বীরবলদি ঈশৈ ফাওবা অনি শক্তুনা খামেনবু থাগৎপা ফোংদোক্লম্মী।

মতম খরগী মতুংদা কোনুংগী পুজারিনা চাকলেনগী ইঙ্খাং ওইনা খামেন থোংলম্মী। হায়রিবা নুম্মিৎ অদুদা বীরবলসু অকবরগা চাকলেন চামিন্নবা লৈরম্মী।

পুজারিনা খামেন থোংবগী ইঙ্খাং অদু নিংথৌরেল দা খললকপা মতমদা নিংথৌরেলনা হায়রম্মী, "খামেন হায়বসি মহাও য়াওদবা, ময়াক কনবা অদুগা মচল শুদবা মনামশিংনি। মসি মরু ঙাক্তনা পীক থল্লবা অদুগা হকচাংদসু কান্নবা ফংদবা অমনি। মসিনা হকচাংদা মহাওগী. শরুক য়াম্না হেনগৎহল্লি। ঐনা অসিগুম্বা ইঙ্খাং অসি পামদে। পুজারি, নহাক্ত অসিগুম্বা ইঙ্খাং অসি বীববলদা হাপ্পু। মহাক খামেন য়াম্না পাম্বনি।"

পুজারিনা ইঙ্খাং অদু অসুম অসুম য়েল্লকপনা বীরবলগী শরুক হাপ্নবগী তৌরকপদা মহাক্না য়ানিংদদুনা হায়রকই, "নত্তে, ঐ খামেন থোংবগী ইঙ্খাং চাবা পামদে। মসিনা হকচাং মথক মখা ওলহল্লি।"

মতম অদুদা নিংথৌরেলনা হায়রম্মী, " করিগীনো বীরবল, নহাক্না হৌজিক খামেনবু ফত্তে হায়রিবা? নঙনা মসি নুম্মিৎ খরনিগী মমাংদা থাগৎখিবদাই। "

" ইয়োর মেজেসটি, অদোমনা খামেনবু থাগৎপা মতমদা ননাই ঐহাকসু মসিবু থাগৎচখিবনি। হৌজিক অদোম্না মসিবু ফত্তে হায়বিরে। মরম অসিনা ননাই .ঐহাকসু খামেন অসিবু পামদ্রে। ঐহাক নিংথৌরেলগী হায়বা ইল্লবা ননাইনি, খামেন্দা নচ্চদে। খামেন্না ননাই ঐহাকপু মন্ত্রি ওইহনবা ঙমদে। ঐহাক্না মসিবু য়াম্না থাগৎতুনসু। ননাই ঐহাক নিংথৌরেলগী নোল্লুকচবা

ননাইনি অমসুং খামেনগীদি নচ্চদে।" বীরবলনা মোমোন তৌরদুনা খুম্লক্লম্মী।

অকবর, মহাক্কী পূকচেল শেংবা, থৌনাফবা অমসুং হৈথোই শিংথোইবগী পাউখুম অদুদা ঙক্লম্মী অমসুং শুম্নাংলম্মী।

" মীগী চেং চারুরবদি মীদুগী মখা পোল্লি।"

## অমুক হান্না উন্নবা

মতম অমদা নিংথৌরেল অকবর করিগুম্বা মরম খরদগী বীরবলবু য়াম্না শাওরম্মী। মহাক্না বীরবলবু মহাক্কী কোনুং ওইরিবা আগ্রা সহরগী ব্রাংমদা চৎখ্রো হায়না হায়রম্মী। নিংথৌরেলগী য়াথং মতুং ইন্না বীরবল আগ্রা থাদোক্তুনা চৎখিরম্মী। মহাক্কী লৈফম কনা অমত্তদা খঙহন্দনা খুঙ্গঙ অমদা লৈরম্মী। নিংথৌরেল অকবরনা ফন্না থিদুনশু করম্বা মফমদা বীরবল লৈখ্রবগে হায়বা খঙবা ঙম্লমদে।

মতম খরগী তুংদা নিংথৌরেল অকবর বীরবলগীদমক্তা য়াম্না নুংঙাইরক্তরে। মসিদা নিংথৌরেল মহাক্কী কোনুংদা বীরবল য়াওদ্দনা লৈবদা য়াম্না অৱাবগী মশক ওইরম্মী। মরম অসিনা মহাক্না মহাক্কী লান্মীশিংদা বীরবল কদাইদা লৈবগে হায়বা খঙদোক্লবা য়াথং পীরম্মী। অদুগা মহাকপু কোনুংদা পুরক্লগা মঙোন্দা শীন্নদবা য়াদে হায়রম্মী। অদুম ওইনমক কনা অমত্তনা বীরবলবু খঙবা ঙম্লমদে। নিংথৌরেল অকবরনা মহাক্কী তহ্য তহ্য লৌবা ৱারেপ্তা বীরবলবু লোই থাখিবগীদমক মঙোন্দা য়াম্না নুংঙাইতবা অমা পোক্লম্মী।

নোংমা লাম্মী অমনা লাওথোক্লম্মী, " ইয়োর মেজেসটি, মুনি ঋষি অমনা কোনুংগী নিংথৌরেল উননবা হায়জরি । মহাক শিষ্য অনিগা লোয়নরক্লি। মহাক্কী শিষ্যশিংনা হায়রি মদুদি মখোয়গী গুরু অসি পৃথিবীদা লৈরিবা মীশিংদগী খ্বাইদগী হেন্না শিংবা মী ওইগনি।"

মতম অদুদা নিংথৌরেল অকবর মহাক্না লোয়নমিন্নবা বীরবলগুম্না

লৌশিং লৈবা মীওই অমা কোইথি থিরম্মী। মরম অসিনা মহাক্না লাম্মী অদুদা মখোয়বু চঙ্হন্নবকউ হায়না য়াথং পীরম্মী। মুণি ঋষি অমসুং শিষ্য অনি অদু কোনুং মনুংদা চংলক্লম্মী। মুণি ঋষিগী মৈরিগুম্না থৌরবা মমিৎশিং, কুংনা থানা হৌবা শম অমসুং শাংলবা কোইশিং অদুনা য়াম্না শিংলবা জ্ঞান লৈরবা মীওই অমগুম্লম্মী।

অকবরনা হায়রম্মী, "ও মুণি ঋষি ! নহাক অসি পৃথিবী অসিদা লৈরিবশিংদগী খ্বাইদগী হেন্না শিংবা মীনি হায়না নহাক্কী শিয্যশিংনা হায়রি। ঐনা নহাকপু পরিক্ষা তৌবা পাম্মী। ঐহাক্কী মন্ত্রিশিংনা নঙোন্দা তোঙান তোঙানবা ৱাহংশিং হঙগনি। নহাক্না ৱাহংশিং অদুগী পাউখুম পীবদা ঐখোয়বু পেলহন্নগদবনি। মদুদা পেল্লবদি নহাকপু মন্ত্রি ওইহন্নগনি। করিগুম্বা নহাক্না ঙমদ্রবদি নহাক্কী তাংজা লুরেল কেনগনি। নহাক য়ারবরা?"

"য়াজরে ইয়োর মেজেসটি," মুণি ঋষি অদুনা খুম্লম্মী। তৌইগুম্বসুং ইয়োর মেজেসটি ননাই ঐহাক্নদি মালেম অসিদা লৈরিবা মীওইশিংদগী ঐহাক্না খ্বাইদগী হেন্না শিংই হায়জখিবদি লৈতে। মীশিংনা অদুম্না হায়বিরম্বা য়াই। ননাই ঐহাক্কী হৈথোই শিংথোইবগী মতৌ করিগুম্বদসু উখোল্লবা শেম শাজদে। তোইগুম্বসুং ননাইন্না মীশিংগী হঙলক্লিবা ৱাহংশিংগী পাউখুমদি পীবা পাম্মী। মরম অসিনা চাংয়েং অদুগীদমক্তা শেম শাজরে।" অশুম্না ৱাহংশিং হঙননবা শেম শাখরে।

মন্ত্রি রাজা তোডরমান্না অহানবগী ৱাহং অদু হঙলম্মী।

তোডরমান্না হঙলম্মী, "মী অমনা পৃথিবী অসিদা খ্বাইদগী অফবনি, থাজবনি হায়না থমগদবা মরুপ অদু কনানো?"

মুণি ঋষি অদুনা খুম্লম্মী, "মহাক্কী অফবা ৱাখল।"

মথংদা মন্ত্রি ফাইজিনা হঙলম্মী, "পৃথিবী অসিদা লৈরিবশিংদগী খ্বাইদগী অহেনবা পোৎনি হায়রিবদু করিনো?"

মুণি ঋষিনা পাউখুম পীরক্লম্মী, "জ্ঞান"।

মন্ত্রি অবদুল ফাজলনা হঙলম্মী, "মলেম অসিগী খ্বাইদগী লুবা ঈরম অদু করিনো?"

মুণি ঋষিগী পাউখুম “নৃপীগী থম্মোই”।

অতোপ্পা দরবারগী অঙম্বা মীওই অমনা হঙলম্মী, “মাঙখ্রবা মতুংদা অমুক হন্না ফংবা য়াদববদু করিনো ?”

মুণিগী পাওখুম — “ পুন্সি ”

দরবারগী ঈশৈ শকপা টানসেন্না হঙলম্মী, “ ঈশৈদা শিবা নাইদবদু করিনো?”

“ মসি সুরনি” মুণি ঋষিনা হায়রম্মী।

টানসেনগী অনিশুবা ৱাহংদি অসুম্না ওইরম্মী, করম্বা খোঞ্জেলনা অহিংগী খ্বাইদগী চান্নবা অমসুং নুংশিবা ঈশৈনো?”

“লাইশোল ঈশৈগী খোঞ্জেল,” মুণি ঋষিনা খুম্লম্মী।

মতম অদুদা নিংথৌরেল অকবরগী অতিথি ওইনা লৈরিবা জয়পুরগী মহারাজ মানসিংহনা হঙলম্মী, “নুংশিত্তগী হেন্না য়াঙনা চৎপা করিনো ?”

“ মীওইবগী ৱাখল,” মুণি ঋষিগী পাওখুম ওইরম্মী।

মহাক্কী অতোপ্পা ৱাহং অমনা, “মালেম অসিদা খ্বাইদগী হেন্না নুংশিবা পোৎতু করিনো ? ”

মুণিনা খুম্লম্মী, “ অঙাংগী মোমোন নোকপা মীনোক। ”

মী খুদিংমক মুণি ঋষিগী হৈথোই শিংথোইবা অদুদা ঙক্লম্মী।

নিংথৌরেল অকবর মশামকসু মুনি ঋষি অদুদা ৱাহং অনিখক হঙলম্মী।

অকবরনা হঙলম্মী, “লৈবাক অমা ঙাকপগী খ্বাইদগী তঙাইফদনা চংদবা য়াদবা পোত্তু করিনো ?”

মুণি ঋষিনা খুম্লম্মী, “হৈশিংবা ।”

নিংথৌরেলগী অনিশুবা ৱাহংদি, “নিংথৌ অমগী খ্বাইদগী। চাউবা য়েক্লবা কনানো ?”

"মহাক্কী ওইজবা অমসুং কান্নবতা থিবা," মুণিগী পাউখুম ওইরম্মী ।

অকবরনা পাউখুমশিং অদুদা অপেনবা পোক্রম্মী। অদুদগী অকবরনা মুণি ঋষি অদুবু ইকাই খুম্নবগী ফমফম অমগা লোয়ননা ইকাই খুম্নরম্মী, অদুগা হায়রম্মী, "নহাক করিগুম্বা অঙকপগা পাংথোকপা ঙমব্রা ?"

"করিগী ঙম্লোইদগে?" মুণি ঋষিনা হায়রম্মী। ঐনা কনাগুম্বা মী অমবু নিংথৌরেলনা হেক নিংঙকপা মতমদা অদোমগী মাংদা পুরকপা ঙম্মী।

মদু তাবদা অকবরনা খৌরাংনা হায়রম্মী, "চানবিদুনা মরুপ অমসুং মন্ত্রি বীরবলবু তানজা অসিদা মফম অসিদা পুবিরকউ ।"

তানজা অদুদা মুণি ঋষি অদুনা করি অমতা ঙাংদনা মহক্কী খুৎশেমগী মশম অমসুং মকোইশিংদু লৌথোক্রম্মী। মফম অদুদা তিল্লম্বা দরবারগী অঙম্বশিং অদু ঙকপনা থেংলম্মী। অকবরনা মমিৎমক্সা উরিবদু থাজবা ঙম্লমদে । মহাক্সা মুণি ঋষি অদু অতৈ কনা অমা ওইরমদবা, মহাক্কী মরুপ বীরবল ওইরম্বদুদা খঙহৌদনা হরাওবনা ঙমখৈ লৈরমদে অদুগা নুংশিনা কোল্লম্মী। অকবরনা হায়রম্মী, "বীরবল, নহাক্সা ব্রাহংশিংগী পাউখুম খুম্লিঙৈগী মতমদা ঐহাক্সা নহাকপু খঙখ্রবনি। মদুননি ঐনা নহাকপু করিগুম্বা অঙকপা থৌদোক অমা পাংথোকপা ঙম্বরা হায়না হঙলিবদু। অঙকপনি! ঈশ্বরগী খুৎশেমগী নকশিন্ননা শেল্লক্রবা থম্মোই অনিগী ঈরম। জাৎ বিজাৎ খায়দে, মহাক্কী মফমদদি। মনাইনি নিংথৌরেলনি কাওনদনা মরুপ অনি অদু চেজেৎ চেজেৎ কোনশিন্নরম্মী।

মতম অদুদা মখোয় অনিগী থম্মোইদা ফাওরকপা ঈফুৎনা চীংজাওদগী চেম্থরকপা ঈচেলগুম মীৎলুদগী হৌরকপা পীরাংন থীংবা ঙমদবমখৈ ঈহৌনরুরবা মতুংদা মপু মনাইগী শ্বাভাব লাক্তুনা তাইবঙগী ঈপাক্তা অমুক তিন্নররে।

নিংথৌরেল অকবরনা মহাক্কী অমুক হন্না উনজরবা মরুপ বীরবলদা খুদোল পোৎ কয়ামরুম পীদুনা ইকাইখুম্নরম্মী।

"নুংশিবা, ঈশ্বরনা মীওইবদা পীবা মমল নাইদ্রবা খুদোলনি"।

## রাইডাস

মতম অমদা আগ্রাদা য়াম্না ইনাক খুনবা ললোনবা নিপা অমা লৈরম্মী। নুমিৎ থুদিংগী মীশিংনা মাগী য়ুমগী মমাংদা মঙোন্দগী করিগুম্বা খরা কান্নগদ্রা হায়দুনা নত্রগা অমা ওইরো হেক্তো পুল্লম্মী । তৌইগুম্বসুং মহাক্না কনা অমত্তদা করি অমত্তা পীরমদে। মহাক্না মখোয়শিং অদুদা অরানবা, ওইররোইদবা কয়া হায়দুনা ৱাশক্তুনা থাজহল্লগা হলহনখিরম্মী।

নোংমদি রাইডস কৌবা কবি অমা মহাক্কী ময়ুমদা লাকলম্মী। ইনাকখুল্লবা ললোনবা নিপা অদুনা মহাকপু তরান্না ওক্রুম্মী । মহাক্না হঙলম্মী, ঐহাক্না নহাক্কীদমক করি তৌবা ঙমগদগে”?

রাইডসনা মহাক মশামক কনানো হায়বদু তাক্রুম্মী অদুগা হায়রম্মী, “ঐহাক মফম অসিদা ঐহাক্কী কবিতাশিং পাদুনা নঙোন্দা তাহনগে হায়দুনা লাক্লিবনি।”

“আহ ! ঐহাকসু কবিতাশিং য়ান্না পাম্মী। চানবীদুনা মখোয়শিং অদু পাদুনা ঐঙোন্দা খর তাহনবিয়ু” ইনাক খুনবা নিপা অদুনা হায়রম্মী।

কবি রাইডাসনা মহাক্কী শৈরেংশিং অদু থীদুনা ইনাকখুনবা নিপা অদুবু তাহল্লম্মী। মহাক্না কবি রাইডাসপু থাগৎপা ফোংদোকলম্মী। কবিগী শৈরেংশিংগী মনুংদা অমনা ইনাকখুনবা নিপা অদুবু শিংথাদুনা থাগৎপা অদুদা মহাক থোইদোক্না নুংঙাইবা পোক্রুম্মী। মদুদা ইনাকখুনবা অদুনা হায়রম্মী মদুদি মহাকপু থাগত্তুনা শৈরেং অদুনা থোইদোক্না হেন্না হৱাওহল্লে। “নহাক্না ঐবু লাইশিংগী ললগী মপু কুবেরগা চাংদম্মরি,” ইনাকখুনবা নিপা অদুনা হায়রম্মী।

মতম অদু কবিশিংনা পৈশা তান্নবগীদমক ইনাকখুনবশিংবু থাগৎ ৱাহৈ ফোংদোকনবগী চৎনবি অমা লৈরম্মী। ইনাকখুনবা নিপা অদুনা হায়রম্মী, “ঐনা নঙোন্দা খুদোলপোৎ খরা পীগনি। চানবিদুনা হয়েং লাকপিয়ু অদুগা মখোয়শিং অদু লৌবিয়ু।”

কবি রাইডাস হৢরাওনা হৢনখিরম্মী। মথংগী নুমিত্তা কবি অদুনা লাকপা মতমদা ইনাকখুনবা নিপা অদুনা কবি অদুবু অমুক্তা উখিদ্রিবগী মওং উৎলম্মী। কবি অদুনা ইনাকখুনবা নিপা অদুগী ৱাশকখিবা অদু অমুক হন্না নিংশিংহন্নবা হায়রকপা মতমদা ইনাকখুনবা নিপা অদুনা হায়রম্মী, “হোয় হোয়,নহাক লাক্লে, নহাক অচৌবা, অফবা কবি অমা ওইরকপা য়াই। তৌইগুম্বসুং নহাক্না অতোপ্পা মীওইশিংগী ৱাখলদি খঙবা ঙমদে। নহাক্কী কবিতাশিং অদুনা পেল্লমবা তারবদি ঐনা ঙরাংমক মনাশিং অদু পীরমগদবনি। নহাক্কী ৱাখল হৢদনবা ঐনা অদুম্না হায়খিবনি। নঙনা পঙবনা মসিদা থাজরল্লে, অদুগা মতম মাঙনা নহাকনা মফম অসিদা লাক্লে।”

কবি রাইডাস উপাই লৈরমদে । মহাক করিগুম্বা অমত্তা তৌফম খঙলমদে। মরম অসিনা মহাক মথম্মোই নুংঙাইত নুংঙাইত অদুম হৢনখিরম্মী। মহাক্না যুম্লোমদা হৢল্লকপগী লম্বীদা বীরবলনা শগোল তোংদুনা চৎলম্বদু উরম্মী। মহাক্না চৎলিবা মায়কৈ অদোমদা চৎলগা বীরবলগা উনরম্মী। মহাক্না বীরবলদা হায়জরম্মী, “হুজুর চানবিদুনা ঐবু মতেং খরা পাংবিয়ু মী অমনা নমথাক তৌবিরে।”

বীরবল শগোল মথক্তগী কুমথরে অদুগা রাইডাসনা লিরিবা ৱারি অদু তারম্মী। অদুদগী মহাক্না হায়রম্মী, “ রাইডাস ৱারুগনু । ঐগী য়ুমদা লাকউ। ঐখোয় অনি করিগুম্ব খরা তৌসি।”

মখোয় অনিমক বীরবলগী য়ুমদা চৎলম্মী। বীরবলনা করিগুম্বা মরম অমা খল্লম্মী অদুগা রাইডাসতা হঙলম্মী, “মফম অসিদা নহাক্কী কনগুম্বা খঙনবা, চান্নবা মরুপকা লৈব্রা?” “হোয় লৈজে”, কবি অদুনা খুম্নম্মী।

অদু ওইরবদি নহাক্কী মরুপকী য়ুমদা চৎলগা সনাগী শেল ময়েক মঙাসি পীরুরো। মঙোন্দা পুর্ণিমা নুমিত্তা চাক চাকলেন অমা শিন্নবা অদুগা নঙোন্দা নমথাক তৌরকপা ইনাকখুনবা নিপা অদুবু চাকলেন অদুগীদমক বার্তন তৌনবা হায়রু। ঐগী চথরক্কদবা যৌশিলশিংদু নঙোন্দা কোন্না খঙহৢনগে।”

রাইডাস মহাক্কী অঙাং ওইরিঙৈগী মরুপ ময়াডাসকী য়ুমদা চৎলম্মী। মঙোন্দা মদুগী মরম পুম্নমক তম্লম্মী । মহাক্না মরুপকীদমক মদু পাংথোক্কনি

হায়না য়ারম্মী। মায়াডাসনা পুর্নিমা নুমিত্তা চাকলেন অমগীদমক থৌরাং তৌরম্মী অদুগা ইনাকখুনবা নিপা অদুবু চাকলেন অদুগীদমক বার্ত্তন তৌবা চৎলম্মী। মহাক্না ইনাকখুনবা নিপা অদুদা হায়রম্মী, "সার, নহাক পুর্নিমা নুমিৎকী নুমিদাংদা ঐগী য়ুমদা চাক চারা অমত্তা চামিন্নসি। মসিদা সার শোয়দনা লাকপিয়ু। ঐনা সনাগী পাত্রশিংদা হাপ্লগা অতিথিশিংবু সেবা ফংজগে অদুগা লুক হারবা মতুমদা সনাগী পাত্রশি অদু খুদোল ওইনা কচ্চবা পামই।

ইনাকখুনবা নিপা অদুগী সনাগী পাত্রশিং লৈরমদে। মপুক্লিংদা পাত্রশিংদু লৌনিংলম্মী। মরম অদুনা মহাক য়াম্না হরাওনা বার্ত্তন অদুবু লৌরম্মী। হায়নখিবা পুর্নিমা নুমিৎ অদুদা ইনাকখুনবা নিপা অদু মাগী লৈজবা ফিরোলশিং, লৈতেংশিং শেংলদুনা মায়াডাসকী য়ুমদা চাক চাবা চৎলম্মী। মহাক্না মফম অদুদা মী লৈতে হায়বদু খঙলম্মী। তশেংনমক মফম অদুগা মায়াডাস অমসুং রাইডাস তমক লৈরম্মী। মখোয়না ইনাকখুনবা নিপা অদুবু তরাম্না ওক্লম্মী অদুগা চুম্না মরুপ মপাং লাকপগী মওংদা ব্বারি শান্নরম্মী। মখোয় মতম য়াম্না শাংনা ব্বারি শান্নরম্মী। ইনাকখুনবা নিপা অদুদি করি অমত্তা চাদ থক্তনা লাকপনিনা মপুক য়াম্না লাল্লম্মী। তৌইগুম্বসুং রাইডাস অমসুং মায়াডাসতি ইনাকখুনবা নিপা অদুনা লাক্তরিঙৈদা চাথোকখিবা মরম্না লাল্লমদে। মতম অদু অহিং নোংয়াই য়ৌশিল্লক্লম্মী। ইনাকখুনবা নিপা অদু অমুক হন্না খাঙবা ঙমদ্রদুনা হায়রক্লম্মী। নখোয়না শাওবিরোইদ্রা লৈরবদি চাক অদু শেম্বীরো। ঐহাক য়াম্না লাল্লে

'চাক! চাক! করিগী চাক।" ময়াডাসনা করিমত্তা খঙদবদৌনা লাউরম্মী।

ইনাকখুনবা নিপা অদুনা হায়রম্মী," নঙনা হায়রিবদু করিনো ?" নহাক্না নুমিৎ অদুদা লাক্লগা চাকলেন অদুগীদমক বার্ত্তন তৌরম্বদো?

"মদুগী প্রমাণ পীনবা করি লৈ ?" রাইডাসনা হঙলম্মী।

ইনাকখুনবা নিপা অদু খুম্বা ঙম্রমদে। "ঐখোয়না নহাকপু বার্ত্তন তৌরে অদুগা নহাকপু পেলহন্নবা তৌরে হায়না খল্লসি। ঐখোয়দি অতোপ্পশিংগী ফনবা খক তৌদে অদুগা মখোয়বুসু থীনা হায়দে। চানবিদুনা ব্বারৌবিগনু" ময়াডাসনা মতেং পাংশিল্লম্মী।

ইনাকখুনবা নিপা অদু মশামক্কীদমক য়াম্না নুংঙাইরমদে। মহাক্কী চাকলাম্বদু কুইনা খাঙবা ঙম্লমদে। তাঞ্জা অদুদা বীরবল চংলক্লম্মী অদুগা হায়রম্মী, "নুমিৎ অদুদা নহাক্না রাইডাসতা হায়খিবশিংদু নিংশিংব্রা? রাইডাসনা নহাক্কী ননাক্তা লাকপা মতমদা মসিগা চপ মান্নবা মওং দা নহাক্না ঙাংখিদ্রা নত্রগা তৌখিদ্রা ?"

ইনাকখুনবা নিপা অদু মহাক্না অদুম্না ঙাংখি হায়বদু য়াজরম্মী। মহাক্না ঙাকপিনবা হায়জরম্মী। মহাক্না হায়রম্মী, " রাইডাস অসি অফবা কবি অমনি । মহাক্না ঐঙোন্দা করি অমত্তা হায়রদে। ইশামক্না মঙোন্দা খুদোলপোৎ পীগনি ব্রাশক্লম্মী অদুগা মঙোন্দা মীনম্বসু তৌরম্মী। হৌজিক ঐ মঙোন্দা মণি মুক্তা খর পীজরগে" হায়রদুনা মাগী মঙকশমদগী সনাগী লিক পরেং অদু লৌথোক্লগা রাইডাসতা পীরম্মী। অদুদগী মখোয় পূন্নমক চাক চামিন্নরম্মী। রাইডাসনা বীরবলবু থাগৎপা ফোংদোক্লম্মী। মমৈথংদা নিংথৌরেল অকবরনা কবি রাইডাসপু কোনুংদা বার্ওন তৌদুনা ইকাই খুম্নবা উৎলম্মী।

য়েংউ, মতৌ করম্না ইনাকখুনবা নিপা অদু মশাগী লম্বিদা হনজিনহন্দুনা অফবা পারা অমা তম্বিখিবা অদুগা বীরবলগী হৈশিংবা পাম্বৈনা কবি অদুগী মতেং পাংখিবা

" অফবা মীদি মীগী মতেং পাংনিংবগী ব্রাখল লৈগনি অমসুং মীগী মতেং পাংবা অফবা থবক্নি !"

## মঙ

নোংমা কোরৌহনবা মহাকসু তাইবঙপানববু য়োৎশিল্লগে মতাগুম মশেক মঙালতনা মালেম অতিয়া অসি মৈশাতগী শক্তম পুখোকরকপা মতম অমদা মীওইবা কয়াসু কৌরৌহনবা মাগী মঙান্দা খাঙবা ঙমদ্রদুনা পুন্সি কয়া হকচাং থাদোক্তুনা তাইবঙপান অসিবু থাদোক্তুনা চৎনখিরম্মী।

থৌদোক অসি বাদশাহ অকবরগী নাকোঙ য়ৌরক্তুনা অব্রাবদুদা শরুক য়াজরম্মী । অসুম্না নুমিদাং অদু ফনা শাংনা লেম্লবা মতুং মীওইবনা

মরক্তা পুন্সি লোমখিবগী মতাংদসু হেক হেক ব্রাখলদা ফাওরক্লম্মী। খনবমখৈ খল্লবা মতুং নিংথৌরেল অদু নোংমগী পোখানবা মতম য়ৌরদুনা পোখাখিরম্মী।

হায়নবা লৈ মদুদি ঈশ্বরগী ওইবা অমদি ধর্ম্ম লৈবা মীওইশিংদি ইবুংঙো মহাক্লা মীওই অদুগী তাইবঙদা নত্রগা খোমলেন মঙলান্দা তুংদা করি থোক্লগদগে হায়বদু হেক হেক তাকপী। অসুন্না নিংথৌরেল অকবরসু অসিগুম্বা মী অমা ওইবনা মহাক্কী খোম লেন মঙলান চাদা মঙ অমা মঙলম্মী। মহাক্কী মমঙদা মহাক্কী য়া অমথক নত্তনা অতৈ বাশিংদি লোয়না তেক্রম্মী। মথংগী নুমিত্তা বাদশাহনা মহাক্কী পাঞ্জিশিং কৌখৎলম্মী অদুগা মখোযদা মদুগী অর্থ করি হায়রিবনো হায়বদু অদুগা মঙ অদুনা করি হায়রিবনো হায়দুনা হঙলম্মী।

পাঞ্জিশিং অদুনা মঙ অদুগী মরমদা মখোয় মশেল খন্ন নৈনরম্মী অদুগা হায়রম্মী, "ও! মহারাজ, মঙ অদুগী অর্থ দি মহারাজনা শিদ্রিঙৈদা মরিমতা পূন্নমক লোয়না শিরগনি"।

অকবর ,ব্রাদু তাবদা য়াম্না নুংঙাইরমদে। মহাক্লা খল্লম্মী, মদুগী মঙ অদু ফত্তবনি। মদুদগী নিংথৌরেলনা পাঞ্জিশিং অদুদা পৈশা অমা ফাওবা পীরমদে।

মতুংদা বীরবল দরকার কারক্লম্মী। নিংথৌরেল অকবরনা মঙ অদুগী মরমদা বীরবলদা লীরম্মী। বীরবলনা মতম খরা খল্লগা হায়রক্লম্মী, "মবুংঙো বাদশাহ, অদোম্না মরি মতাশিংদগী পুন্সিবা হেনগনি। মঙ অদুগী অর্থদি মসিনি।"

নিংথৌরেল অকবরনা বীরবলগী অফবা মওংদা অচুম্বদু ফোংদোকরকপা অদুদা পেল্লম্মী। মহাক্লা বীরবলদা মনা মথুমশিং পীরম্মী।

" অচুম্বা ঙাংবসি করিগুম্বদা য়েক্লবা ওইরকই।"

## মহাও খরা

নোংমসু অকবরগী দরবারদা মহৌশাগুম বাহং পাউখুমশিংগী সভা ফম্লম্মী। বাদশাহনা হঙলম্মী, " বীরবল নুমিৎ অমসুং থানা উবা ঙমদবা করি করি লৈবগে ? " "লৈ বাদশাহ",বীরবলনা খুম্লম্মী । "মসি অমম্বনি"। অকবরনা হায়রম্মী, "য়াম্না ফরে , অদু ওইরবদি অচুম্বগা অরানবগা খেন্নবা করিনো?"

"মসি নকোংশিংগা মিৎশিংগা অরাপ্পনি," বীরবলগী পাউখুম ওইরম্মী।

"ঐগী ইবুংঙো, মিৎনা উরিবসিনা অচুম্বনি অদুগা নাকোংনা তারিবসিনা অরানবগী মওংনি ।" বীরবলনা খুম্লম্মী।

অকবরনা বীরবলগী পাউখুমশিং অদুদা অপেনবা ফোংদোক্লম্মী। অদুগা হায়রম্মী, য়েংউ, বীরবল, ঐনা মফম অসিদা লৈই অমা চিংলিবসে। নহাক লৈই অসিগী অরোইবা মতোনশিং অসি শোক্তনা তেনশিলহনবা ঙমগদ্রা ?" অসি হায়রদুনা বাদশহনা লৈমাইদা লৈই অমা চিংলম্মী।

বীরবল বাদশাহনা চিংলিবা লৈই অদুগী মনাক্তা অতোপ্পা খরা হেন্না শাংবা লৈই অমা চিংলম্মী অদুগা হায়রম্মী , "য়েংবীয়ু বাদশাহ ঐহাক্না বাদশাহনা চিংলিবা লৈই অদু মুখৎচদে, তৌইগুম্বসুং বাদশাহগী লৈইসি তেন্না উরে। ঐহাক্না হায়রিবসি চুম্নরোইদ্রনে ?"

"পাইরক্কী লৌশিং লৈবা মীদি মফম খুদিং চন্নৈ"।

## য়েনবা

অকবরনা মতৌ করম তৌরগা বীরবলবু অপঙবা শিগদগে হাযবগী মরমদা খন্দুনতা লৈরম্মী। তৌইগুম্বসুং মদুদি অরাইবদি ওইরমদে । অদুম ওইনমক বাদশাহনা মতৌকরম তৌরগা বীরবলবু অপঙবা শিনবা থৌরাঙ অমদি অদুম খন্দুনতা লৈরম্মী।

বীরবলনা দরবার য়ৌরক্ত্রিদ্রৈঙৈদো বাদশাহ্না মহাক্কী অঙম্বশিংদা য়েরুম অমমম পীরম্মী অদুগা তৌগদবা মরম খুদিংমক তাক্লম্মী। মতুংদা বীরবলসু হাল্লগুম দরবার কারক্লম্মী।

নিংথৌরেলনা হায়রম্মী,। "ঐ ঙরাং অহিং মঙ অমা মঙলম্মী, মদুদা অশেংবা লম্বোইবা নিপা অমনা তাকপিরম্মী মদুদি কোনুংগী লৈকোলগী মনুংদা লৈরিবা পুখ্রি অসিগী মনুংদগী য়েরুম অমমম পুরক্লগা পীবা ঙম্বা মীশিং অদু পুকচেল শেংবা অমদি থাজবা য়াবা মীশিংনি। হৌজিক ঐহাক নখোয় ময়ামগী মনুংদা কনা কনানা পুকচেল শেংবগে হায়বদু চাংয়েংবা পাম্মী। নখোয় পুন্নমক অমমমতা ওইনা চৎলগা য়েরুম অমমম পুরক্লগা লাকউ।"

মন্ত্রি অঙম্বশিং অদু অমমমতা ওইনা পুখ্রিদা চৎখিরম্মী অদুগা বাদশাহ্না বীরবলনা দরবারদা থুংলদ্রিঙৈদা মখোয়দা পীখিবা য়েরুমশিং অদুগা লোয়ননা হল্লক্লম্মী।

বীরবলগী মতাং লাক্লবদা মহাক্না পুখ্রি অদুগী মনুংদা চোংথরম্মী অদুগা ঈরুপ্পুনা য়েরুম ফংননবা থিরম্মী। মহাক্না ফনা থিদুনসু য়েরুম অমা ফাওবা ফংবা ঙম্লমদে। মদুদগীদি মদু মঙোন্দা চলাক তৌরিবনি হায়বসি খঙলম্মী। মহাক পুখ্রি অদুদগী কাখৎলক্লে অদুগা য়েনবা অমনা খোংবা অদুম্না লাউনা লাউনা খোংদুনা দরবারদা চংলক্লম্মী।

বীরবলনা য়েনবাগী মতৌগুম খোংলকপগী অয়াকপা মখোল অদুদা বাদশাহ খাঙবা ঝারম্মী অদুগা হায়রম্মী, "বীরবল, করিনো তৌরিবদুবো?" করিগীদমক নহাক্না য়েনবা অমদৌনা খোংলিবনো?" তোকও! লেপ্লো! নহাক য়েরুম অমা ফাওবা ফংবা ঙম্লরোইনে?"

বীরবল মোমোন লোক্লগা হায়রক্লম্মী, "প্রজাগী মবুংঙো, ঐনা করি তৌবা ঙমগদগে?" য়েনবিদমক য়েরুমশিং কোকই। তৌইগুম্বসুং ঐদি য়েনবা অমনি। মতৌ করম্না ঐনা য়েরুম অমা পুথোকপা ঙমগদৌরিবনো?

মদু তাবদা দরবারগী অঙম অতৌ খুদিংমক নোকপদা পুক্রিং তিংলম্মী। বাদশাহ্না খঙলম্মী মদুদি বীরবল য়াম্না শিংই অদুনা ইরাই লাইনা মহাকপু অপঙবা শীবা হায়বসি অরায়বা ওইরোই।

" পাইরক্কী লৌশিং লৈবশিংদি খুদক খুদক্কী পাম্বে অমা হেক্তা লাকই।"

# ফজবা শমককপ

বীরবল বাদশাহ্গী য়াম্না অচানবা মন্ত্রি ওইরম্মী। মী অয়াম্বনা মহাক্কী থুনা খঙগনবা পাঙ্গল, হৈশিংবা ফাগী ফোংদোকপা অমসুং পাইরক্কী লৌশিং লৈবগীদমক মহাকপু য়াম্না পান্নরম্মী। মীশিংনা মখোয় মখোয়গী অরুবা ৱাফমশিং লাকপা মতমদা মাগা হেক হেক তান্নরম্মী। মহাক অসি ইচম চম্বা মীশিংগসু য়াম্না চান্নবা মীশক ওইরম্মী।

তৌইগুম্বসুং মন্ত্রি খরনদি কলক মীহৌরম্মী। মখোয়না মহাকপু হাৎননবা থৌরাং কয়া কয়া তৌরম্মী। মখোয়না বীরবলবু হাৎনবা বাদশাহ্গী য়াম্না লুনা চান্না তৌবা শমককপা নিপা অদুদা চংজরম্মী অদুগা মখোয়গী তৌগদৌরিবা খুদোংথীবা থবক অদুদা মতেং পাংবিয়ু হায়জরম্মী। শমককপা নিপা অদু মন্ত্রিশিং অদুনা হায়রিবদু পাংথোক্লবদি নোংমদা খঙহৌদনা হেক্তা ইনাকখুনবা য়াবা পৈশা ময়াম অমা পীগনি হায়না ৱাশক্লম্মী। শমককপা নিপা অদুনসু মখোয়না ৱাশক্লকপা অদুগা ইনাকখুন্নিংবদগী মন্ত্রিশিং অদুনা হায়রিবা খুদিংমক পাংথোক্কে হায়না য়ারম্মী।

নোংমদি বাদশাহ্গী শমকক্লিঙৈদা শমককপা নিপা অদুনা বাদশাহ্দা হঙগৎচরম্মী, "ঐগী ইবুংঙো, বাদশাহ্, ননাই ঐহাক অহল ওইশিল্লক্লে। বাদশাহ্গী পাবুংগীসু কক্লকইবনিদো। মহাক্কী শম অদু কয়াদা ফজনা কক্লকপগে? তশেংনমক, মুগাগী অরংবগা মান্নবগুম্বনি।"

"ওইরম্বা য়াই," বাদশাহ্না খঙহায় হায়দোকখিরম্মী। হোয়, ইয়োর মেজেস্টি, তশেংবমক মদু য়াম্না ফজরম্মী। "ঐহাক ৱাহং অমত্তা হঙ্গৎচবা য়াগদ্রা?" শমককপা নিপা অদুনা নোল্লুক্লা হায়জরম্মী।

"হোয়, হোয় হায়য়ু য়াগনি", বাদশাহ্না হাযরম্মী। তানজা অদুদা শমককপা নিপা অদুনা হায়রক্লম্মী।, "মহারাজদি য়াম্না নুংঙাইনা চাওখৎপগীদমক নুংঙাজরি, তৌইগুম্বসুং মহারাজগী অপোকপা পাবুংখোয়, ইপা ইপুগীদমক য়াইফনবা করিগুম্বা অমত্তা তৌবিখিদবা মাল্লে।" মদুদা বাদশাহ্না শাওনা লাওরক্লম্মী, "মখোয়দি শিখ্রে অদুগা স্বর্গদা লৈখ্রে।

মতৌ করম্না ঐনা মখোয়গী অফ ফত্তা করম্না খঙগদগে?"

"করিগী ওইরোইদগে? মহারাজনা মদু তৌবা ঙম্মী", শমককপা নিপা অদুনা নোল্লুক্লা হায়রক্লম্মী।

নিংথৌরেল অকিবগী মশক ওইরম্মী,"করম তৌনা ওইগদৌরিবা ?"

অদুদগী শমককপা নিপা অদুনা হায়রম্মী "মসিগী মরমদা ঐখোয়বু তেংবাংবা ঙম্বা নিত্রং হৈবা যদুগড় অমা খঙই। হৌজিক লাইরৈবাক্তগী পাও লৌথোক লৌশিন তৌবদা অরুবা ওইররোই মহাক বাদশাহগী অপোকপা নিংথৌরেলগী অফ ফত্তা খঙননবগীদমক কনাগুম্বা মী অমা লাইরৈবাক্তা থাবা ঙম্মী।"

নিংথৌরেলনা হায়রম্মী, "অদুম্না তৌরবদি, হৌজিকমক ঐগী ইপাগী মরমদা খঙননবা শেমশারো।"

ফত্রবা শমককপা নিপা অদুনা হায়রম্মী, " ইবুংঙো, স্বর্গ দগী পাও লৌথোক লৌশিন তৌননবা ঐখোয়না মথৌদা পুক্লিং চংব, অমসুং লৌশিং শিংবা নিপা অমা লাইরৈবাক্তা থাবা তাই।"

নিংথৌরেলনা হায়রম্মী , "থবক অদু পাংথোক্লবা কানা থাগনি"।

"কনা ওইগদগে ! ঐখোয়গী অশিংবা মন্ত্রি বীরবল নত্তনা?" মরৌ লৈবা শমককপা নিপা অদুনা হায়রম্মী। মহাক্না মখা অমুক তারকই—

"ঐগী মবুংঙো! ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা মঙোন্দগী হেন্না মতিক চারবা অতোপ্পা মী কনা য়াওরিবগে? চৎকদৌরিবা নিপা অদুদি মফম অদুদা ব্রা অরেপ্পা লৌবা ঙম্বা মী ওইগদবনি। মহাক মিত্রং হৈবা নিপা অদুগা তাথোক-তাশিন তৌবদা মতিক চাবা অশিংবা মী ওইগদবনি অদুগা মহাক্কী পাউতাকসু ইনগনি"। শমককপা নিপা অদুনা শন্দোক্লা হায়রম্মী ।

নিংথৌনা বীরবলদু লাইরৈবাক্তা থাবদু য়ারম্মী। মহাক্না শমককপা নিপা অদুদা হঙলম্মী, " হৌজিক ঐখোয় করি তৌগদগে ?

"ইয়োর মেজিসটি, ঐখোয়না বীবলবু সভা যত্রা অমদা পোৎলোইনবগী মফম তান্না পুগনি। মফম অদুদা ঐখোয়না পোৎলোইনবা

শীং শেমগনি, অদুগা মৈ চুগনি। মিত্রং হৈবা ষদুগড় অদুনা মন্ত্র শোন্দুনা বীরবলবু স্বর্গদা থানবা তৌগনি। মৈ চাকখৎলকপা পোৎলোইনবগী শীং মথক্তা ফমদুনা লৈরবসু বীরবলদা করি অমত্তা তৌরোই। অদুদগীদি মৈখুগা লোয়ননা লাইরৈবাক্তা কাখিগনি ”।

মথংগী নুমিত্তা নিংথৌরেলনা মহাক্কী থৌরাঃ অদু দরবারদা লাওথোক্রম্মী। মহাক্না হায়রম্মী, “বীরবল থবক অদুগীদমক নহাক খল্লে। থৌদোক অদুগীদমক নহাক শেম শারুরো।”

“মসি অফবা পাম্বে অমনি। মসিগীদমক নহাক করি তৌগে খল্লি বগে”? নিংথৌরেলনা বীরবলদা হঙলম্মী।

মহাক্না ফত্রবা শমককপা নিপা অদুগী খুজিল থৌরাংনি হায়বা খঙলবা মতুংদা বীরবলনা লাইরৈবাক্তা চৎলগা নিংথৌগী অপোকপা মপাবুংগীদমক খজিল্লুনবা চৎলগে হায়না য়ারম্মী।

বীরবলনা হায়রম্মী, “ঐগী ইবুংঙো, তশেংনমক মসি য়াম্না শাংলবা খোঙচৎনি। ঐনা খোঙচৎ অসিগীদমক পৈশা ময়াম অমা দরকার ওই। মনবিদুনা মসি পীবিগদ্রা ?”

নিংথৌরেলনা হায়রম্মী, “নঙনা দরকার লৈবা পৈশা মখে লৌরো।”

“ঐ হৌজিক খুদক্তা চৎখিরোই। মফম অদুদা মতম শাংনা লৈখ্রগদৌবনিনা, ঐগী ইমুং মনুং মীওইশিং শেম শারন্নবা ঐহাক মতম খরা চংখিগনি”, হায়না বীরবলনা হায়রম্মী।

“মসিগীদমক নহাক মতম কয়াম কুইনা চংগনি?” নিংথৌরেলনা হঙলম্মী।

“থা তরুক, ইবুংঙো!” বীরবলনা খুল্লম্মী।

নিংথৌরেলনা হায়রম্মী, “বীরবল, ঐ ইপাগী মরম খঙনিংবনা থৌরাংলে অদুনা নহাক থা তরুক হেক ফাবগা চৎলোকো।”

“তশেংবমক্কি, ঐগী মবুংঙো, ঐনা অদোমগী ইপাগী পাও পুগনি”, বীরবলনা মহাকপু থাজহল্লম্মী।

বীরবল, মহাক্কী য়াম্না থাজরবা থবক শুবা মী খরা ফংলম্মী। মহাক্কা য়ুমদগী মোংফম ফাওবগী লৈনুংদা খোং অমা তৌহল্লম্মী।

হায়নখিবা নুমিৎ অদুদা বীরবলনা লাইরৈবাক্তা কাগদৌবদু য়েংনব মী য়াম্না পুল্লম্মী। মহাক মোংফমগী শেম শারিবা মফম অদু ফাওবা সভা যাত্র অমনা পুরম্মী। মহাক পোৎলোইনবা শেমদুনা থল্লিবা শীং অদুগী মথক্তা ফমহল্লম্মী। বীরবলনা শীং শেম্বগী মোংফমগী শীং অদু লৈনুংগী খোং অদুগী চংফম থোঙ লৈরিবা অদুগী মনাক্তা শেমহল্লম্মী। মহাক লাইরৈবাক্তা চৎনবগী চান্নবা ফীজোল শেৎলম্মী।

যাদুগড় অদুনা মন্ত্রগী শ্লোক থুরদুনা পোৎলোইবগী শীং অদু মৈ চুখৎলম্মী । মৈ অদুনা চাকখৎলকপা মতমদা বীরবলনা লোৎতুনা থল্লিবা থোঙ অদুদা ফাওরগা চৎখিরম্মী অদুগা অশোয় অঙাম য়াওদনা মাগী য়ুম য়ৌরম্মী।

শমককপা নিপা অমদি মাগী মরুপ মপাংশিংনা বীরবল শিরবনি হায়না খল্লম্মী। তৌইশুম্বসুং বীরবলদি থা খর মাগী য়ুমদা নুংঙাইনা লৈরম্মী। মশম মনা অমসুং মকোইনচিংবা কয়াসু য়াম্না শাংলম্মী। নোংমা বীরবলনা অকবরগী দরবারদা চৎলম্মী।

অকবর হরাও তয়াম্না বীরবলবু ওক্রম্মী। বীরবল ! নহাক উদনা লৈরকপা য়াম্না কুইরে। নহাক য়াওদনা লেল্লকপা ঐহাক্কী হকচাং চোকথরে । নহাক্কী খোঙচৎ কমদৌরকপগে ? অৱাবা নুংঙাইবা কয়া য়াম্না য়াওরকপগে ? ঐগী পাবুং অমদি অতৈনা করম তৌহৌরি ?”

ইয়োর মেজেসটি, ননাই ঐহাক অশোয় অঙাম য়াওজরক্তে , নুংঙাইবনা শরুক হেল্লি হায়বা তাই। ঐহাক অদোমগী ইপা হুমায়ুন উনজরকই, য়াইফহৌরি মহাক লাইরৈবাক্তা মখল খুদিংগী নুংঙাইবা ফংহৌরি। অদুবু মহাক্কী য়াম্না নুংঙাইজদবা অৱাৎপা অমখক্তি লৈহৌরি।”

“মদু করিনো ?” নিংথৌনা হঙলম্মী। ঐখোয় হৌজিক লাইরৈবাক করম্না য়ৌগদগে হায়বা খঙলে । ঐখোয় মহাক্কা দরকার ওইবা খুদিংমক যাদুগড়গী মতেংনা পাও লৌথোক লৌশিন তৌনবা য়ারে ঐখোয় করি অমত্তা ৱানররোই। “বীরবল ৱাৎহৌরিবদু করিনো, হায়রো” অকবরনা হায়রকই।

লাইরৈবাক্তা শমককপা অমা ব্লাংহৌরে। মদুদগী মহারাজগী পাবুংগী শম অমসুং কোই য়াম্না শাংহৌরে। মহারাজগী পাবুংনা অফবা, অহৈবা শমককপা নিপা অমা থারক্লবা মহারাজদা নিংশিংলকই।

"ঐনা তশেংনা মদুমক থাগনি। পাবুংগীদমক ঐগী শম ককপা নিপা অসি লাইরৈবাক্তা চৎননবা হায়গনি", নিংথৌরেলনা হায়রম্মী।

নিংথৌরেলনা শমককপা নিপা অদুগা মিত্রং হৈবা যাদুগড় অদুগা কৌরম্মী। মহাক্না শমককপা নিপা অদুবু লাইরৈবাক্তা চৎননবা শেম শারো হায়না য়াথং তৌরম্মী। শমককপা নিপা অদু করি অমত্তা হায়বা ঙমজরমদে। মহাক মশাগী লাংদা থুজরে। মহাক পোৎলোয়নবা শেল্লিব শীংগী মথক্তা ফমহল্লম্মী। শমককপা নিপা অদু মীবু শিননবা শীল্লুবগী দোষনা মহাক মশা অদু খুদক্তা শিখিরম্মী।

থৌদোক অদুগী মতুংদগীদি বীরবলগী য়েক্লবশিংনা মখোয়গী ফত্রবা থৌরাং কয়া, বীরবল হাৎনবা তৌবা খুদিংমক অরেম্বদা তাখিবদগী মশা মশাবু চেকশিনজবা ওইনা থাদোক্লরম্মী।

" মীবু মাংনবা তৌবনা, ঐগী ফত্তবা ওই। "

## ব্লাহংশিং অমসুং পাউখুমশিং

বীরবলদা ব্লাহংশিং হঙবা অদুগা মঙোন্দগী অশিংবা পাউখুমশিং লৌবসিনা নিংথৌরেলগী থোইদোক্লা পামজবা ওইরম্মী। নোংমদি নিংথৌরেল বীরবলদা হায়রম্মী, "নহাক ঐগী ব্লাহংশিং অসি যাম্না ফজবা পাউখুমশিং ওইহন্দুনা খুদক্তা খুমগদবনি"।

"চানবিগনি বাদশাহ", বীরবলনা খুমজরম্মী।

"খ্বাইদগী হেন্না ফবা খুৎলাই করিনো?" মসিনা নিংথৌরেলগী অহানবা ব্লাহং ওইরম্মী।

"হৈশিংবা, মবুদ্ধি থৌবা", বীরবলনা খুল্লম্মী।

"খ্বাইদগী অপঙবনা কনানো ?" নিংথৌনা হঙলম্মী।

"মহাক মশাগী য়াইফবা কদাইদা লৈ হায়বা খঙজদবা মী অদু" বীরবলনা খুল্লম্মী।

"জয় তৌবা ঙমদবা য়েক্লবদু কনানো ?" মথংগী ৱাহং ওইরম্মী ।

"অশিবা" , পাউখুম ওইরম্মী

"শিবা নাইদবনা করিনো ?" নিংথৌনা খঙবা পাল্লম্মী।

"কনাগুম্বা অমগী মিংচৎ", বীরবলগী পাউখুম ওইরম্মী।

"অপঙবা অমনি হায়বসি কবন্না খঙগনি ?" নিংথৌরেলনা হঙলম্মী।

"পেল্লোকপা", পাউখুম ওইরম্মী।

"মতৌ কবন্না লৈঙোই অমসুং চিনিগী য়ার্নাশিন্নবদু খায়দোক্লগনি?" নিংথৌরেলনা হঙলম্মী।

বীরবলনা খুল্লম্মী, "ঐখোয়না য়ার্নাশিন্নবা পোৎশক অদু লৈমাইদা শন্দোক্লনি। অদুম তৌবদি ককচেংনা চিনি মখো পুখিগনি অদুগা লৈঙোইনা লৈহৌগনি।"

নিংথৌরেলনা হঙলম্মী, " অমগা অমগা উনদবা খুম থংনবা অদু কনা কনানো ?"

"মিৎ অনি" বীরবলগী নোল্লুকপা পাউখুম ওইরম্মী। বীরবলগী পাউখুমশিং অদুদা অকবর অপেনবা ওইরম্মী ।

"থিন থিন্দুনা মীঙোন্দগী লৌশিং লৌবা অশিংবা মীনা তৌই।"

## অপঙবা পণ্ডিড

**মতম অমদা অপঙবা ব্রাহ্মন অমা বীরবলগী মনাক্তা লাক্লম্মী। তৌইগুম্বসুং মহাক্তি লাইরিক ময়েক চঙবা মীনি।** বীরবলনা মঙোন্দা হায়রম্মী **মদুদি লাইরিক** হৈতবা মী অমবু পণ্ডিড কৌবা নত্রগা মশা মথন্তনা পণ্ডিড **কৌবা অফবা ওইরোই।** অদুবু অপঙবা মীদুনদি মসিদা য়ানিংলমদে।

**মরম অসিনা** বীরবলনা প্লান অমা তৌরম্মী। মহাক্না,"নহাক লাইরিক হৈবা **মী অমা** নত্তে। তৌইগুম্বসুং হৌজিক ফাওবদি নহাক পন্দিড কৌবদি পামজে। ঐনা মসি ফংননবা মওং অমা হায়গনি। নহাক্না য়াম্না থাজবা মী অমগা বারি ফজনা শান্নরো। মানা "পন্দিড"হায়না কৌহল্লু মদুদা নহাক্না মঙোন্দা ফুশন্নৌ,চৈশিন্নৌ। মতুংদা মীশিংনা নঙোন্দা পন্দিড হায়না কৌরকপা মতমদা,মীশিং অদুদা চৈয়ু অদুগা নুংনচিংবা থারগা তান্নৌ।"

বীরবলনা মাগী মনাইশিংদসু ব্রাহ্মন অদুবু "পণ্ডিড" হায়না কৌহনম্মী। বামোন অদুনসু য়াম্না পামজরম্মী। বামোন অদুনা মখোয়দা চৈরম্মী অদুগা বীরবলগী পাউতাক্কী মতুংইন্না মখোয়বু নুঙনা থারম্মী। মসি উবদগী মীশিংনা বামোন্দুবু লক্লরম্মী। মখোয়না হেক উবা মফমদা পণ্ডিড, হায়না কৌরম্মী। নুমিৎ খরনিগী মনুংদা সহর অদুগী মফম খুদিংদা লৈবা **মীশিংনা মাবু পণ্ডিড** হায়না খঙনরম্মী। বামোন অদুনদি মীশিংনা মাবু **করিগী পণ্ডিড কৌরিবনো** হায়বদু খঙজরমদে। অপঙবা বামোন অদু মদুদা হৱাওজরম্মী। মদুদগী বামোন অদুনা বীরবলবু থাগৎপা ফোংদোক্লম্মী।

"**অপঙবা** মীদি মশাগী অশোনবা খঙজদে।"

## মিত্রংগী নুঙ

**মতম অমদা** পর্সিয়াগী নিংথৌরেল অকবরগীদা লাক্লম্মী। **পর্সিয়ান নিংথৌরেলনা** অকবরদা হঙলম্মী, "নহাক্কী চাংয়েং মুঙ টচ **ম্ভোন লৈব্রা ?"** **টচ ম্ভোন হায়বদি মিত্রংগী নুঙ হায়বনি।** মসিনা করিগুম্বা

অমদা হেক শোকপা মতমদা সনা হেক্তা ওলহনবা ঙমই। অকবরনা মহাক্কী মন্ত্রি বীরবলবু পর্সিয়াগী নিংথৌরেলদা মশক তাক্লম্মী অদুগা হায়রম্মী, “য়েংবিয়ু, মহাক অসি ঐগীদি ,টস স্তোননি। টচ স্তোন্দি ইরাই লাইনা ফংবা ঙমদে, অদুবু লৌশিংগী পুক্কে ওইবা মশাগী হোৎনজমন্না জ্ঞান, লৌশিংদা অৱাৎপা লৈতনা ইনাক খুল্লবা মী, জ্ঞানগীদমক মী পুন্নমক্না ইকাই খুম্নরবা মীশক অমগা মরুপ ওইবা ফংবা হায়বসি টচ স্তোন্দগী হেন্না মমল য়ামই।”

ইনাকখুনবশিংনা মাগী সনা লুপা,মণি মুক্তাশিং অদুনা মী অদুগী ৱাখল নুংঙাইহনবা, নোক্লিংবা, কপনিংবা অমদি লৌশিং পীবা য়াদবা মতমদা পাইরক্কী লৌশিং লৈবা, মহৈ হৈবা, জ্ঞান মপুং ফানা লৈরবা মীওইশিংনা কনাগুম্বা দরকার লৈবা মী অমগী অপাম্বা অদু কোকহনবা ঙম্মী। মতৌ অসুম্না বীরবল অসি মঙোন্দা গুন কয়ানা লৈতেংবনিনা অকবরগী মফমদদি মমলগী অরেপ্পা লৈরমদে। পর্সিয়াগী নিংথৌরেলগী মনাক্তা মাগুম্বা মন্ত্রি লৈরমদে অদুগা মিত্রংগী নুঙ অদুনদি মাগী অপাম্বা পীবা ঙল্লমদে।

পর্সিয়াগী নিংথৌরেলনা ফোংদোক্লম্মী,মদুদি “বীরবলবু ফংজবদি থোইদোক্না অকবরগী লাইবক ফবনি।” মরমদি বীরবল হায়বা নিপা অসি অকবরগীদি “টচ স্তোননি”।

“লাইরিক্তগী লৌশিং তানশিনগনি। লৌশিংনা মৈরানি।”

“মহৈগো মান্নবা পৃথিবীদা লৈতে”।

## মনা পীবা

অকবর নিংথৌরেল অসি মহৈ মশিং হৈবা অমসুং কলা বিদ্যা হৈবা মীওইশিংদা থোইদোক্না নুংশিবা অমসুং ইকাই খুম্নবগীদমক মমিং চৎলি। মরম অসিনা মহৈ মশিং হৈবা,কালা বিদ্যা হৈবা মীওইশিংনা মখোয়দা মতেং পাংলব্রবা অমসুং মনা ফংনবগীদমক মহাক্কী মনাক্তা লাক্লরম্মী। তৌইগুম্বসুং নিংথৌরেল উনবা চৎপা হায়বসি অরাইবা থবক অমদি নত্তে। নিংথৌরেল অকবরদি মীপুম খুদিংমকপু উনবা পামই। তৌইগুম্বসুং মহাক্কী গার্দসিংনদি হেক্তা ইরাই লাইনা নিংথৌরেলবু উনহনখিদে। কনাগুম্বা মী অমনা নিংথৌরেলবু উনবা

পাম্লবদি মহাক্না গার্দশিং অদুদা করিগুম্বা থরা পীবা হায়বসি তঙাইফদবনি। কনাগুম্বা মী অদুনা গার্দশিং অদুদা পীননবা শেম শাদ্রবদি মহাক নিংথৌরেল উনদনা নীংবা কায়না হন্নখিবা তাবনি। মরম পুম্নমক অসি বীরবল খঙলক্রম্মী।

অচুম্বদু পুথোক্লবা কবি অমগী ফিজোল শেৎলগা বীরবলনা কোনুংলোমদা লাক্রম্মী। মঙোন্দসু গার্দনা থিংলম্মী অদুগা হঙলম্মী,"নহাক কনানো ? নহাক করি পাম্বগে?"

"ঐ নিংথৌ উনবা পাম্মী" কবি বীরবলনা হায়রম্মী।

"অহ! নঙ নিংথৌ উনবা পামই হায়বা? নহাক্না থল্লিবদু ওইথোকপা য়ারোই। নিংথৌ থবক য়াম্না চিল্লী, কনা অমতা চংহন্নকনু হায়না ঐঙোন্দা হায়রম্মী" গার্ড অদুনা হায়রম্মী। কবি বীরবলনা মহাকপু নিংথৌ উনবা য়াহন্নবীয়ু হায়জরম্মী।

মতম অদুদা গার্ড অদুনা হায়রম্মী, "নহাক নিংথৌ উনবা য়ারোই।" করিগী ? কবি বীরবলনা হঙলম্মী।

"মরম নঙোন্দগী করিগুম্বা থরা ফংদ্রিবমখৈ ঐনা নঙবু চংহল্লোই" গার্ড অদুনা হায়রম্মী।

"হৌজিক্তি নঙোন্দা পীননবা করি অমতা য়াওরক্তে," কবি বীরবলনা হায়রম্মী।

মদুগীদমক্তা থোইদোক্তে, তৌবদবু নহাক্না নিংথৌদগী ফংলকপা খুদিংমক্কী তঙ্খাই অমদি ঐঙোন্দা পীগদবনি। নহাক তঙ্খাই অমা পীগনি হায়না রাশক্লবদি ঐনা নঙবু চংহন্নগনি,গার্ড অদুনা হায়রম্মী। কবি বীরবলসু য়ারম্মী।

কবিগী মশক লৌরবা বীরবলনা নিংথৌগী মনাক্তা চৎলম্মী। মহাক্কী কবিতা থরা নিংথৌরেলদা থীজগে হায়রম্মী। নিংথৌরেল অকবরনা য়াবিরদুনা বীরবলনা মহাক্কী কবিতাশিং থরা থীরম্মী। অকবর কবিতাশিং অদু তাবদা য়াম্ন পেল্লমঈ। নিংথৌরেলনা মঙোন্দা হঙলম্মী, "নহাক্না মনা ওইনা করি পাম্বগে ?" কবি অদুনা হায়রম্মী, "মহারাজ ঐহাক করি অমত্তা পামজদে, ঐহাক নহাক্কী নফমদা কবিতাশিংসি অসুম থীজগে হায়দুনা লাকচবনি "।

অকবরনা মঙোন্দা করিগুম্বা খরা লৌননবা তকশিল্লম্মী, "নহাক্তা তশেংনা পীগে হায়রবদি.........।" কবি অদুনা মশা নিকশিন্নরম্মী অমদি মরৈ লোম্বগী মওং তৌরম্মী। নিংথৌনা শোয়দনা পীগনি হায়না থাজহল্লম্মী। করিগুম্বা খরা হায়রক্লবগী থাগৎপসু ফোংদোক্লম্মী।

"ইয়োর মোজেস্টি, ঐঙোন্দা শগোল শাজৈনা চামরক ফুবা পামই, ফুবিয়ু", কবি অদুনা হায়রক্লম্মী।

মদু তাবদা নিংথৌরেল ঙক্লম্মী, "নহাক ঙাওরব্রা ?"

কবি অদুনা মঙোন্দা শাজৈ চামরক ফুবিনবা তকশিল্লক্লে। মহাক্লা হায়রম্মী, "হুজুর ! ঐহাক্লা তৌজরিবসি ইবুংঙোগী য়াইফনবনি"।

নিংথৌরেলনা হঙলম্মী, "করিগী, ঐগী য়াইফনবগীদমক নঙোন্দা শগোল শাজৈনা চামরক ফুগদবা ?"

ঐহাক্তা নৎচদে ঐখোয় অনি শুরি, কবি অদুনা খুল্লম্মী।

"ঐখোয় অনি ! মসিনা করি ? ঐহাক ভাব তাবা ঙমদ্রে। নহাক্লা শন্দোক্লা খর হায়বিয়ু", নিংথৌনা হায়রক্লম্মী।

ইয়োর মেজেস্টি, নহাক্কী গার্ডনা ঐহাক্লা ইবুংঙোদগী ফংলকপা মনা খুদিংমক্কী শরুক তম্নাই অমা লৌগনি হায়না তাকপিরকই", কবিনা খঙহল্লকই।

"করিগী", নিংথৌনা হঙলম্মী।

"ইবুংঙো বু উন্নবা ঐহাকপু চঙহনবগীদমক ! ঐহাকসু তম্নায় অমা পীগনি হায়না ৱাশকলম্মী", কবি অদুনা হায়রম্মী।

শাওরবা নিংথৌরেলনা গার্ড অদুবু কৌহল্লম্মী। অদুগা মঙোন্দা শগোল শাজৈনা য়াম্নরেক ফুগদবনি হায়না য়াথং পীরম্মী। মহাক্না অতোপ্পা কোনুংগী অমোংপা মীওইশিংদসু দণ্ড পীরম্মী।

অদুদগী অকবরনা হায়রম্মী, "কবি ! নহাক্কী লৌশিং অসিনা ঐঙোন্দা বীরবলবু নিংশিংহল্লি। নহাক মহাক্কা উনগদবনি।"

অদুদগী ফিজোল ওহোক্লগা বীরবলনা হায়রম্মী, "ননাই ঐহাক মদু ঙমজরোই"।

"করিগীনো ?" নিংথৌনা হঙলম্মী ।

"মরমদি ননাই ঐহাক ইবুংঙোগী বীরবলনি", কবি অদুনা হায়রম্মী । মহাক্কী অহাপ্পা মশম অমসুং মকোই লৌথোক্লগা নিংথৌদা সলাম তৌরম্মী।

নিংথৌরেল অকবর বীরবলবু পেনবগী ঙমখৈ লৈরমদে। মতৌ অসুম্না বীরবলনা অমোৎপা মীশিংবু দণ্ডি ফংহল্লম্মী।

"অমোৎপা মীশিং মশাগী পোকপদগী লোয়নরক্লবা গুণ অমনি, শেমদোক্লবা হোৎনগদবনি"।

## লৌউবা অমসুং লান্মি

বীরবল মহৌশানা লৌউবা মীনি। মহাক লবুক্তা লৌউবা অমসুং মহৈ-মরোং থাবা য়াম্না পাল্লম্মী । মতম অদুদা কোর্টতা বীরবলদগী হন্‌বা অতোপ্পা "মুল্লা ডো পিয়াজ "কৌবা মন্ত্রি অমা লৈরম্মী। মহাক লান্মিবু য়াম্না পামজবা মীওই ওইরম্মী।

মুল্লা অমদি দরবারগী অঙম অথৌশিংনা থোইদোক হেন্দোক্লা বীরবলবু ইকাইখুম্নবা অদুদগী চিংথনবগী মবম খন্নরম্মী।

মহাক্লা হায়রম্মী, "বীরবল, নহাক মন্ত্রি ওইদ্রিঙৈদ কবি থবক তৌরম্মী ?"

বীরবলনা চিংনবা য়াওদনা খুম্লম্মী, " ঐ লৌউবা অমা ওইরম্মী। ঐহাক্কী পবুংসু লৌউবা নিপা অমা ওইরম্মী" ।

"মতৌ করম্না নহাক্কী পাবুং শিখিবগে? " মুল্লানা হঙলম্মী ।

"মহাক নিংথমথাদা লৌবুক্তা লৌউবা চৎপদা লৌবুক্তা শিখিরম্মী"। বীরবলনা খুম্লম্মী।

"মতৌ করম্না নহাক্কী নপুবোক্তি শিখিবগে ?" মুল্লানা হঙ্লম্মী।

"মহাকসু লৌবুক্তা চংপদগী শিখি। মহাক লৌবুক্কী গুহ্য অমদগী পাম্বীশিংদা ঈশিং চাইনবা ঈশিং শোকপা চংপদা তাদুনা শিখিবনি," বীরবলনা খুম্লম্মী।

"আ! লৌউবা হায়বসি য়াম্না ফত্তবা শিনফম অমা ওইরে," মুল্লানা হায়রম্মী।

খুদক্তা বীরবলনা মুল্লাদা বাহং হঙবা হৌরম্মী, "মুলা নখোয়গী শিনফম করিদগী হৌরকই ?"

"ঐখোয় সিফাইশিং ভাক্তনি," মহাক্না হায়রম্মী।

"মতৌ করম্না নহাক্কী পাবুং শিখিবগে?" বীরবলনা হঙলম্মী।

"মহাক লানফমদা লান শোক্নরিঙৈদো শিখি" মুল্লানা খুম্লম্মী ।

"নহাক্কী নপুবোক্তি মতৌ করম্না শিখিবগে ?" বীরবলনা হঙলম্মী।

"মহাকসু লাফমদা লান শোক্নরিঙৈদো শিখিবনি", মুল্লানা খুম্লম্মী ।

"আ! নখোয়গী ইমুংগীদমক্তদি লান্মী অমা ওইবসি য়াম্না ফত্তে", বীরবলনা থুনা হায়রক্লমই।

বীরবলগী খুদক্কী ওইবা বাহং অমদি পাউখুম অদু তাবদা দরবার অদুদা তিল্লমলিবা অঙম অথৌশিং অদু পুমঙক ঙক্নরম্মী। বীরবলবু নুংশিবশিংনা পুক্নিংদা নুংঙাইবা পোক্নরম্মী।

" করিগুম্বদা মী অমনা মী অমবু হন্থনা লৌরোইদবনি অমদি মানা হৈরে শিংলে হায়না খক খল্লোইদবনি।"

## লম্বীগী কোনাশিং

পার্সিয়াগী নিংথৌরেলনা মহাক্কী বাহং অমা গ্রিটিং কার্ডকা লোয়ননা নিংথৌরেলদা থারক্লম্মী। আগ্রা সহরগী লম্বীশিংগী কোনা কয়া য়াম্না লৈবগে?" মহাক্কী বাহং ওইরক্লম্মী।

মসি আকবর নিংথৌরেলদা অরুবা বাহং ওইরম্মী। মহাক্কা মন্ত্রি রাজা মান সিংহ কৌরম্মী অদুগা নুমিৎ নিনিগী মনুংদা আগ্রা সহরদা লৈরিবা লম্বীগী কোনাশিং মশিং থিরক্লদবনি হায়না য়াথং তৌরম্মী। মানসিং নিংথৌগী য়াথং পাংথোক্লবা চংখিরম্মী। মতম অদুদা বীরবল দরবারদা য়ৌরক্লম্মী। মহাক্লা নিংথৌরেলগী অবাবা মাইথোংগী মমি তারিবদুগী মরম হঙ্লম্মী।

নিংথৌরেল আকবরনা পর্সিয়াগী নিংথৌরেলনা হঙ্লকপা বাহংগী মরমদা নিংথিনা বীরবল মন্ত্রিদা তন্নম্মী। মহাক্লা মন্ত্রি রাজা মানসিংহবুসু লম্বীগী কোনা মশিং থিরুনবগীদমক থাখিবদুসু তন্নম্মী।

বীরবলনা মদুদা হায়রম্মী,"মবুংঙো, করিগীদমক মদুগীদমক্তা মানসিংবু থাবিরম্লিবনো ? ননাই ঐহাক আগ্রা সহরগী লম্বীসিংগী কোনা মশিং কয়া শুবগে হায়বদু খঙজে। করিগী আগ্রাগীদা ওইরুগদগে ? ঐহাক পৃথিবীদা লৈরিবা করিগুম্বা সহর অমগী লম্বীগী কোনাশিংগী মশিং খঙজে।"

"নহাক মসিবু খঙব্রনে? মসিগী মরম ঐঙোন্দা খরা হায়য়ু," নিংথৌনা হায়রম্মী! পৃথিবীদা লৈরিবা করিগুম্বা সহরগী লম্বীশিংগী কোনা মশিং অনিদমক লৈগনি। মখোয়শিং অদুদি য়েৎলোমদা লৈবা নত্রগা ওইরোমদা লৈবা" বীরবলনা খুম্লম্মী।

মদু তাবদা নিংথৌরেল আকবর জ্ঞান তারক্লম্মী।

"মীওইবগী পুন্সিদা লম্বী কোনাগুম অনি অনি লৈগনি। অচুম্বা অমসুং অরানবা, অফবা অমসুং ফত্তবা, নুংঙাইবা অমসুং অবাবা।"

## নোংশাগী শারঙ

পার্সিয়াগী নিংথৌরেলনা মরক মরক্তা অকবর নিংথৌরেলদা মরুপ মপাং ওইবগী ৱাহং পাউখোং কয়া থারকই আকবরনসু মদুগী পাউগুখুম পার্সিয়াগী নিথৌরেলদা হেক হেক থারম্মী। মখোয় অনিমক য়াম্না চান্নবা, অফবা মরুপনি।

মতম অমদা পর্সিয়াগী নিংথৌরেলনা খুৎশেমগী অচৌবা শরঙ অমগী মনুংদা অশাবা নোংশা অমা থল্লগা নিংথৌরেল আকবরগীদা থারক্লম্মী। শরঙ মনুংদা য়াওরিবা নোংশা অদু অসুক্কী মতিক মাল্লম্মী মদুদি অশেংবা, অহিংবা নোংশাগা করি অমত্তা খেৎনরমদে। শরঙ অদু দরবারদা য়ৌরকপা মতমদা দরবার মেম্বর অমসুং অতোপ্পা মীওইশিংসু য়াম্না অকিবা পোক্লরম্মী। খবা অমদি দরবারগী য়ুম্বীশিংগী মরুমদা লোৎপা ফাওবা য়াওরম্মী। নিংথৌরেল আকবর ফাওবা কিবগী মিহুল চোংদবদি নত্তে। শরঙ অদু য়াম্না চাউই। নোংশাদুগী অচৌবা অশাংবা ময়া অনি অদু থিন্দোক্লগা কাথোক্তুনা লেপ্লম্মী।

শরঙ অদুবু পুরক্লিবা মীশিং অদুনা নিংথৌরেল অকবরবু সলাম তৌরম্মী। অদুগা হায়রক্লম্মী, "ঐখোয়গী নিংথৌরেলনা শরঙ অসি থারকলিবনি। কনাগুম্বা মহারাজগী দরবারদা লৈরিবা অঙম্বশিংগী মরক্তগী অমনা শবঙ মনুংদা লৈরিবা নোংশা অসি শোকহন্দনা অমসুং শরঙ অসিবু তেকহন্দনা লৌথোকপিরকউ"।

অঙম্বশিং পূন্নমক খুম্বদা ৱারম্মী অমসুং চম্মনরম্মী। কনা অমত্তনা মদু তৌবা ঙমগনি হায়বা থাজরমদে। পূন্নমক তীর্থ চৎখিবা বীরবলবু ঙাইদুনা লৈরম্মী। মহাক থা অমগী মনুংদা হল্লকপা য়াই হায়না থাজনরম্মী। অদুবু হায়রিবা পাউখুম অদুদি শুপনতগী নুমিৎ কুন্নিগী মনুংদা পীগদবা ওইরম্মী নিংথৌরেল অকবর তৌফম খঙদদুনা ৱানা লৈরম্মী। বীরবলবু হল্লকপা ঙাইদুনা লৈরম্মী।

মথঙগী নুমিত্তা দরবার মেম্বর অবডুল ফাজল অমসুং ফাউজিনা শরঙ মনুংগী নোংশাগী মশা অদু থুগাইরগা লৌথোকসি হায়না নিংথৌরেলদা

হংগৎলম্মী। অদুবু মদু ওইথোকপা য়ারমদে। নোংশাগী মশা অদুদি ধাতুনা শাবা ওইরম্মী।

লাইবক ফবদগী বীরবল অমসুং মহাক্কী নুপী তীর্থ-চৎপগী খোঙচত্তা নুংশাগী মৈশা খাঙবা ঙমদবদগী ঙনখৎনা হুপ্লক্লম্মী। অকরবনা মহাকপু খুদক্তা কৌহলম্মী অদুগা মঙোন্দা শরঙ অদুদা য়াওরিবা নোংশাদুগী মরমদা কুপ্না লিরম্মী। বীরবলনা শরঙ অমসুং মনুংগী নোংশা অদু কুপ্না মুন্না য়েংলম্মী। মহাক্না অরুবা ব্রাফম অদু পুথোক্লবা নোংমগী মতম পীবিয়ু হায়জরম্মী। বীরবলনা মসি শোইদনা তৌবা ঙমগনি হায়বসি নিংথৌরেল অকবরনা থাজবা পোক্লম্মী। বীরবলনা খঙলে মদুদি নোংশা অদু খোইরুন্না শাবা ধাতুগী মচুনা তৈশিনবনি হায়বসি।

মথংগী নুমিত্তা বীরবল য়োৎচৈ অশাংবা অমা পুরক্লগা দরবার কারক্লম্মী। মহাক্কী লোয়নবশিংদা য়োৎচৈ অদু ঙাংশং ঙাংনা শাদ্রিফাওবা মৈদা ইক্লকউ হায়রম্মী বীরবলনা য়োৎচৈ অদুগী মখোক অদু উনা পাল্লম্মী। মহাক্না অশাবা য়োৎচৈ অদু নোংশা অদুগী মনাক্তা থল্লম্মী। য়োৎচৈগী মৈশা ফংবদা নোংসা অদু শৌদোকপা হৌরক্লম্মী। মিনিট খরগী মনুংদা নোংশাগী মশা পুম্নমক অদু শৌদোকখিরম্মী। অদুদগীদি নোংশাগী মশা লৈত্রে, পুম্মাং মাংখ্রে। চমন্নবা, অরুবা ব্রাফম অদুগী পাউখুম অদু ইরাই লাইনা বীরবলনা পীরম্মী। মদু উবদা অকবর য়াম্না হরাওরম্মী। দরবারগী মেম্বর খুদিংমক্লসু মদু উবদা নুংঙাইরম্মী। অদুগা বীরবলবু হরাওনা ইকাইখুম্নরম্মী।

"মীগী অৱাবা মশক খঙবা মীশিংদি ঈশ্বরন্সু থৌজাল্লি।"

## কেলেঙুর

অকবর নিংথৌরেল কুইনা খল্লবগী মতুংদা থা অনিনা থা অমতা শারগে হায়না লেপ্লম্মী। মদুদি নুমিৎ কুছানিনা থা অমা শাবগী মহুত্তা নুমিৎ হুমফুনিনা থা অমা শবনি। মহাক্না বীরবলবু কৌরগা মহাক্না লেপ্লিবা কেলেঙুর অদুদা মহাক্কী মট হঙলম্মী।

বীরবলনা হায়রম্মী, "মহারাজ, থা অনিনা থা অমা শাবিগে হায়রিবদুদা ননাইগী অয়েৎপা অমত্তা লৈজদে। তৌবতবু মসিদা পীকপ্রবা অরুবা মরম অমদি লৈ।"

"মদু করিনো বীরবল ?" নিংথৌনা হঙলম্মী।

"ঐখোয়গী অনৌবা কেলেণ্ডরদা থা অমদা পূর্ণিমা অনি লৈরে। মসিদা খজিক্তং চমন্নবা ওই। থা অমদা পূর্ণিমা অনি লৈরবদি নিপা ওইবশিংনা মখোয়গী লোয়নবী অনি অনি পাম্লকনি," বীরবলনা হায়রম্মী।

অকবরনা মুন্না ৱাখল তৌরবা মতুংদা মহাক্না চৎনহন্নগে খল্লিবা অনৌবা কেলেণ্ডর অদু চৎনবা য়াররোই হায়বসি লেপ্লম্মী।

"নিংথৌরেল, অমনা নুমিৎ হুম্ফুনিগী মনুংদা পূর্ণিমা অমত্তমক খোরকউ হায়বসি য়ারোই," অকবরনা মুন্না ৱাখল তৌজরম্মী।

মহাক্না খল্লম্মী, "অসুম্না তৌরবদি অরুবা অকায়বা অমা লাকপা য়াই।"

"প্রকৃতিগী খোঙচৎ হোংহনবা হায়বসি অরুবা অমনি।"

# লৈ চন্দন লৌবা

নোংমা অকবরনা মাগী কোর্তকী মীশিংদা খঙতক্লম্মী অদুগা হায়রম্মী, "কনাগুম্বা মী অমনা কনাগুম্বা অতোপ্পা অমদা করিগুম্বা অমা পীবা মতমদা পীরিবা মীগী মখুৎনা লৌরিবা মীদুগী খুৎকী মথক থংই। কনাগুম্বনা লৌরিবা মীগী খুৎনা পীরিবা মীগী খুৎকী মথক থংবা থৌদোক অমা ঐভোন্দা হায়বা ঙম্লা?"

মতম খরা কোর্টকী মীশিংদু চম্থনরম্মী। মখোয়না থুনা হায়রক্লম্মী, "ও নিংথৌ মসি ওইথোকপা য়ারোই। পীরিবা মীগী খুৎনা লৌরিবা মীগী খুৎকী মতম লৈবা খিবিক্তা মথক থংগনি।"

বীরবলনা তুমিন্না ফমদুনা লৈবদু নিংথৌরেলনা উরম্মী। অকবরনা মঙোন্দা হঙলম্মী, "বীরবল নহাকসু ময়ামগী মট অসিগা মান্নরবরা?"

"মান্নদে ইবুংঙো," বীরবলনা খুম্নকই। মদু তাবদা কোর্টকী মীশিংদুনা বীরবলদা ওলশিল্লগা ঙক্লা য়েংলক্লম্মী। নিংথৌরেলনা হায়রম্মী, নহাক্লা করি খল্লিবগে ? লৌরিবা মীগী খুৎনা পীরিবা মীগী খুৎকী মথক থংবা ঙমগদ্রনে?"

"করিগী ঙম্লোইদগে মহারাজ," বীরবলনা খুমলম্মী।

"অদুদি করম্বা মতমদা?" নিংথৌরেলনা তকশিল্লম্মী।

"মী অমনা অতোপ্পা মী অমদগী লৈ চন্দন লৌবা মতমদা হিন্দুগী চৎনবিগী মতুং ইন্না দেব কর্ম অমা তৌবা মতমদা লাকপিরিবা মীওইশিংবু ওক্লনবা কর্ম্মা ধারি অদুগী মীশিংনা অরাকপা মীশিং অদুবু লৈগা চন্দনগগী পাএ অমদা হাপ্লগা খুৎ অনিনা লোংনা মখা থংনা পাত্র অদু পায়রগা পীনৈ। লৈ চন্দন লৌরিবা মী অদুনা মথকলোমদগী লৌনৈ," বীরবলনা খুমলম্মী।

কোর্টকী মীশিং অমসুং নিংথৌরেলনা বীরবলগী অশিংবা পাউখুম অদুদা থাগৎপা ফোংদোক্লম্মী।

"নিংশিংবগী শক্তি লৈবা মীওইশিংদি মতম খুদিংদা ইকাই খুম্মে।"

## সাধু

অকবর মশাগী চহি ১৩ শুরকপা মতমদা সিংহাসন কাখি। চহী কয়া হৌখ্রবদা মহাক্কী মতমদা লৈরম্বা (পাল্লম্বা) লৈবাকশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী চাউবা অমা ওইরম্মী। মহাক হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইনা পাল্লম্মী। মহাক অসি মানা হেক হায়রিবমখে হায়বা ইনবা, মঙোন্দা অৎ তৌবা অদুগা মাবু লাইগুম্না খনবা দরবার মীওইশিংনা লৈতেংলম্মী। নিংথৌরেল অকবর অসি করিগুম্বা মতমদা চাউথোকপা অমসুং পৃথিবী পুন্নমক অসি মাগীনি হায়বসিদা থোইদোক্লা চীংননিঙাই লৈতে। অসুম্না ইনখৎলকপা ওইবনে লৈবাক ঙাকপদা হৈথোই শিংথোইবা ওইবনে, থোইদোক্লা মী লাই কিদবগুম তৌরম্মী। নোংমদি

বীরবলনা মহাকপু অকনবা, অচৌবা নিংথৌরেলগী বাখল থাদোকহন্নগা মীওইবগী পুন্সি গী মরমদা খলহন্নগে খল্লম্মী।

নিংথিনা লৈতেংলবা কোনুংগী হৈপাল-লৈপাল অদুদা পুক্নিং হুনা য়েংলম্মী। লৈরাংশিংগী লৈকাদা খোইমু খ্বাংজেংবশিংনা লৈগী লৈহি ফংজনবা অমদি লৈরাংশিং অদুনা মখোয়বু হরাও তরাম্বা বাহৈনো লৈশি লৈথোনবিনবা কেনা মৌনা তপ্লপ তপ্লপ মশা খপ্লদুনা থরাই তাজবা লৈরাং কয়াগী লৈকাদা খোঙদোই হুনজরি। মশাবি লেংলকপা উজবদা চহি কয়া চুপ্না তপ তৌরুরবা মতুংদা ফংঙমদনা খঙহৌদনা ফংলবগুম কেজবনা মহৌশা ওইরবি লৈরাংশিংনা হরাও মথোইগা লোয়ননা মশাবিশিংবু তরান্না ওকচরি। অইবঙগী মায়া সংসারনা পুল্লবগুম লৈরাং খোইমুশিং অদু নুংশি চিল্লোক্লা, পুন্সিগী থাদোক্লবা ঙল্লারোইদবগুম লৈমিন্নরি।

অদুবু অঙকপা নত্তে সংসারসিদা, তাট হৈবা খোইমু কয়া য়াওরল্লোই হায়বসি। নুংশি চান্নবা পুন্সি লৈপুন ওইমিন্নসি বাশক্লরুবা, লৈরাং লৈহি কখোকল্লুরগা অরেম্বা ভাহৌবা লৈরাং কয়াসু লৈতবা নত্তে। লৌনম চাউবা খোইমু কয়ানি, লৈহিশিংনা পীক থনবা লৈরাংসু কয়ানি, মশা মশাগী নুংঙাইবা থিবা লৈরাং খোইমুসু কয়ানি। অসুন্না মখল মখা কয়ানা লৈতেংলবা, হৈনম লৈনন্না জগৎ শিনবা থুংনা য়েনবগুম তৌরবা নিংথিরবা লৈকোল অসিদা নিংথৌরেল অকবর হরাও মথোইগা লোয়ননা পুক্নিং মকা লান্না লেংথোক্লরুম্মী।

লৈকোল অদু থুংনা অসুম অসুম য়েংলকপদা নিংথৌরেলগী থম্মোইদা অঙকপা অমা উরম্মী। মদুদি মহাক্কী লৈকোলগী হেক ময়াইদা সাধু অমা হিপতুনা লৈবা উরম্মী। মহাক্না সাধু অদু লৈকোল অদুগী মনুংদা লৈরিবদু থাজবা ঙল্লমদে। মরমদি সন্ত্রিশিংনা সাধু অদুবু কদৌঙৈদসু মনুংদা চংহল্লোই অদুবু করম্না মহাক লৈকোল মনুংদা লৈরল্লিবনো ? অঙকপনি সাধু ! ফদি ফরা শেংলবা, লৈকোলগী হেক ময়াইমক্তদা মী চংহনবগীদমক্তা সান্ত্রিশিং অদু দন্দি পীগনি। অসুম্না য়াম্না তমথিনা খল্লদুনা নিংথৌরেল সাধুনা লৈরিবা মফম অদু তান্না চংখিরম্মী। নিংথৌরেলগী নিংথিনা লোন খোৎ তৌরবা খুদোন থাঙউপ অদুগী মতোন্না সাধু অদুবু থীল্লম্মী। অশাওবগা লোয়ননা কাওবনিনা সাধু অদু অনাবা ফাওরম্মী।

"মফম অসিদা, হে নিপা" নিংথৌরেলনা লাউরম্মী।

"নঙ মফম অসিদা করি তৌরিবনো? হৌগৎলু অদুগা খুদক্তা চৎখ্রো চৎলু" মহাক্না অশাওবগা লোয়ননা লাউরম্মী।

সাধু অদু করিমত্তা নাচুংবা তৌদনা, ইতপ তপ্না মমিৎ পাংথোক্লম্মী। মহাক হিপ্লম্বদগী তপ্না তপ্না তীংখক্লুনা ফম্লম্মী।

"ইনিংথৌ," মহাক্না হৈনিংদবা খোঞ্জেল্না হায়রম্মী। "মসি অদোমগী লৈকোল্লা, মতম অদুদগী?"

"হোয় !" নিংথৌরেলনা লাওরক্লম্মী।

"মসিগী লৈকোল, অতরগুলাপ পাম্বীশিং অদুসু, মদুগী নাকন্দা চেল্লিবা ঈশিং খোঙ অদুসু, লমপাক লম্মাং অদুসু শুমাং, কোনুং, লানবল, মসিগী লৈবাক পুম্নমকশিংসি ঐগী ঙাক্কনি!" নিংথৌরেলনা মখা তাথরকই।

"সাধু অদু তপ্না তপ্না লেপখৎলকই !" অদুগা তুরেল অসিসু ইনিংথৌ! অদুগা আগ্রা সহর অসিসু ? অদুগা ভারতবর্ষ অসিসু ? সাধুনা মখা হঙলম্মী ।

"হোয় হোয়, পুম্নমক অসি ঐগীনি," নিংথৌরেলনা হায়রম্মী। "হৌজিক চৎখ্রো চৎলু !"

" অহ ! " সাধু অদুনা হায়রম্মী । "অদুগা অদোমগী ইমাংদা লৈরমবশিংদুদি ইনিংথৌ ? লৈকোল অসি, অদুগা লানবল অদুগা সহর অসি মতম অদুদা কনাগী ওইরম্বগে "?

"ঐগী ইপাগী, অদুম ওইরম্মী ," নিংথৌরেলনা হায়রম্মী।

মাগী শাওনিংবা ৱাহং ওইদুনসু, মহাক সাধু অদুগী ৱাহংশিং অদুদা পুক্নিং চংবা হৌরক্লম্মী। মহাক অচুম্বা থিরিবা মীওইশিংগা ৱা তান্নবা থোইদোক্না পাম্লম্মী।

মহাক্না সাধু অদুগী ৱাঙাঙদগী মহাক অসি মহৈ মশিং হৈবা মীওই অমনি হায়বসি নিংথৌরেলনা খঙলম্মী।

"অদুগা মগী মমাংদা মফম অসিদা কনা কনা লৈরম্বগে? "সাধুনা য়াম্না চীংলেমনা হঙলম্মী।

"মহাক্কী মপা, ঐগী ইপাগী মপা, নহাক্কা খঙলিবদু মঙাই।"

"অহ!" সাধু অদুনা হায়রম্মী। অসুম্না লৈকোল অসিসু, অতরগুলাপ পাম্বীশিং অসিসু, কোনুংসু অদুগা লালবন্দসু পূন্নমকশিং অসি মহারজগী পুন্সিগী ওইরবা ? মসিগী মমাংদনা মখোয় পূন্নমকশিং অসি ইনিংথৌগী ইপাগী, ঐনা হায়রিবসি চুম্লোইদ্রনে? অদুগা নহাক্কী ইতুংদনা মখোয় পূন্নমকশিং অসি অদোমগী ইচাগী, অদুদগী মতুংদা মহাক্কী মচাগী ?

"হোয় "! নিংথৌরেল অকবরনা ঙক্না খুল্লম্মী।

"অসুমনা মখোয় খুদিংমকশিং মফম অসিদা মতম মতমগী লৈরম্মী অদুগা মথং মথং, মা-মাগী লম্বী অদু অসুম অসুম চৎখিগদৌবা নত্রা?"

"হোয়" !

"মীথুংশঙ অমগুম্না ?" সাধু অদুনা হঙলম্মী। মীথুংশঙ হায়বশি কনা অমত্তগী নত্তে। নত্তগা, লম্বীগী নাকন্দা হৌরিবা উ পাম্বীগী উরুম অসিসু কনা অমত্তগী নত্তে।

"ঐখোয় পূন্নমক মতম ঙহাক লেপ্পী অমসুং পোত্থাই অদুদগী অসুম মথং মথং চৎখি। কনাগুম্বা অমনা ঐখোয়গী ইমাংদা মফম অদুদা লৈরম্মী অদুগা কনা অমনা ঐখোয়না চৎখ্রবা মতুংদা লাক্কনি। মসিগুম্বা তৌরোইদ্রনে নত্রগা চম্বরোইদ্রনে?"

"মসিগুম্বা ওই" নিংথৌরেল অকবরনা য়াম্না তপ্না খুম্লম্মী।

"অসুম্না ইনিংথৌগী লৌকোল, ইনিংথৌগী কোনুং, ইনিংথৌগী লানবল, ইনিংথৌগী লৈবাক মখোয়শিংসি ইনিংথৌগী মতম ঙাইহাক্কী .......... ওইগদবা মফমনি, ইনিংথৌগী পুন্সিনা মতম খর হিংলিমখে!"

প্রকৃতিগী খুৎশেম্না নিংথিনা লৈতেংলবা লৈরাং কয়া , মখল কয়াগী উপাল বাপাল, হৈপোল লৈপালনা জুম জুম, য়েংবদা মীওইবগী পুক্নিংনা শুম্মাৎতনিংঙাই লৈত্রবা কয়া, নুংশিরবা ইমা ইপা, ইচা ইশু, ইতু ইচা , শাগৈ

নাতৈ, লেংলি পাল্লিবা পুন্নমক লোয়না থাদোক্লমগদবা পুস্সিনি।

"থৱাইনা কায়দোংফম ওইরিবা হকচাং পোল্লাং অসি ঐনা খ্বাইদগী হেন্না নুংশিজরবা থৱাই অত্মা কৌবা পোৎশক অসিনা থাদোকতুনা চৎখিগদবনি," সাধু অদুনা নিংথৌরেলদা হায়রম্মী।

"ইনিংথৌনা সংসারদগী লেংখ্রবদা, ফজরবা কোনুং, হৈকোল লৈকোল, লৈবাক অমদি শাগৈ নাতৈ পুন্নমক ইকুই কুইদনা ইনিংথৌগী ওইররোই। মখোয় পুন্নমক কনাগুম্বা খরগী ওইহৌনবা থাদোক্লম্লগা ইনিংথৌদি লেংখ্রগনি, ইনিংথৌগী অপোকপা অমসুং মহাক্কী অপোকপনা তৌরম্বগুম্না," সাধু অদুনা পুকচেল তীংনা হায়রক্লম্মী।

নিংথৌরেল, সাধুনা হায়রিবা খুদিংমক য়ানিংলদুনা মকোক নোল্লম্মী।

"সংসার পুন্নমক অসি মীথুংশঙ অমনি," নিংথৌরেলনা মুন্না খল্লগা তপ্না শোল্লম্মী। মসিদা শিবা নাইরবা ঐখোয়না মতম ঙাইহাক্তং পোখারিবনি। মসি নত্রা, নহাক্না ঐঙোন্দা হায়রিবসি, মসি নত্রনে? নিংথৌরেলনা মখা তারক্লম্মী।

মলেম অসিদা লৈরিবা পোৎশক খুদিংমক কনা অমতগী নত্তে মরমদি মীপুম খুদিংমক মলেম অসি ফাওদুনা চৎলিবা অমসুং নোংমদি খুদিংমক শিরোইদ্রনে?" নিংথৌরেলনা পুন্সিবু নুংশিনা হায়রম্মী।

নিংথৌরেল অকবরগী অহোংবা মতৌ অদুদা সাধু অদুগী পুক্লিংদা য়ানিংবা ফাওরম্মী অদুনা মহাক্না য়ানিংবগী খুদম উৎলম্মী। অদুদগী লৈমাইদা নোঙ্গরগা মহাক্কী অঙৌবা মকোই অমসুং গেরুবা মচুগী কোকয়েৎ লৌথোক্লম্মী অদুগা মহাক্কী খোঞ্জেল অদুসু ওঙ্হোক্লম্মী।

"ইনিংথৌ ননাইবু ঙাকপীয়ু?" মহাক্কী হান্নগী খোঞ্জেল অদুদা হায়রম্মী। "মসি ননাই ঐগী ইনিংথৌদা করিগুম্বা হঙ্গৎচনবগী পাম্বৈ অমা ওইনা শিজিন্নজবনি," বীরবলনা নোল্লুকচরম্মী।

বীরবলগী মমল য়াল্লবা পাউতাক অদু তারবগী তুংদা "বীরবল, অহ, বীরবল!" নিংথৌরেলনা ইঙক ঙক্না লাউরক্লম্মী।

"নহাক্না দর্শন শাস্ত্র হৈবা মী খুদিংমক্তগী খ্বায়দগী হেন্না শিংই। লাকও, হৌজিকমক কোনুংদা চৎলসি অদুগা মসিগী মরমদা অমুক হেন্না কুপ্না খন্নরুরসি। নিংথৌরেলশিং ফাওবা পুম্নিগী লম্বেলদা খোঙনা লংফে চৎপা মী ওইরিবনি , মসি অশেংবনি।"

"সনা লুপা, লন থুম, ঐগীনি হায়না লৈরিবা পুম্নমক অরেম্বনি। হয়েং শিরবা মতমদা করিসু লোয়নখিরোই । হিংলিঙে মতমদা খৎনা চৈনা য়েংথিনবা পুম্নমক থাদোক্তুনা মরুপ মপাং ওইনা চান্ন চিন্ননা লৈমিন্নবনা খ্বায়দগী অফবনি।"

"মীওইবা খুদিংমক শিবা নাই কাওরোইদবনি।"

## অঙকপা বর্তন তৌবা

নোংমদি অকবর য়াম্না শাওদুনা বীরবলবু থিনা চৈরম্মী। মহাক্না বীরবলবু মফম অদু থাদোক্তুনা চৎখ্রো হায়রম্মী। বীরবলসু ইকাইবদগী মহাক্কী লৈফম কনা অমত্তদসু পীরমদনা সহর অদুদগী লাপ্পা চৎখিরম্মী।

বীরবল য়াওদবা দরবার কয়া কুইনা মপুং ফাদুনা লৈগদগে ? নিংথৌরেলনা বিরবল য়াওদনা লৈবা ঙম্লমদে অদুনা মহাকপু অমুক থুনা লৌশিলনিংলম্মী। মহাক্না মী থাদুনা মফম খুদিং থিবা য়াবা মখৈ থিরে অদুবু ফংবা লৈরমদে।

অদুদগীদি নিংথৌরেলনা বীরবলনা লোৎলিবা মফম অদু খঙদোক্লবা মরম অমা তৌননবা খল্লম্মী।

নিংথৌরেল অকবরনা মহাক্কী মখা থাবা নিংথৌশিংদা চিঠি অমমম থারম্মী। চিঠিগী মরোম্দি অসুম্না "ঐগী লৈবাক্তা লৈরিবা সমুদ্রগী লুহোংবগী মতম লেপ্লে চানবিদুনা নখোয়গী লৈবাক্তা (ঙমখৈদা) চেল্লিবা তুরেলশিং অদু ঐগী কোনুংদা লুহোংবা য়াওনবা থাবিরকউ।"

মসিগী অঙকপা বার্তন অসিদা লৈবাক ঙাক্লিবা নিংথৌশিং অদু চঙক্লরম্মী। নিংথৌ অমখক নত্তনা কনাগুম্বা নিংথৌ অমত্তনা পাউখুম

পীরকখিরমদে। নিংথৌ অমদুনা পীরক্লিবা ৱারোন্দি, "ঐগী লৈবাক্তা চেল্লিবা তুরেলশিংনা নহাক্কী কোনুংদা লাক্লবা শেমশাদুনা লৈরে। চানবিদুনা নহাক্কী লৈবাক্তা লৈরিবা গুহাশিং অদুদা তুরেলশিং অদুনা লাকপা মতমদা ওকননবা লম্বী তম্খায় চল্লকপা মতমদা হান্না লাক্তুনা ঙাইরম্মু হায়না হায়বিয়ু। অদুগা ঙাইদুনা লৈরে হায়বগী খুদম অমত্তা হনবিরকউ। অকবরনা চিঠি অদু হেক পাবা মতমদা মহাক্না নিংথৌ অদুগী কোনুংদা বীরবল লৈরে হায়বা খুদক্তা খঙখি। মরমদি বীরবল নত্তনা অতোপ্পা কনা অমত্তনা পাউখুম পীরকপা ঙমলরোইদবা বার্তানিনি।

নিংথৌরেল মশামক মফম অদুদা চৎলম্মী। অদুগা বীরবলবু অমুক হন্না লাকপীনবা হায়জরম্মী। বীরবলনা নিংথৌরেলগী অনিংবদু কায়হন্নিংদবদগী অমুক হন্না অকবরগী কোনুংদা হল্লক্লম্মী।

"ইশাগী করিগুম্বা অমা ফংননবগীদমক করিগুম্বদা অপঙবা উখোকপসু তঙাইফদে।"

"খঙ্বনা অফবা পুরকই"

## লোইবা নাইদবা ৱারী

মতম অমদা নিংথৌরেল অকবর নাদুনা লৈরম্মী। নাবনা মবম ওইদুনা মহাক নোংঙাল্লমদাই ফাওবা তুম্বা য়াবমদে। মাইবা অমদি অশেংবা হিদাক লাংথক শেম্বা মীশিংনা মখল মখলগী হিদাক লাংথক থাববসু মাইপাকপা ঙম্লমদে।

অদুদগীদি হাকিম মন্ত্রিনা সজেসন অমা তৌরক্লে মদুদি নিংথৌনা নুমিদাং খুদিংগী তুম্বা চংদ্রিঙেদা ৱারি অমমম লিদুনা নিংথৌরেলগী হকচাং অসি ঈংননবা, নুংঙাইবা, হরাও-তয়াম্বা পুরক্তুনা মহাক্না তুম্বদা মতেং পাংনবা হায়বদি তুমথখিনবা তাহনসি।

নিংথৌরেলনা হায়রম্মী "মদু অফম্বা ৱাফমনি"। তৌইগুম্বসুং নুমিদাং খুদিংগী করম্না ঐঙোন্দা ৱারি অমমম লিদুনা তাহনগদগে?"

মদু অরাইবা থবক্কি, নহাক্কী কোর্টকী মীওইশিং য়াম্মা লৈরি। মখোয় অমমম ওইনা মথং মনাও নাইনা লিদুনা তাহনবা ঙমগনি।" হাকিমগী রাখল্লোন ওইরম্মী।

নিংথৌরেলনা হাকিমগী সজেসন অদু য়ারম্মী। মহাক্না কোর্টকী মীওইশিং অদুদা মথং মনাও নাইনা বারি লিদুনা মঙোন্দা তাহনগদবনি হায়না য়াথং পীরম্মী। মসিগী বাফম অসি কোর্টকী মীওইশিং অদুদি অরুবা বাফম ওইরম্মী। মখোয়না বারি অমা লিনবা হোৎনরবসু বারি অদুনা হেক লোইবগা নিংথৌরেলনা মতম খুদিংদা হঙগনি, "মথংদি করি ?" মদুদা বারি লিরিবা মী অদুনা অতোপ্পা বারি অমসু তঙাইফদনা লিবা তাই। মসিনা অসুম তৌদুনা বারি লিরিবা নিপা অদুনা হেক চোকথদ্রিবা মখৈ লিরম্মী।

কোর্টকী মীওইশিং অদু নিংথৌরেলদা বারি লিনবা হোৎনবদা মশা পুম্বা চোকথরম্মী অদুগা বারি লিনিংঙাইসু লৈনরক্রে। মরম অসিনা মীশিং অদুনা বীরবলদা চংজরম্মী। মখোয়না অরুবা মরম অসিদগী নাহোক্লবা উপাই অমওা পুথোকপিয়ু হায়জরম্মী। বীরবলনা মখোয়না বারিবদু বারুরগনু তাকপীরম্মী। মহাক মশামক্না নুমিৎতুগী বারি অদু লিরগে হায়দুনা নিংথৌরেলগী মনাক্তা চৎখিরম্মী।

নুমিদাং অদু নিংথৌরেলনা বীরবলবু হরাওনা ওক্লম্মী। বীরবলনা মঙোন্দা বারি লিরম্মী। বারি অদুনা লোইরবা মতমদা অকবর নিংথৌরেলনা হায়রম্মী "মথংদি করি?" মদুনা মাগী মহৌশাগী মতৌগুম। বীরবলনা অতোপ্পা অমসু লিরম্মী। বারি লিরবগী মতুংদা অকবরনা অমুক হন্না হেক্তো হঙলম্মী, "মথংদি করি?"

নিংথৌরেলগী হৈনেবি অদু লোইননবা বীরবলনা অতোপ্পা বারি অমা মতৌ অসুন্না লিরম্মী। জঙ্গল অমদা খঙপোকশং অমা লৈরম্মী খঙপোকশং অদুদা শা-তানবা নিপা অমা লৈরম্মী। জঙ্গল অদুদা শা অমসুং উচেক কয়ামরুমসু লৈরম্মী। শা তানবা নিপা অদুদি শাশিংদগী মশাবুদি ঙাকথোকচবদি ঙম্লম্মী। মহাক্কী অরুবদি উচেকশিংদু ওইরম্মী। নিপা অদুনা চৎথোকখ্রিঙৈদা উচেকশিং অদুনা খাঙপোকশং মনুংদা চংলগা মরু মরাংশিং অদু মখোয়গী মচিন্না চীক্লগা পুথোকখিরম্মী।

"হোয়, মথংদি করি তৌখ্রে"? নিংথৌরেলনা হঙলম্মী।

শা তানবা নিপা অদুনা কৈথেলদগী থুম্মোক অচৌবা অমা লৈরম্মী। মহাক্না মরু মরাংশিং অদু থুম্মোক অদুগী মনুংদা হাপলম্মী অদুগা মখুম চেৎনা খুমজিলম্মী।

"হোয়, অদুদগীদি করি তৌখ্রে ?" নিংথৌরেলনা হঙলম্মী।

হান্নগুম উচেকশিং অদু খাঙপোকশং অদুদা পাইরক্লম্মী। অদুদগী মখোয়গী মিৎয়েং থুম্মোক অচৌবা অদোমদা থল্লম্মী। মখোয়না থুম্মোক অদুবু চীকথৎনবা হোৎনরম্মী, তৌইগুম্বসুং মখোয়গী মশা শোকপা নওনা অতৈ উপাই লৈরমদে। "মথংদা করি অমুক তৌখ্রে? " নিংথৌরেলনা হঙলম্মী।

উচেক ময়াম অদুগী মনুংদা অপিকপা য়াম্না শিংবা শেন্দ্রাং অমখক য়াওরম্মী। শেন্দ্রাং অদুগী মরূপ অপিকপা উচি অমা লৈরম্মী। শেন্দ্রাং অদুনা উচি অদুদা মখোয়গী মতেং পাংবিয়ু হায়জরম্মী। উচি মচা অদুনা য়ারদুনা থুম্মোক অদুদা ময়ানা চীকথৎলদুনা অপিকপা মখুল মচা অমা হূৎলম্মী।

"মদুনা লোইরবরা, মথংদি করি ?" নিংথৌনা হঙলম্মী।

"থুনমক অহোবা মফম অদু উচেকশিং অদুনা খঙলম্মী। মখোয় ময়াম খাঙপোকশং অদুগী মপান্দা পুল্লম্মী। ইয়োর মেজেসটি উচেকশিং অদু কয়া যাম্বগে হায়বা খঙবিবরা?"

"কয়া য়াম্না য়াম্বগে?" নিংথৌনা হঙলম্মী।

"উচেক চামঙাদগী হেল্লি," বীরবলনা খুমলম্মী।

"চামঙা !" নিংথৌরেলনা ঙক্লা হায়রম্মী। অদুদগী হঙলম্মী, "মথংদি করি?"

অদুদগী উচেক অমা খাঙপোকশঙ অদুগী মনুংদা পাইশিনখিরম্মী অদুগা মচিন্না মরু-মরাং অমা চীক্লগা পাইখিরম্মী।"

অনিশুবা উচেক অমা খাংপোকশংদুগী মনুংদা পাইশিনখিদুনা মচিন্না মরু অমা চিক্লগা পাইখিরম্মী।

"অহুমসুবা উচেক অমা অমুক খাঙপোকশংদুগী মনুংদা পাইশিল্লম্মী অদুগা মচিন্না মরু অমা অমুক চীক্লগা পাইখিরম্মী।"

"মথংদদি করি অমুক থোক্লে?" নিংথৌনা অমুক হংলম্মী।

"মরিশুবা উচেক অদুসু খাঙপোকশং অদুগী মনুংদা পাইশিনখিবম্মী। মহাকশু মচিন্না মরু অমা অমুক চীক্লগা পাইখিবম্মী।"

মথং মথং অমা অমুক পাইশিল্লম্মী অমুক পাইথোকখি অসুন্না মথং মথং লিরম্মী।

"অহ! বীরবল উচেক কয়া য়াম্না ৱাথলিবগে?" নিংথৌবেলনা খাঙবা ৱানা হঙলম্মী।

"ইয়োর মেজেসটি, হৌজিক ফাওবনা উচেক তরামঙা থক্তমক পাইখ্রি। হৌজিক ফাওবা উচেক চামরি মবিফুমঙা ৱাথহৌরি," বীরবলনা চীক্লা ঈংনা হায়রম্মী অদুগা চথরম্মী, অশুন্না ননাই ঐনা হায়জরি। হোই, তরাতরুকশুবা উচেক অদুনা অমুক খাঙপোকশং অদুগী মনুংদা পাইশিনখিরম্মী অদুগা মচিন্দা মরু অমা পুদুনা --------।"

অদুদগীদি নিংথৌরেল শাওরদুনা লাওরক্লম্মী,"বীরবল! করম্বা মতমদা উচেকশিং অসিনা মরু-মরাং পুথোকখিগদবদু লোইখিগদগে?"

"শ্রীযুৎনা মথংদি করি হায়বদু হেক লেপ্লিখিবা মতমদা," বীববলনা হাযজবম্মী।

নিংথৌরেলনা মহাক্কী অপঙবগী মওং অদু খঙজরক্লম্মী। মহাক্না য়াথং তৌরম্মী মদুদি ৱারি লিবগী থবক অদু লোইশিল্লগনি। মতম অদুদগী হৌনা নিংথৌবেলগী হকচাং অদুসু ফগাৎলক্লম্মী।

"ফনা শাওনিংদুনসু নুংশিবা অঙাংনা ওইনজবদা শাওবা থক ঙম্লোই"

## নুপীমচাগী মপা

নোংমা নুমিৎ অমদা বীরবল অৱাবগী মাইথোংদা কোনুং য়ৌরক্লম্মী। অকবর নিংথৌরেল মহাক্কী মরুপ বীরবলগী অদুগুম্বা ফিভম অদু উরুবদা য়াম্না ঙক্লম্মী। বীরবল মতম খুদিংদা মশা খীংবা অমসুং নুংঙাইবগী মাইথোংদ লৈবা মীনি।

"বীরবল, নঙোন্দা করি মরম লৈরবগে? করিগী নহাক্কী মাইথোংদা অৱাবগী মমি তারিবনো? নঙোন্দা করি থোক্লবগে?" নিংথৌরেলনা মরম খঙননবা হঙলম্মী।

"আহ! ইবুংঙো, ঐহাক করি তৌগদবনো খঙদ্রে?" হৌজিক ননাই ঐহাক ৱাবনা লোইরে। ঙরাং অহিং ঐগী নুপীনা অঙাং নুপীমচা অমা পোক্লে। মতৌ করম্না নুপীমচা অমগী মপানা নুংঙাইবা ফংগদৌরিবনো?"

বীরবল, নহাক্কী ৱাফম অদু ঐহাক য়াবা ঙমদে। নুপীমচা অমগী মপা ওইবদা করি অৱাবা লৈবগে? ঐনা খঙই, হিন্দু নিংথৌ অয়াম্বা মচানুপী পোকই। মখোয় পুন্নমক নুংঙাই," নিংথৌনা হায়রম্মী।

"ইয়োর মেজেসটি, নহাক ঐখোয়গী হিন্দু কমুনিটিগী মরমদা হৌজিক ফাওবা খঙদ্রি। নহাক্না হায়রিবদো অচুম্বনি,হিন্দু নিংথৌ খরদি নুংঙাইবা ঙমদে," বীরবলনা নিংথৌদা হায়রম্মী।

"ফরে, মতৌ করম্না নুপী পোকপা মপা অমনা নুংঙাইবা ফংদ্রিবনো হায়বগী মরমদা ঐঙোন্দা লিরো," নিংথৌরেলনা তকশিলম্মী।

"ইয়োর মেজেসটি,মসিদা অফবা বর অমা ফংবা য়াম্না লুই। মহাক অফবা ইমুং অমদগী লাক্কদবনি। লুহোংবগী থৌরমদুদা নুপী মচা অদুগী মপানা য়াম্না ফজনা হেক শিল্লিবমখৈ করি'মতা তৌরোই, করিমতা কাইদে, মদুদা বর ওইরিবা নুপানা করি ৱাৎলিবগে,করিদা শোয়রিবগে হায়বদু খঙনবা থিরক্কনি। মরম অসিদগী নুপীমচা অদুনা হেক পোকপা নুমিত্তগী মপা অদুনা মচানুপী লুহোংনবগীদমক ৱারিবনি। মচানুপীদু য়াম্না ৱানা লুহোংখিগনি। লুহোংখ্রবা ফাওবদা মপা অদু অৱাবদগী পুমকোক কোকপদি ঙমদে।

মদুদগীনি ঐহাক্না অসুক্কী মতিক ব্বারিবসি," বীরবলনা নিংথৌরেলদা লিরম্মী।

নিংথৌরেল অকবরনা মহাক্কী অব্বাবা দশা অদু খঙলম্মী। মহাক্না হায়রম্মী, "ব্বারুরগনু বীরবল, নহাক্কী নচানুপী লুহোংবগী থৌরাং পূন্নমক ঐনা লোয়নমক তৌরগনি। নহাক ব্বারুবগী দরকার লৈত্রে মরমদি মদুগীদমক ঐ ইশামক্না নহাক্কী নত্তে পাংনবা শেম শাদুনা লৈরে"।

বীরবল হৌজিক ফাওবা ব্বাখল হঙ্বা লৈত্রি।

চহী অসুম অসুম হৌখিবগা লোয়ননা বীরবলগী মচা নুপীসু অসুম অসুম চাওখৎলক্লম্মী। অকবরনা বীরবলদা মচানুপীগী অফবা বর অমা থিনবা হায়রম্মী। বীরবলনা থা খরগী মনুংদা মচানুপী লুহোংনবগী নুমিৎ লেপ্লম্মী। হায়না শিংনবগী থৌরম লোইখ্রে। বীরবলসু লুহোংবগী শেম শাবা হৌরম্মী। মসিদা নিংথৌরেলনা পাংবা য়াবা মতেং মখৈ বীরবলদা পাংলম্মী।

সনাগী সেলশিংনা পীক থল্লবা চফু অমা চাননবা কা অদুগী চংফমদা থল্লম্মী। বরগী পাটিদা লাকপা মী খুদিমক্তা, লুহোংবা য়াওবা লাকপদা নুংঙাইনবা মখোয়গী অপাম্বা সনাগী শেল লৌবিবা য়াগনি হায়না হায়রম্মী। চাউরবা লুহোংবা অদু নুংঙাইতবা করিমতা য়াওদনা লোইখিরম্মী। অকবর মশানা লুহোংবদুগী শিল-লাংবা খুদিংমক বীরবলগী মতেং পাংলম্মী।

লুহোংলবা মতুংদা অকবরনা বীরবলবু কৌরম্মী। বীরবল হৌজিক ফাওবা মচানুপীগীদমক অব্বাবা পোক্লম্মী।

বীরবল লাকপা মতমদা অকবরনা হঙলম্মী, "বীরবল, নুপা ময়ুম লোমগী কাঙবু অদু য়াম্না হরাও তয়াম্না নিংবা থুংলদুনা হনখ্রে হায়না ঐনা তায়। বর অমসুং মপা অদু য়াম্না নুংঙাই অমসুং অপেনবা পোকই হায়বা পাও ঐনা ফংলে। নহাক্না মখোয়বু পেলহল্লে। অসি ফাওবদা করিগীনো নহাক্না অব্বাবা নুংঙাইতবা পোকইবসি? নহাক হৌজিক নুংঙাইথোকও। হৌজিক নহাক নুপীমচা অদুগী নুংঙাইরবা মপা অমা ওইরবনি।"

বীরবলনা নোল্লুক্না হায়জরম্মী "ইয়োই মেজেসটি, হৌজিক ফাওবা পেনবা নাইদ্রি।"

"করি ! অসুক চাউনা শিল্লাংলবা ফাওবদা অদুগা মমল য়াম্লবা খুদোল পীরবা ফাওবা পেন্দ্রিবা? মখোয় হৌজিক ফাওবা পেন্দ্রিবা ?" নিংথৌরেলনা ঙকপগা লোয়ননা হঙলম্মী।

"মানি নিংথৌরেল, মী খরনা বরগী মপা অদু য়াম্না লিকপা মী অমনি হায়রি। ঐনা তারে মদুদি মখোয়না বাকথলিবদুগী মরমদি সনাগী শেল ময়েকশিং অদু মচিন অখুবা পাত্র অমদা হাপ্পা মরম্না মখোয়না মখুৎ অনি পুন্না থিংজিল্লগা মখোয়গী অপাম্বা শেলশিং অদু লৌবা য়াদে," বীরবলনা শন্দোক্লা হায়রম্মী।

মদু তাবদা নিংথৌরেল অকবর মতম খরা তুমিন্না লৈরম্মী, অদুদগী হায়রম্মী, "বীরবল, লুহোংলিবা নিপা অদুগী কাঙবু অদু অদুক পাকসন্না শিল্লাংলিবা অদুগা খুদোলপোৎশিং পীরবা ফাওবদা নঙোন্দা মরাল লঙশিল্ল বনি। নুপীমচাগী মপা অদু মতম পুম্বদা নুংঙাইবা ফংদনবা।"

"সংসারদা মপুং ফাবা কনাসু লৈতে। অমা নত্রগা অমদা হায়জিল্লগা হেক্তা মরাল শীজিনবা য়াই।"

## শেলগী শক্তি

নিংথমথাগী ঈংথ্রবা নোংমগী নুমিৎ অমদা অকবর অমসুং মাগী কোর্টকী মেম্বরশিং খরগা কোনুংগী হৈকোন লৈকোন্দা হুৱা চাবা চৎলিঙৈগী মতমদা বীরবলনা হায়রম্মী,"মীনা পৈশাগীদমক্তা খুদিংমক তৌবা তঙাইফদবনি।"

অদুদগী অকবরনা মাগী মনাক্তা লৈবা পুখ্রি অমদা খুদোম্বী লুপশিল্লম্মী অদুগা খুদকতা চিংখৎলম্মী মরমদি ঈশিং অদু উলগী মহিদৌনা ঈংলম্মী।

"বীরবল ! নহাক্লা হায়রিবদু ঐনা য়াদে" নিংথৌনা হায়রম্মী।

"হৌজিক, ঐনা পৈশা ময়াম অমা পীরবা ফাওবদা কনা অমগুনা উলদৌনা ঈঙলবা ঈশিং অসিদা লৈবা ঙম্লোই।"

"ইয়োর মেজেসটি, নহাক্না হায়রিবদু লাক্লে। ঐখোয়না অসিগুম্বা মী ফংননবা থিরবদি মসিগী ঈঙলবা ঈশিং অসিদা নুমিৎ চুপ্পা লৈবা ঙম্বা মী শোয়দনা ফংগনি। মরমদি পৈশাগীদমক্তা," বীরবলনা হায়রম্মী।

"মসি অরাইবা থবক ওইরোই। অসিগুম্বা মীদি বীরবলগী ভাবনা শাবদমক ওইগনি," মন্ত্রি অমনা হায়রম্মী।

"নহাক্না অয়াবা পীবিরবদি অসিগুম্বা মী অমা ঐহাক্না শোয়দনা পুজরকপা ঙমগনি," বীরবলনা নিংথৌদা হায়রম্মী।

"য়াম্না ফরে, ঐখোয় অসিগুম্বা মী অমা ফংলে," নিংথৌরেলনা লাওথোক্লম্মী।

"করিগুম্বা মী অদুনা অহিং অমা চুপ্পা ঈশিং অসিদা লৈবা ঙম্লবদি মহাক্না পাম্বা খুদিংমক ঐনা পীগনি," নিংথৌনা মখা তারম্মী।

বীরবল য়ারদুনা অসিগুম্বা মী থিবা চৎথিরম্মী। মথংগী নুমিৎও মহাক্না য়াম্না লাইরবা নিপা অমা পুরক্লম্মী।

অকবরনা হায়রম্মী, "নিপা নঙ চাক চাদ্রিবা মাল্লি। মসিদা নঙ মুন্না খল্লু। নহাক ঈঙথবা ঈশিং অসিদা অহিং চুপ্পা লেনবা ঙমগদ্রা?"

"ঙমজগনি, ইয়োর মেজেসটি," লাইরবা নিপা অদুনা খুল্লম্মী। "ফরে, নহাক্না নহাক্কী বা অদু ঙাক্লবদি নঙগী অপাম্বা খুদিংমক ঐনা পীগনি," নিংথৌনা হায়রম্মী।

লাইরবা নিপা অদুনা অহিংচুপ্পা অদু ঈশিংদা লৈননবা শেম শাবা পুম্নমক লোয়রম্মী। নিংথৌনা নিপা অদু অহিং চুপ্পা ঈশিং মনুংদা লৈবরা লৈতবরা হায়বদু য়েংননবা পুখ্রিগী অকোইবদা গার্ডশিংনা য়েংহল্লম্মী।

লাইরবা নিপা অদু অহিংচুপ্পা ঈশিংদা লেপ্লম্মী। মথংগী নুমিৎকী অয়ুক্তা মহাক ঈশিংদগী কাখৎলক্লম্মী। মহাক গার্ডশিং অদুগা লোয়ননা নিংথৌরেল মনাক তান্না চৎলম্মী।

নিংথৌরেল য়াম্না ঙক্লম্মী অদুগা হঙলম্মী, "তশেংবমক নহাক অহিং চুপ্পা অঈঙবা অদুদা লেনব্রা?"

"অহোয় মহারাজ," লাইরবা নিপা অদুনা খুল্লম্মী। মহাক্না মখা তানা হায়জরক্লম্মী, "অদোমগী গার্ডশিংদসু হঙবিয়ু।"

গার্ডশিংদুগী মরক্তগী অমনা হায়রম্মী "হোয় মহারাজ,অহিং চুপ্পা মহাক ঈশিং মনুংদা লৈ।"

"অদুবু, মতৌ মরম্না অসুক ঈঙখ্রবা অহিং অসিদা মহাক্না খাঙবা ঙম্লিবনো ?" নিংথৌরেলনা হঙলম্মী।

"তশেংনা চুম্না হায়জরবদা পুখ্রিগী নাকন্দা থাম্লিবা থাউমৈ অদুগী মৈঙাল অদু য়েংজরগা ননাই ঐহাক্না অহিং অদু লেনজবনি," লাইরবা নুপা অদুনা ইচম চম্না খুল্লক্লম্মী।

"মদুমক্লনি," নিংথৌনা হায়রক্লম্মী। থাউমৈগী মঙান্দগী নহাকপু শাহল্লম্বা য়াই। মদুননি নহাক্না অদুগুম্বা ঈঙখ্রবা ঈশিং অদুদা লৈবা ঙম্লিবা," মহাক্না মখা তারকই।

লাইরবা নিপা অদু উপাই লৈত্রদুনা য়েংদুনা অদুম চঙক্লনা লৈরম্মী।

নিংথৌরেল অকবরনা হায়রম্মী, "মফম অসিদগী চথোকখ্রো চৎলো। ঐনা নঙগীদমক্তনি হায়দুনা করি অমতা পীবা ঙম্লোই।"

উপাই লৈত্রবা নিপা অদুনা বীরবলগী মনাক্তা লাক্লম্মী। মহাক্না মরম খুদিংমক লোইনা বীরবলদা লিরম্মী। বীরবলনা মাবু থেমজিল্লম্মী অদুগা হায়রম্মী, "ঐনা নহাক্কী মনা অদু ফংননবা হোৎনগনি।"

মথংগী নুমিত্তা বীরবল হান্নগী মতৌগুম্না কোর্ট কারমদে। নিংথৌনা মাগী মরমদা থিজিনবদগী খঙলম্মী মদুদি বীরবলনা চাক থোংবা লোইদবদগী দরবার কারকপা ঙমদবনি।

বীরবল পুং অমা তারবা ফাওবদা কোর্ট কারকত্রবদা নিংথৌনা বীরবলবু খুদক্তা কোর্ট কারক্লবা মী থাদুনা কৌহল্লম্মী। পাও পুবা নিপা অদু অমুক হন্না বীরবলগী নিংথৌদা চেল্লকপা পাও পুরদুনা হল্লক্লম্মী। পাও অদুদি —

“ইয়োর মেজেসটি,” ঐগী চাক থোংলিবসি হেক লোইবগা ননাই ঐহাক কোর্ট কাজরক্কনি।”

অতেপ্পা পুং অমগসু হৌখ্রে। মদুফাওবা বীরবল লাক্তরে। অকবর কোর্টকী মীওইশিংগা লোয়ননা বীরবলগী য়ুমদা য়ৌরক্লম্মী। মখোয়না মফম অদুদা তৌরিবা অদু উরুবদা পুংঙক ওক্লম্মী। বীরবলনা মাগী শুমাংদা অশাংবা চৈ অমগী মতোন্দা লৈবাক্কী চফু অমা য়াম্লগা মদুগী মখাদা মৈ থারম্মী। বীরবলনা মফম অদুদা ফম্লগা মৈদু কাম্লম্মী।

মানা তৌরিবা মওং অদু উরুবদা নিংথৌরেল অমসুং কোর্টকী মীশিংনা নোক্লম্মী। নিংথৌরেলনা হঙলম্মী, “বীরবল, নহাক ঙসি অসি কোর্ট কারক্লরোইদ্রা?”

“মাই লোর্ড, ঐনা থোংলিবা ক্ষিচিড়ি অসি হেক লোইবগা ননাই ঐহাক কোর্টতা লাকচগে?” বীরবলনা খুম্লম্মী।

“অদুবু নহাক্না থোংলিবা ক্ষিচিড়ি অদু কদাইদা লৈবগে?” নিংথৌরেলনা হঙলম্মী।

“মথক্কী পাত্র অসিদা য়াওরি, ইয়োর মেজেসটি,” বীরবলনা য়াম্না নোম্লুক্না খুম্লম্মী।

“বীরবল পঙলগনু। করম্না মুলগনি খনগদৌরিবনো? ক্ষিচিড়ি থোংগদবনি হায়রগা। করিগীদমক্তা চফুবু মৈদগী য়াম্না লাপ্না, য়াম্না ৱাংনা য়ান্দুনা থমগদৌরিবনো? মসিদা মতৌ করম্না নঙনা য়াক্লিবা চফু অসিদা মৈগী মৈশা ফংগদৌরিবনো? নহাক খল্লু, করম্বা মতমদা নহাক্না থোংলিবসি লোইগদৌরিবনো? অদুগা কোর্টতা লাকদৌরিবনো?” নিংথৌরেলনা লাউহৎলম্মী।

“করিগী মুক্লোইদগে ইবুংঙো? পুখ্রি মনুংগী ঈঙখ্রবা ঈশিংদা লৈবা মী অমনদি য়াম্না লাপ্না লৈবা থাউমৈগী মৈশা ফংবা ওল্লগা, মৈগী হেক ময়াদা য়ুংলিবা চৈগী মতোন্দা পুল্লিবা চফুবু থোংবদা চঙবা দরকারলৈবা মৈশা পুম্নমক পীবা করিগী ঙল্লোইদগে?” বীরবলনা হঙগৎচরক্লম্মী।

করিগীদমক্তা বীরবলনা মদুগী পাউখুম পীরক্লিবনো হায়বদু অকবরনা খঙলম্মী।

"পুম্নমক চুম্মে, হৌজিকমক কোর্টতা লাকও," নিংথৌরেলনা য়াথং পীরম্মী।

"ঐহাক থোংলিবসি লোয়রগা লাকচরগে," বীরবলনা তকশিল্লম্মী

"নহাক্কী ক্ষিচিড়ি থোংবা লোইহ্রো ঈশিংদা লেনখিবা নিপা অদু পুরকউ। ঐ মানা হেক অপাম্বা মখে পীরগদবনি।" মসি হায়রল্লগা নিংথৌরেল লেঙখিরম্মী।

নিংথৌরেলনা লাইরবা নিপা অদুদা মানা পাম্বা পৈশা অদু পীরম্মী। শেলগীদমক্তা মী অমনা তৌবা য়াবা মখে তৌননবা শেম শাই হায়বসিসু নিংথৌরেল অকবরনা য়ারম্মী।

"শেল মীৎনা উবা ঈশ্বরনি । অখাঙকনবগা লোয়ননা মসিবু ফংগে নিংলবদি ফংগনি।"

## ঈশৈগী মগুণ

অকবরগী কোর্টতা টানশেন পিথোরক্লবা ঈশৈ শকপা মী অমা ওইরম্মী। মহাক ঈশৈ শকপা হৈবা, শক্লিংবা মওংদা শকপা হৈবা মীশক অমা ওইরম্মী। মহাক্কী ঈশৈনা অকবরবু অশুক্কী মতিক নুংঙাইহল্লম্মী। মহাক্না নুমিদাং খুদিংগী ঈশৈ শক্তুনা অকবরবু তাহল্লম্মী। অকবর নিংথৌরেল অমসুং বীরবল ঈশৈ য়াম্না পাম্বা অমসুং ঈশৈদা পুক্লিং চংবা মী ওইরম্মী। নোংমদি ঈশৈগী থৌরম লোইরবা মতুংদা অকবর অমসুং বীরবল কোনুং মনুংগী লৈকোলগী লম্মাং লোমদা কোইথোক্লম্মী। মতম অদু থাবল থোক্লম্মী।

অকবর বীরবলদা হায়রম্মী, "টানসেন্না ঈশৈ শকপা মতমদা ঐঙোন্দা নুংঙাইবা ফাওই। মহাক্কী ঈশৈগী মহৈ অসি লাইনা থারক্লবনি। মহাক অসি পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী ঈশৈ শকপা হৈবা মীনি।"

"অহোই মহারাজ, অদুবু টানসেন্নদি মসিদা য়ানিংদে। মহাক্কী খাখলদা মহাক্কী গুরু হরিদাসনা পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী ঈশৈ শকপা হৈবা মীনি লৌরি। মহাক্কা হায়রি মদুদি মহাক্কী গুরু হরিদাসতি থৱাই পান্দবা অমসুং লেংলি -পাল্লিবা জীব খুদিংমক্তা, মহাক্কী লাইগী মশক ওইরবা ঈশৈনা পুবা ঙম্মী," বীরবলনা নিংথৌরেলদা হায়রম্মী।

অকবরনা খুদক্তা টানসেন কৌরম্মী অদুগা হায়রম্মী, 'টানসেন, ঐনা তায় মদুদি নহাক্কী গুরুনা নঙোন্দগী হেন্না ঈশৈ ফজনা শকই।" ঐনা মসি থাজবা ঙমদে। ঐনা খল্লম্মী মদুদি নহাক্কা পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না ঈশৈ শকপা হৈবা মীনি।"

টানসেন্না হায়রম্মী,'"ইয়োর মেজেসটি, ননাই ঐহাক্কী গুরুদি ঈশ্বরগী "টুমবুরা" হায়বা লাইগী ঈশৈ শকপা অদুগী শায়োন্নি। কনা অমতনা মাগুন্না ঈশৈ শকপা ঙমদে।"

"অদু ওইরবদি, নহাক্কী গুরুনা ঈশৈ শকপা ঐহাক তানিংই। চনবিদুনা মহাকপু অমুক্তা পুবিরকউ" নিংথৌনা হায়রম্মী।

"ঐখোয়না বার্তন তৌরবদি ঐগী গুরুদি কৈদৌঙৈদসু লাক্লরোই। মহাক মনিং তম্বা মীনি। মহাক কনা অমওগী মখা পোন্দে,'টানসেনন্না হায়রম্মী। অকবরনা মদুদা খজিক্তং নুংঙাইতবা পোক্লবসু হায়রম্মী, 'টানসেন, ঐবু মহাক্কা ঈশৈ শকপা অমুক্তা তাহল্লু। ঐহাক্কা করি তৌগদগে হায়বদু তাকউ?"

'ইয়োর মেজিসটি, ঐ মহাকপু কিজে। মহাক ব্রিন্দবন্দা লৈবা মহাক্কী মুণি ঋযিগী খাঙপোকতা লৈ। নহাক্কা মহাক্কী খাঙপোক শঙ অদুদা মাগী ঈশৈ তাবা য়াগনি।"

অকবরনা মহাক্কী মন্ত্রি রাজা মান সিংহবু ব্রিন্দাবন্দা মহাক্কা হরিদাসকা উনবা য়ানবা শিল্লম্মু হায়না ওডর তৌরম্মী। মথংগী নুমিত্তা অকবর অমসুং মহাক্কী লোয়নবা কাংবু খরগা থোইদোকপা দোলাই অমদা ব্রিন্দবন্দ য়ৌনবা শেম-শারম্মী।

মতম অদুদা টানসেন মফম অদুদা লাকলম্মী। মহাক্কা হায়রম্মী, 'ইবুংঙো মহারাজ, অদোম্না নহাক্কী লোয়নবশিংগা চৎলবদি ঐগী গুরুনা

উনবা য়ারবোই। মহাক অপিকপা মুণিগী খাঙপোকশঙ মচা অমদা লৈবনি।"

বীরবল মসিদা য়ানিংবা পোক্লম্মী। "নিংথৌরেল করিগুম্বা মুণি ঋষিগী খাঙপোকতা লেংবা তারবদি মী খরদংদা লোয়নরগা লেংবনা ফগনি," বীরবলনা হায়রম্মী।

অদুদগীদি নিংথৌরেলনা টানসেন অমসুং বীরবলগা লোয়নরগা দোলাই অমদা ব্রিন্দবন্দ গীদমক খোঙশাল্লম্মী। মখোয়না মুণি ঋষিগী খাঙপোকশঙ হেক য়ৌরকপগা মখোয় দোলাইদগী কুমথরম্মী। মখোয় অহুম অদু মুণিগী লৈফম তান্না খোঙনা চৎলম্মী।

অকবর অমসুং বীরবল উপাম্বী অমগী মখাদা লেপ্পুনা লৈহৌরে। টানসেন্না মুণিগী খাঙপোকশঙদা মগী গুরুনা মখোয়বু হৱাওনা উননিংবগী বাখল লৈব্রা নত্রগা লৈতরব্রা হায়বদু খঙদোক্লরা গুরুগী খাঙপোকশঙ মনুংদা চংখিরম্মী। ইকুই কুইদনা মহাক হল্লক্লম্মী অদুগা টানসেন্না মখোয়বু পুরদুনা খাঙপোক মনুংদা চৎখিরম্মী।

টানসেন্না মহাক্কী গুরু হরিদাসতা মখোয় কনা কনানো হায়বদু তাক্লম্মী। মহাক্কী গুরুদা মখোয়না লাক্লিবসি গুরুগী ঈশৈশিং তাননবা লাকপনি হায়বসিসু খঙহল্লম্মী।

হরিদাসনা হায়রম্মী, "ও ! মপু ইবুংঙো, নখোয় ঐগী ঈশৈ তানিংঙি হায়বসি অচুম্বনি। অদুবু ঐদি ঈশৈ শকউ হায়রগা ঈশৈ হেক্তা শকতে। ঐঙোন্দা হায়জবনা করিগুম্বা মতমদা শাওহল্লক ই অদুনা মদুদা ঈশৈগী মওংদা থোরকই।"

হায়রিবদুদা অকবর নিংবা থুল্লমদে। মহাক শাওনিংবসু পোক্লম্মী। মদু উবদা বীরবলনা টানসেনবু মপান্দা কৌথোক্লম্মী। অদুগা হায়রম্মী "নহাক্কী গুরুনা নিংথৌরেলগী মমাংদা শক্লিংদ্রে। নহাক্না করি করি তৌরবদি মহাক ঈশৈ শক্লকদগে?"

" ঐগী লম্বী অমথক্তি লৈ। কনাগুম্বনা ঈশৈগী সুরসি লান্না, মওং কায়না শক্লবদি ঐগী গুরুনা ঈশৈদি চুমথোক্লবা শক্লককনি, টানসেন্না হায়রম্মী।

"অদু ওইরদি নহাক চৎলো অদুগা নুংশিবা ঈশৈ অমা সুর লান্না

শকও। অদুম তৌরবদি, নহাক্কী অরানবা ঈশৈদু চুমথোক্লবা মহাক মরম্নাই ঈশৈ শকচরক্কনি। বীরবলনা ঈঙ্গিৎ তৌরম্মী।

বীরবলনা মসিগী থৌরাং পূম্নমক অকবরদা তম্লম্মী। অকবরসু মদুদা হরাওবম্মী।

মুণিগী খাঙপোক মনুংদা টানসেন্না সুরডাসনা লেংবা ভায়রভিগী নুংশিরবা ঈশৈ অমা সুর কায়না অরানবা খোঞ্জেন্দা শকপা হৌরক্লম্মী। মদু তাবদা হরিদাস য়াম্না শাওরম্মী। মহাক্না টানসেনবু লাউহৎলম্মী অদুগা মশামক্না ঈশৈদু ফজনা শকপা হৌরক্লম্মী। অদুদগী হরিদাস গুরুনা ঈশৈ অদু মপুং ফানা ফজনা শকখিরম্মী। মসি তশেংনমক ঈশ্বরগা চপ মান্নৌ মদুগী মহাও অদুক্কী মতিক ফোংদোকপদা ৱারম্মী। ঈশৈ অদু তাবদা অকবর নিংথৌরেল হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইবা ফংলম্মী। মদুগী মতুংদা অকবর অমসুং বীরবলনা মুণিগী খাঙপোকশঙ অদু থাদোক্লমদাইদা হরিদাস্তগী আর্শিবাদ নীজরম্মী।

মখোয়না হল্লকপগী লম্বীদা অকবরনা টানসেনদা হায়রম্মী "টানসেন করিগীনো নহাক্না নহাক্কী গুরুগা মান্ননা ঈশৈ শকপা ঙমদ্রিবসে?"

"তশেংনমক ঐনা হোৎনবদা ৱারবনি। ঐ মহাক্কা মান্ননা শকপা ঙমদ্রবনি," টাসেন্না য়াজরম্মী।

"করিগী?" নিংথৌরেলনা মখা তারক্লম্মী। মতম অদুদা টানসেন্না বীরবল্লোমদা মতেংগীদমক য়েংলক্লম্মী। বীরবলনা হায়রম্মী, "ইয়োর মেজেসটি, ঐ মরমদু খঙই, নহাক্না শাওরোই হায়রবদি ঐহাক লিজগে।" অকবরনা বীরবলদা হায়ননবা থৌনা উৎপিরম্মী।

'টানসেনগী ঈশৈসু মহাক্কী গুরুদগী করিমতা হন্থদে। মসি ঈশৈ ঈশৈদুগী মওংদা লৈ (মখা পোল্লি)। টানসেন্না নিংথৌরেলবু পেন্ননবা ঈশৈ শকই। তৌইগুম্বসুং মহাক্কী গুরুনা ঈশ্বরবু পেলহন্নবা ঈশৈ শকই। খেন্নবদু মসিনি," বীরবন্না শন্দোক্লা হায়রম্মী।

বীরবলগী য়াম্না শিংনা শন্দোক্লা লিরকপা অদুদা অকবরনা মহাকপু থাগৎলম্মী। অতোপ্পা ঈশৈগা ঈশ্বরগী ওইবা ঈশৈগা মান্নবা ঙমদে।

"লাইপোক্কী ওইবা মীদি অতোপ্পা সংসার অমনি।"

## ঈশ্বর অমসুং মাবু নীংজবশিং

"বীরবল ! ঐনা নখোয়গী লাইশিংগী মনুংদা অমনা মঙোন্দা মতেং পাংনবা নীজরিবা শামু অমগী মনাক্তা মতেং পাংনবা চেল্লক্লম্মী হায়না তাই। মসিবু অচুম্বরা?" অকবরনা খঙবা পাল্লম্মী।

"অচুম্বনি মবুংঙো" বীরবলনা খুল্লম্মী।

"শামুশিংগী নিংথৌ গাজেন্দ্রগী মখোঙ অদু গুমভির অমনা ফাবা মতমদা, মহাক্কা জগৎকী মপু বিষ্ণুদা মহাকপু গুমভিরদগী কনবিনবা হায়জরম্মী। অদুদগী বিষ্ণুনা মহাকপু কন্নবা চেল্লক্লম্মী," বীরবলনা শন্দোক্লা হায়জরম্মী।

"করিগীদমক্তা জগৎকী মপু বিষ্ণু মশামক্না গজেন্দ্রবু কন্নবা চৎকদৌরিবনো?"

"মহাক মনাই অমা থাবা য়াইনা, নত্রগদি মহাক্কী মনাই মশলশিং লৈরমদবা জাৎলা?" নিংথৌনা হঙলম্মী।

বীরবলনা হায়রম্মী," ইয়োর মেজেসটি, ঐহাক নহাক্কী ৱাহং অদুগী পাউখুম মতম খরা লৈরগা পীজরগে ।"

বীরবলনা নিংথৌরেলগী মচা যুবরাজ সালিম্না মহাক্কা য়াম্না চান্নবা, থাজবা মনাই অমগা নুমিদাংৱাইরম খুদিংগী হৱা চাবা হেক হেক লেংথোকই হায়বসি খঙলম্মী। বীরবলনা মনাই অচানবা অদুগা মরুপ শান্নরম্মী। মহাক্না কনা অমতদা মহাক্কা মরুপ ওই হায়বসি হায়দোক্নু হায়না হায়রম্মী। নুমিৎ খরনিগী মনুংদা বীরবলনা নিংথৌমচা অদুগী মুর্ত্তি অমা খোইরুনা য়াম্না ফজনা শারম্মী। মুর্ত্তি অদু নিংথৌমচাগী ফিজোলগা মান্ননা শেৎচিনবিরম্মী। বীরবলনা মনাই অদুদা নুমিৎ অদুদি নিংথৌমচা অদু পুথোক্লগনু, মাগী মহুৎতা মুর্তি অদু পুথোকউ হায়না হায়রম্মী। মনাই অদুনা বীরবলনা হেক হায়রিবমখৈ পাংথোক্লম্মী।

মতম খরা লৈরগা মনাই অদু নিংথৌরেলগী মনাক্তা কপ্প কপ্পদুনা চেল্লক্লম্মী, "যুবরাজ পুখ্রিংদা তাহৌরে! মতেং পাংবিয়ু! মতেং পাংবিয়ু!"

নিংথৌরেল, মদু হেক তাবগা থুনা য়াঙনা পুখ্রিদু তান্না চেনখিরম্মী অদুগা পুখ্রিদুদা চোংথদুনা মচানিপাদুবু লৌখৎনবা হোৎনরম্মী। মহাক্না যুবরাজগী অশাবা মুর্তি অদু লৌখৎলম্মী। অদুদগী অকবরনা লৈকোল অদুদা ফল্লগা খল্লম্মী মদুদি মনাই অদুগা মহৌশাগুম্না যুবরাজ অদু কোয়থোকপা চৎপদগী তৌরল্লিবনি।

তানজা অদুদা বীরবলসু মফম অদুদা থুংলম্মী। মহাক্না হায়রম্মী, "ইয়োর মেজেসটি," করিগীদমক্তা নিংথৌরেলনা যুবরাজবু কন্ননবা পুখ্রিদা চোংথরিবনো? মহারাজনা মীনাই অমদা মাবু কন্ননবা হায়বা য়াই। মহারাজগী মীনাই মীশনগা লৈব্রিদ্রা?"

অকবরনা বীরবলগী লক্লবী খোনজেল অদুদা ফারম্মী।

বীরবলনা মখা চত্থরক্লম্মী,"নহাক্না নহাক্কী ইচা নুংশিবগুম,ঈশ্বরনসু মহাকপু নিংজবশিংবু নুংশিবি। অদুনা মহাক মশামক্লা মখোয়বু কন্ননবা চেলশিল্লি। অদুগুম্বা নুমিৎ অদুদা নিংথৌরেলনা ঐঙোন্দা হঙবিখিবদাই, করিগী বিষ্ণু মশামক্লা গুমভিরনা ফারবা মনাই গজেন্দ্রবু কন্ননবা চৎলিবনো? হৌজিক ঐনা নহাক্কী পাউখুম পীজরে।"

নিংথৌরেলনা মহাক্কী মচা খুদোং থীবা থোক্তনা লৈ হায়বা খঙলবা মতুংদা মহাক্না হায়রম্মী, "বীরবল নহাক্না মরম খুদিংমক য়াম্না ফজনা শন্দোক্লা তাক্লে। ঐহাক হৌজিক নিংথিজনা খঙবাঙম্লে।"

অকবরনা মদুগীদমক বীরবলবু থাগৎপা ফোংদোক্লম্মী।

"মনাইশিংগী মফমদা মপুনা খাঙবা ঙমদে। ভক্তশিংগী মফমদা ঈশ্বরনা খাঙবা ঙমদে।"

## অপঙবা পরেং

নিংথৌরেল অকবর শগোল থৌবা য়াম্না পামই। শগোল থৌবসি মহাক্কী থোইদোক্লা হৈনজবা, পামজবা মশাম্না অমনি। মহাক অহল লমনশিংনা শিজিন্নরম্বা অফবা শগোলশিং খোমজিন্দুনা থমজিনবগী অপান্বসু লৈরম্মী। করিগুম্বা অফবা শগোল লৈরবদি মমল থিদনা হেক্তো লৈরম্মী।

মতম অমদা ললোনবা নিপা অমনা অফবা শগোল ময়াম অমা পুরক্লগা অকবরদা য়েংহল্লম্মী। অকবরনা শগোলশিংদুগী অফবা মগুনশিং অদু উরুবদা য়াম্না পাল্লম্মী, অদুনা মহাক্লা শগোলশিং অদু লোয়না লৈরম্মী। মহাক্লা অদুগুম্বা শগোল ময়াম অমা অমুক লৈরক্লবা ললোনবা নিপা অদুদা পৈশা ময়াম অমা পীরম্মী।

থা খরগী মতুংদা নিংথৌরেলনা বীরবলবু কৌরম্মী অদুগা মহাক্কী লৈবাক্তা লৈরিবা অপঙবশিংগী মমিং পরেং অদু নিংথৌরেলদা লানখৎলম্মী। নিংথৌরেলনা অপঙবশিংগী মমিং পরেং অদু পাবা হেক হৌরকপদা, মহাক্কী মমিংনা খ্বাইদগী মকোক্তা লৈরম্বা উবদা মহাক য়াম্না শাওনিংলম্মী।

মরম অসিনা মহাক্লা বীরবলদা লাওরক্লম্মী, "বীরবল নাতে চাদনা ইশিল্লিবসি করিনো ? নহাক্লা অহানবমক্তদা ঐগী মিং ইরিবসি করিগীনো ?"

"নিংথৌরেল,চানবিদুনা শাওবিখিগনু, তশেংনমক নহাক মিং পরেংশিংসিগী হেক মকোক্তা ইবদা মতিক চাবনি। নহাক্লা মশক খঙদবা মীওই অমদা মহাক্কী মরমদা কুপ্না থিজিন্দনা পৈশা ময়াম অমা হেক্তা পীথোকখি। মসিবু খ্বাইদগী হেন্না অপঙবা অমা ওইরোইদ্রা?" বীরবলনা হঙগৎলম্মী।

"অদুবু, ঐহাক্লা মঙোন্দা অফবা শগোল খরগা হেন্না লৈরগা পুরক্লবা পৈশা পীথীবনি। করিগুম্বা মহাক্লা শগোলশিং অদু পুরকপা তারবদি-------?"

"ঐনা নহাক্কী মিং ইরিবা অসিদগী লৌথোকনি," বীরবলনা শমজিল্লম্মী।

নিংথৌরেল অকবরনা মহাক্কী অশোয়বদু খঙজরক্লম্মী। মহাক মশামক্তা মহাক্কী অপঙবগী থৌওং অদুদা য়াজরম্মী।

"ঐনা মহেক্লে খনবশিং অদু মামুক পঙবা লৈত্রবনি।"

## নুংশিবগী দন্দি

নোংমা নিংথৌরেল অকবরনা হেক য়ৌকগা মসিগী ৱাহং অসি হংলম্মী "মন্ত্রিশিং ! কনাগুম্বা মী অমনা ঐগী অশাংবা কোই অসি চিংলবদি অদুগুম্বা মীওই অদু করম্বা দন্দি পীগদগে হায়বদু হায়বা ঙম্বা ?" ৱাহং অদুদা মন্ত্রিশিং অঙকপা পোক্লরম্মী। মখোয় পুন্নমক চমন্নবা মীৎয়েংদা য়েংনরম্মী।

মন্ত্রি অমনা হায়রম্মী, "নিংথৌরেল, নহাক্তা অসিগুম্বা মী অদু মঙক কক্তুনা হাৎকদবনি।"

অতোপ্পা মন্ত্রি অমনা অমুক খন্নবা থাঙ্গৎলকই," অদুগুম্বা মীশক অদুদি শামুগী মখোঙনা নেৎহনবা ফাওবা য়াই।"

মন্ত্রি পুন্নমক্তা মখোয় মখোয়গী মট অদু নিংথৌরেন্দা ফোংদোক্লম্মী।

অকবরনা বীরবললোমদা ওনশিল্লগা হায়রম্মী, "বীরবল, ঐগী অশাংবা কোই অসিবু থৌনা ফনা চিংবা ঙম্বা মী অদু ঐনা করন্না চৈরাক পীগদগে হায়বদু হায়য়ু ?"

মতম অদুদা বীরবলনা মোমোন নোক্লগা হায়রম্মী, "বাদশাহ মঙোন্দা মিঠাই ইনবিয়ু, পীজৌ।"

নিংথৌরেল অকবর নোকথোক্লম্মী অদুগা হায়রম্মী, "অশেংবনি, তশেংবনি, নহাক অঙকপা মী অমনি, অদুবু ঐঙোন্দা খঙহল্লু। করিগীদমক মঙোন্দা মিঠাই পীজগদৌরিবনো?"

নিংথৌরেল, করম্বা মীনা নিংথৌরেলগী কোইবু শোকপা ঙমগদগে? নিংথৌরেলগী নুংশিরবা নিংথৌমচা ইশুনুপা নত্রগা ইশুনুপি নওনা?" বীরবলনা খুল্লম্মী।

বীরবলগী পাউখুম অদুদা নিংথৌদরেল অকবর য়াম্না পেল্লম্মী। মরমদি নুমিৎ অদুগী অয়ুক্তা পীক্লিবা নিংথৌমচা মশুনিপা অদুনা মাগী তমপাক্তা ফল্লগা মহাক্কী মকোই অদু চিংদুনা শাম্লরম্মী। মরম অদুদগী নিংথৌরেল অকবরনা অদুগুম্বা অঙকপা ৱাহং অদু মন্ত্রিশিংদা হঙলম্বনি।

"মচাগী নুংশিবনা অমা, মশুগী নুংশিবনা অমা, অপিকপা অভাংদি ঈশ্বরগুম্বনি।"

## চপ চাবা পাউখুম

বীরবলনা মহৌশাগুম্না কোয়থোকপা চৎলিঙৈদা নুপা অমনা লম্বীদা মাবু খাল্লম্মী অদুগা হঙলম্মী, "ওজাবু, অদোম্না মন্ত্রি বীরবলগী য়ুম কদাইদা লৈবগে হায়বদু অমুক্তা তাকপীয়ু?" নিপা অদু বীরবলগা খল্লগদবা থবক খরা লৈরম্মী। অদুবু মহাক্নদি হান্না অমুক্তা বীরবলবু উখিদ্রি।

মহাক্না নিপা অদুদা বীরবলগী য়ুম কদাইদা লৈবগে হায়বদু তাক্লম্মী। মহাক্তি চৎকদবা, চৎলিবা লম্বিদা অদুম চৎখিরম্মী। নিপা অদু বীরবলগী য়ুমদা চৎখিরম্মী অদুগা মহাকপু লৈব্রা হায়না হঙলম্মী। বীরবলগী মনাইনা হায়রম্মী, "মহাক্তি চখোকখ্রে। নুমিদাংৱাইরম হল্লকপা য়াই। নুমিদাংৱাইরমদা বীরবল হল্লক্লম্মী। নিপা অদুনা মহাক্না ঙসাই অয়ুক্তা লম্বিদা থেংনদুনা ৱারি শানখিবা নিপা অদু বীরবল মশামক্কি হায়বা খঙলম্মী। মহাক্না বীরবলদা নোল্লুক্লা হায়জরম্মী, "ওজা, ঐনা নহাকপু লম্বীদা উনবা অমসুং হঙজবা মতমদা করিগী অদোম্না বীরবলনি হায়রবিদ্রিবনো?"

বীরবলনা হায়রম্মী, "নহাক্লা বীরবলগী য়ুমগী লম্বী হঙলম্বনি, অদুনা ঐনা মহাক্কী য়ুম তাক্লম্বনি। নহাক্লা ঐঙোন্দা বীরবলবু হঙলম্লবদি ঐহাক্লা বীরবন্দি নহাক্কী নমাংদা লেপ্লিবসিনি হায়না হায়রমগদবনি।"

নিপা অদু বীরবলগা তৌমিন্নগদবা থবক লোইরম্মী অদুনা চৎখিরম্মী। নখোয় য়ানিংদ্রা মদুদি বীরবল হায়বা নিপা অসি পাউখুম পীবদা য়াম্না হৈশিংবা মী অমা ওইরম্মী হায়বসি।

"খুদম্না পীবা পাউখুমদি অশিংবতনা পাংথোকই।"

## মণি মুক্তাগী লৌবুক

মতম অমদা নিংথৌরেল অকবরগী য়ুমগী কা অমদা মহারাণিনা মথং মথং অসুম লাকপদা নিংথৌরেল অকবরনা লৈতেং ওইনা শিজিন্নবা পাত্র অমা খঙহৌদ্দুনা মহাক্কী ফিনা পনবদগী লৈমাইদা তাদুনা কায়খিরম্মী। মদু উবদা মহারাণিনা পাখৎলদুনা মথন্ত শোনজরম্মী, "ওহ্লোকপনি, মসিদি নিংথৌরেলগী য়াম্না পামজবা লৈতেংগী পাত্রনি।"

অকবর কোর্টতগী হুল্লকপা মতমদা কা অদুগী মনুংদা কোইয়েং য়েংলম্মী। মহাক্না করিগুম্বা অমা উদবগুম তৌরম্মী। মদু পুন্নমক্তু ঙসাইমখৈ পাখতুনা লৈরিবা রাণিনা উরম্মী। মহাক্না মানা থিরিবদু কায়খ্রে হায়না হায়দোকপা ঙম্লমদে। মরমদি মদু অকবরদা হেক হায়রুবা মতমদা মহাক্না শাওরকদবদু খল্লুবদা।

অকবরনা রাণিদা হংলম্মী, "অহ! হোয়, চাইনিজগী লমকোইবা লাক্লম্বনা ঐঙোন্দা পীরম্বা ঐগী য়াম্না পামজবা লৈতেং ওইনবা পাত্র অদু কদাযদা লৈখ্রে?"

মহারাণিনা য়াম্না কিনা খুম্লম্মী, "অহ! মীনাইনা পাত্র অদু শেংদোক্লবা পুখ্রি।"

মমৈথংদা নিংথৌরেল খরা শাউবা ফরবা কান্দা, রাণিনা খল্লম্মী, মহাক শাওবা খরা হল্লরে অদুনা পোম্বা খ্রে। তানজা অসিদা অচুম্বদু ঐহাক্না হায়দোকহৌরগে।

"ঐহাক য়াম্না লাল্লবা অমা তৌখ্রে। ঐহাক্না কা শেংদোকপদা শোয়দুনা নহাক্কী লৈতেংগী পাত্রদু কায়খ্রে মসিগীদমক ঐহাকপু ঙাকপীয়ু।" রাণিনা মরালগা লোয়ননা হায়জরম্মী।

"অদুবু, নহাক্নদি মীনাইনা শেংদোক্লবা পুখ্রে হায়বদায়," অকবরনা হায়রম্মী।

মহারাণিনা হায়রম্মী, "নহাক্না হেক লাকপা মতমদা কিবদগী ঐহাক্না

হায়দোকহৌদ্রে।" "অদুদি, নহাক নমথাক তৌরে ? মীনম্বা ঙাংবি, পুকচেল শেংদবি নুপী অমনা অকবর দি গ্রেটকী মহারাণি করম্না ওইবা য়াগনি," নিংথৌরেলনা হায়রমই ।

"অদুবু মসি শোয়খিবা হায়বদুনি" মহারাণিনা খুম্লম্মী ।

" লৈতেংগী পাত্র অদু কায়খিবগীদমক্তদি ঐনা নঙবু ঙাকপিরে। অদুগা মীনম্বা ঙাংবগীদমক্তদি নঙবু ঙাকপীবা ঙম্লোই," অকবরনা রাণিদা হায়রম্মী।

"ননাই নুপীবু অমুক্তা ঙাকপীয়ু । ননাই ঐহাক মতুংদা অমুক হন্না মীনম্বা ঙাংদনবা অদুগা অসিগুম্বা অসি থোক্তনবা হোৎনজগে।," রানিনা নোল্লুক্না হায়জরম্মী ।

অকবর শাওবগী ঙমখৈ লৈরমদে। মহাক্না হায়রম্মী,"নহাক হৌজিমক খুদক্তা কোনুং থাদোক্তুনা চৎখিগদবনি। "

মথৱাই ৱারদুনা রাণিনা মথন্তা শোল্লম্মী, "ঐ মহাকপু থাদোক্লগা চৎলগদবা !"

রাণিনা হায়জবা কয়া তাবিরমদে। থোইন্দুম অকবরনা মহাক কোনুং থাদোক্তুনা চৎখিবনা ফগনি খন্দুনা থুনা চৎখিনবা হায়রম্মী।

মহারাণি কোনুং থাদোক্তুনা চৎখিরম্মী। মহাক্না অসুম লম্বীদা চৎনা চৎনা খল্লম্মী, "করিগুম্বা বীরবলনা সহর অসিদা লৈরম্লবদি মহাক্না উপায় অমা শোয়দনা পুথোকপা ঙমগনি।"

মহারাণি কোনুং থাদোক্তুনা চৎখ্রে হায়বগী পাউ অসি য়াম্না থুনা শিলথুংনা শন্দোক্রম্মী। কনাগুম্বা নিপা অমনা হায়রম্মী, মহারাণি কোনুং থাদোক্তুনা চৎখ্রে। অতোপ্পা অমনা অমুক হায়রম্মী, "নিংথৌরেলনা হায়রমই মদুদি অরানবশিংদি মহাক্না ঙাকপীবা ঙমদে"।

মথংগী নুমিত্তা নিংথৌরেলনা কোর্টতা হায়রমই, "ঐ মরু ওইবা খরা খঙবা পামই। নখোয় করিগুম্বা কান্দা মীনম্বা ঙাংখৱা?"

"কনাগুম্বা ওইদবা, মীনম্বা ঙাংলম্লবদি মহারাণিনা তারিবা দশা অসিগা

চপ মান্নবা ফংগনি," অকবরনা লাউথোক্লম্মী।

অহানবা মন্ত্রিনা খুল্লম্মী, "ঙাংখিদ্রি।"

অনিশুবনা নোক্লগা খুল্লকই , "কৈদৌঙৈদসু তৌখিদ্রি।"

অহুমশুবনা অমুকসু হ্রাওনা খুল্লক্লম্মী, "মতম খুদিংদা কদৌঙৈদসু ঙাংখিদ্রি, হুজুর।"

তানজা অদুমক্তদা বীরবল কোর্ট মনুংদা চংলক্লম্মী।

অকবরনা খুদক্তা তানজা অদুদা হঙলম্মী, "বীরবল, নহাক করিগুম্বা মতমদা মীনম্বা, ওইদবা ঙাংখিব্রা?"

বীরবলসু পহুদনা খুল্লম্মী, "ঙাংলম্বা য়াই।"

অকবরনা হঙলম্মী, "নহাক্না হায়রিবদু করিনো? নহাক পুকচেল শেংদবা মী অমরা ?

বীরবলনা খুল্লম্মী, "ও ! ঐহাক পুকচেল শেংনবা কয়া হোৎনৈ, অদুবু করিগুম্বা মতমদা মরক মরক্তা নিংথৌরেলনা মীনম্বা, ওইদব খরা খরা হেক য়ানশিনবিরকই।"

বীরবলনা হায়রম্মী, "হায়রিবা মদুমক খ্বাইদগী অচৌবা মীনম্বা, অরানবা অমনি।"

নিংথৌরেলনা হায়রম্মী, "মীনম্বা, ওইদবা ঙাংবা মী অমবু ডিব্বান ওইনা থম্বা ঐহাক ঙম্মোই। অদুনা বীরবল, নহাক খুদক্তা আগ্রা থাদোক্তুনা চৎখিগদৌবনি।"

বীরবলনা তানজা অদুদা খুল্লম্মী।, "নিংথৌরেলগী অপাম্বা অদুমক ননাই ঐহাক পাংথোকচগনি।"

বীরবল আগ্রাগী ৰাংমদা চৎখ্রে হায়বগী পাউ অসি বেগম মহারাণিদা য়ৌরম্মী। মতম অদুদা মহারাণি আগ্রা সহরগী ৰাংমদা লৈবা আগ্রাগী লানবন্দা লৈরম্মী। মহাক্না মনাই অমদা বীরবলবু উনরা পাম্মী হায়রুচো হায়রম্মী।

বীরবল মহারাণিনা কৌবদগী লাক্লম্মী।

মহারাণিনা হায়রম্মী, "বীরবল , ঐহাক্না খন্নি মদুদি নহাক মসিগী মরমদা পাম্বে অমা পুথোকপা ঙমগনি। মসিগীদমক নহাক্কী নতেং পাম্মী।"

বীরবল না হায়রম্মী "বেগম সাহিবা, "ঐঙোন্দা মতম খরা পীবিগনি।"

বীরবলনা আগ্রা সহরগী বাংমদা লৈবা য়াম্না মরল মথুম লৈবা মণি, মুক্তাগী মপু ওইবা অমগী মনাক্তা চৎলম্মী । মহাক সনা শাবা মী অমনি।

বীরবল সনা শাবা নিপা অদুদা হায়রম্মী, ঐ মফম অসিদা গেহু চরোং অমা লৈরে। মসি সনাগী অমসুং হীরা মণি মুক্তাগী মচু ওলহনবা পাম্মী। সনা শাবদুনা খুম্লম্মী, "ঙমজগনি, হুজুব।"

থা অমগী মতুংদা পাউ পুবা নিপা অমনা অকবর বাদশাহদা হায়রম্মী, "বীরবলনা নহাকপু উননবা মফম অসিদা লাক্নুনা লৈরে।"

অকবরনা খুদক্তা খুম্লম্মী, "মহাকপু থুনা চংহন্লকউ।"

বীরবলনা অকবরদা ব্যবহার তৌরগা হায়রম্মী, "নহাক্না ঐহাকপু নহাক্কী কোনুংদগী লোই থারবসু ঐনা নহাকপুদি কাওবা ঙমজদে।"

বীরবলনা অকবর নিংথৌরেলদা হায়রম্মী, "ঐহাক্না লংফেচৎপা নিপা অমা থেংনরম্মী মহাক্না ঐঙোন্দা অঙকপগী মশক ওইরবা মণি মুক্তাগী ফৌ চরোং অসি য়োন্লম্মী।"

নিংথৌরেল অকবরনা মদু উবদা হরাওবোই খঙবোই তৌরদুনা হায়রম্মী, "এ! মণিমুক্তাগী ফৌ চরোং, করম তৌনা ?"

বীরবলনা অকবরদা মখা হায়রক্লম্মী, "করিগুম্বা মণি মুক্তাশিং অসি হুন্নবদি, মনি মুক্তা ভাক্তগী লৌরোক অমা ফংগনি।"

অকবরনা হায়রম্মী, "কয়াদা ঙকখ্রবা ! নহাক্না হায়রিবসি শোয়দ্রবরা, অচুম্বরা ?"

বীরবলনা হায়রম্মী, "ঐখোয়না মসি হোৎনরগা খঙবা ঙমগনি। ঐখোয় অশেংবা, লৈহাও লৈবা লৌবুক অমা দরকার ওইরে।"

অকবরনা হায়রম্মী, "অদু ওইরবদি, অফবা মসি থাবদা চান্নগদবা মফম অমা থীরুরো, নহাক চৎলো। "

নুমিৎ খরনিগী মতুংদা বীরবল, অকবরগী মনাক্তা লাক্লগা হায়রম্মী, "ঐহাক্না অফবা মফম অমগা ফংলে । ঐখোয় শেম শারসি।"

মদু তৌনবগীদমক প্রজা মীয়ীমদা হায়রিবা নুমিৎ অদুগী মরম পুন্নমক্তা লোয়ননা লাউখোক্লম্মী ! মদু য়েংননবগীদমক মীয়াম অমা মফম অমদা পুল্লম্মী।"

মীয়াম অদুগী মনুংদগী অমনা হায়রম্মী, "লাকও, ঐখোয় থুনা চৎসি "।

অনিশুবা মীনা হায়রম্মী, ঐখোয়গী লৈবাক অসি ইনাকখুল্লনি।"

অহুমশুবনা হায়রম্মী, "কয়াদা ঙকখ্রবা, নুংঙাইখ্রবা ব্রাখলনো, মণি মুক্তাশিংগী লৌবুক অমা।"

নিংথৌরেল অকবরনা হায়রম্মী, "লাকও বীরবল, মণি মুক্তাশিংগী মরুশিং অদু হুন্নবগী মতম ওইরে।"

তানজা অদুদা বীরবলনা হায়রম্মী, "নত্তে নত্তে ঐনা মসি তৌবা ঙমদে মহারাজ! মসিগী মণি-মুক্তাশিং হুনবগী থবক অসিদি কনাগুম্বা অশেংবা মী, মহাক্কী পুন্সিদা করিগুম্বা অমত্তা লানখিদ্রিবা অমসুং মীঙোন্দা মীনম্বা ব্রা মচেৎ অমা ফাওবা ঙাংখিদ্রিবা মীনা হুনগদবনি।"

বীরবলনা নিংথৌরেলদা হায়রম্মী, মহারাজ, নহাক্না খঙবিরিবদুনি, ঐহাক্কী মতিক চাদ্রবনি নহাক্কী মন্ত্রিশিংদা হায়বীয়ু, "মখোয়দি কৈদৌঙৈদসু মীনম্বা ব্রা অমফাওবা ঙাংখিদ্রি। নহাক্না খঙবিরিবদুনি ঐহাক্তি মতিক চাদ্রবনি, মীনম্বা ঙাংলম্বা য়াবা মীনি। মসি নহাক্কী মন্ত্রিশিংদা হায়বিগদবনি। মন্ত্রিশিং অদুদি করিগুম্বা মতমদা মীনম্বা অমা ফাওবা ঙাংখিদ্রিবা মী ওইগদবনি।"

মন্ত্রি ময়াম অদু মুরুম মুরুম শোল্লম্মী, "ঐখোয়না মীনম্বা অমা ফাওবা ঙাংখিদ্রি হায়খ্রে।"

ময়াম অদুগী মনুংদা অমনা হায়রম্মী, "ঐখোয়না মণি মুক্তাগী মরুশিং অদু হৌনবা হুনবা মতমদা করিগুম্বা হৈদ্রবদি, ঐখোয়দা অরানবা ওইরগনি।"

অকবরগী কোর্টতা লৈরিবা মন্ত্রিশিং অদু অমমমতা ওইনা ঙাংনরক্লম্মী। অহানবা মন্ত্রিনা হায়রম্মী, নওে, "ঐ মসি তৌবা ঙম্লোই।"

অনিশুবা মন্ত্রিসু হায়রম্মী, "ঐহাকসু ঙম্মোই।"

অহুমশুবা মন্ত্রিসু হায়রম্মী, "ঐহাকসু ঙম্মোই।"

বীরবলনা হায়রম্মী, "হৌজিক্তি, মীনম্বা শুঙাং ঙাংখিদ্রিবসি নিংথৌরেলখক্তা ঙাইহৌরে। মণি-মুক্তাগী হুন্ননবা মরুশিং অসি নিংথৌরেলনা হুনবনা মতিক চপ চাবে, হুনবিরসি।"

নিংথৌরেল অকবরনা হায়রক্লম্মী, "ঐসু ঙম্মোই, ঐনা থাজে মদুদি অঙাং ওইরিঙৈদো করিশু লৈতবদা মীনম্বা কয়া ঙাংখ্রে।"

মদু তাবদা বীরবলনা হায়রম্মী, "ঐখোয় কবি তৌবা তারে।"

নিংথৌরেল অকবরনা হায়রম্মী, "ওহোকপনি বীরবল,মপুন্সিদা মীনম্বা শুকঙাং ঙাংখিদ্রিবা মীওই পুথোকপা শুকঙম ঙম্মরোই। নহাক্না হায়রক্লিবা ৱাফম অসি ঐ খঙলে।"

বীরবলনা অকবরদা হাযরম্মী, " মদুনা তাক পদি কনা অমওা মণি-মুক্তাগী মরুশিং অসি হুনবদা মতিক চাদ্রে অদুগা নহাক্কী কোনুং অসিদা অদুগুম্বা মীওই লৈত্রে।"

অকবরনা বীরবলগী পুথোরক্লিবা ৱাফম অদুগী মরম খঙলদুনা মহারাণি অদু কোনুংদা অমুক হলহল্লক্লম্মী। অদুদগী বীরবলবুসু মনা পীবগা লোয়ননা কোনুংদা লৈবা য়ারম্মী।

"সংসার অসিদা মী ওইনবু পোক্লবা মীনম্বা অমদি শোয়দনা ঙাংলবনি। মীনম্বা তৌদনবা হোৎনবা ফৈ।"

## য়াকিন সাহ

অকবর নিংথৌরেলগী মপোক নুমিৎনি। চহনবিগী মতুংইন্না মপোক নুমিৎকী কুম্মৈ য়াম্না চীংলেম্না হরাও তয়াম্না পাংথোক্রম্মী। অনকপা অমসুং অরাপ্পদগী নিংথৌমচাশিং অমসুং মন্ত্রিশিং নিংথৌরেল অকবরবু তরাম তরাম ওকননবা লাকনরম্মী।

কুম্মৈ অদু নুমিৎ তরেৎনি চথরম্মী। অরাকপা কুম্মৈ অদুবু য়াওবা লাকপা মীশিংদা নিংথৌরেলনা হরাও তয়াম্না অঙম্বা খুদোল কয়া পীরম্মী।

লাক্লিবা কয়ানা অকবরদা আশির্বাদ কয়া পীরম্মী। কনানা মহারাজবু চহি চামা পুন্সিবা ওইসনু, কনা অমনা অললাহ্না মহাক্কী মিংচৎ অমসুং মগুন অসুম অসুম হেনগৎপা, চাউখৎপা পীনবিসনু হায়দুনা বর পীনরম্মী।

ভরতবর্ষগী মমাংঙৈগী চহনবিগী মতুংইন্না অকবর নিংথৌরেলগী অরুম্বা অসি ফৌ, গেহু, হৱাই মরু-মরাং অমসুং য়ুবিনা ওল্লম্মী।

অকবরগী মশাগা মান্নবা অরুম্বশিংদু ব্রাহ্মনশিংদা অমমমতা খুদোন ওইনা তল্লম্মী।

নিংথৌরেলসু মুস্লিম ধর্ম্মগী অশেংবা মীওইশিং ফংজরম্মী। অশেংবা মীওইশিং অদু নিংথৌরেলনা ফংজবদা হরাওনা হায়রম্মী, "লেংশিনবিরকসি, লেংশিনবিরকসি।"

অকবরগী মতৌ অদু উবদা বীরবলনা নোক্লিংবা পোক্রম্মী। মহাক্না খল্লম্মী, 'ব্রাহ্মনশিং অমসুং লাইগী পাউ পুবা মীওইশিং, মীশিংনা কৌনবা! হা! হা! নিংথৌরেল অকবর ফাওবা মখোয়না হায়বা মায়কৈদা পুখ্রবা।"

অকবরনা ফৈনা মিৎচিনা য়েংলকপদা বীরবলনা নোকফেৎ তৌবদু উরম্মী। মদু উবদগী মতম ঙাইহাক লৈরগা —

"বীরবল, ঐখোয়না অঙকপা থৌদোক থোকপা কয়া তাই। মখোয়দা ওইথোকপা য়াবা করি লৈবগে? ঈশ্বরগী ওইবা মীগা, ধর্ম্মদা পুক্লিং চংনা থাজবগা?"

বীরবলনা খুমলম্মী, "তশেংনমক থাজবনা হেল্লি।"

অকবরনা হায়রকম্মী, "মতৌ করম্না মদু ওইবা য়াগদগে? ঐখোয়না শোনগদবা লাইশোন অদু ঈশ্বরগী ওইবা মীনা শোনবিরগা মদু তাবি।"

বীরবলনা হায়রম্মী, "নত্তে ঈশ্বরগী ওইবা মী নত্রগা ধর্ম্ম শন্দোকপা মীশিং অসি ঐখোয়না থাজবদগী ওইরিবনি।"

অকবরনা বীরবলদা হায়রম্মী, "নহাক্না ঐখোয়গী মুসলিমগী অশেংবা মীশিংবু হুল্লিবরা ?"

বীরবলনা খুমলম্মী, "তশেংবমক্তি, নত্তে! ঐখোয় হিন্দুশিংদি মুর্ত্তিবু ঈরাৎলি। ঐনা থাজে, মসি ঐখোয়না মুর্ত্তিবু থাজবননি। মসিদগী ঐখোয় হিন্দুশিংনা মুর্ত্তি লাইশোনগা শোল্লগা খুরুম্লিবসি। মুর্ত্তি মশামক্না শোনবা নত্তে।"

অকবরনা হায়রম্মী, "নহাক্না হায়রিবা খুদিংমক ঈশ্বরবু থীনা ঙাংলিবনি। ঐ নহাক্না হায়রিবশিং অদুগী প্রামান পীবা ঙমদ্রবদি নহাক হাৎনবা য়াথং পীগনি।"

থীহৌদনা বীরবন্না আগ্রাগী য়াম্না লাপ্পা মতাই ওইবা অচীকপা লম অমদা মন্দির শাবা হৈবা মী খরদা হায়রম্মী, "মফম অসিদা নিংশিং ফুরা অমা শাগদবনি।"

মমৈথংদা বীরবলনা নিপা অমদা হায়রম্মী, য়াম্না ফরে, ফজরে! নিংশিং লাইশং শাবা লোইরে। ঐনা নহাকপু লাইশং অসিগী ঙাক শেন্নবা হাপ্পবনি। কনাগুম্বনা নঙোন্দা হঙলক্লবদি মসি "য়াকিন শাহ্" গী লাইশংনি হায়য়ু।

বীরবলনা লাইশং পান্নরিবা নিপা অদুদা মুন্না শীন্নরম্মী, "কনাগুম্বনা য়াকিন শাহ্গী থৌজানগী অঙকপশিংগী ৱারি অদু লান্না শন্দোকহল্লোইদবনি। খঙলবরা, ভাব তারে কো?"

নিপা অদুনা খুমলম্মী, "হোয়, ভাব তাজরে। ঐখোয়না য়াকিন শাহ্গী মমিং চৎনবা, ফাওনবা হোৎনগদবনি।"

বীরবলনা আশা তৌরম্বগুম্না য়াকিন শহগী মিংচৎ অসি অসুম অসুম শন্দোকখিরম্মী।

মীশিংনা ঙাংনরম্মী, "নহাক য়াকিন শাহগী মরম তারবরা?" মহাক্কী অঙকপগী থৌদোক কয়া থোকখ্রে । অতোপ্পা মী অমনা খুল্লম্মী, "হোয় অদুম ওইনমক, ঐসু ঐগী ইচাগী অফবা মঙ্গলগীদমক্তা বর নিবা চৎলিবনি।"

য়াকিন শাহগী অঙকপগী পাউ অসি অকবরগী কোর্টে য়ৌরক্লম্মী।

কোর্টে মন্ত্রি অমনা অকবরদা হায়রম্মী, "মবুংঙো, য়াকিন শহা তশেংনমক য়াম্না অঙকপা অচৌবা লাই অমনি।"

অতোপ্পা মন্ত্রি অমনা অমুক হায়রক্লম্মী, "য়াকিন শাহগী আশীর্ব্বাদ অসিদি অশিবা ফাওবা হিংহনবা ঙম্মী।"

মদু তাবদা অকবরনা মন্ত্রিদুদা হঙলম্মী, "মদুবু অশেংবরা? অদুম্নবু তৌব্রনে ? অদু ওইরবদি ঐখোয় মাগী নিংশিং লাইশঙ অদুদা চৎসি, খুরুম্মুসি।"

হায়নবা নুমিৎ অমদা অকবর অমসুং মহাক্কী কোর্টকি মন্ত্রিশিং মনাই মশনগা লোয়ননা অচৌবা মীয়াম অমা য়াকিন শাহগী নিংশিং লাইশং অদুদা থুংলম্মী। ময়াম অদুগী মনুংদা অমনা হায়রক্লম্মী, "য়েংউ, মী ময়াম অসিদি ?

অকবরসু হায়দোকখিরম্মী, "অসুম্না, মাবু থাজবা কয়া কয়া তিল্লিবনি।"

য়াকিন শাহগী লাইশং মনুং চংলগা অকবর অমসুং মহাক্কী কোর্টকী মীপুম খুদিংমক মকোক নোল্লদুনা খুরুম্লম্মী। মতম অদুদা বীরবলদি খুরুম্লমদে। মহাক্তি নোক্তুনা ময়াম্না তৌরিবদু য়েংদুনা লৈরম্মী।

বীরবলনা তৌরিবদু অকবরনা উরদুনা হঙলম্মী, "করিগী, নহাক্না য়াকিন শাহদা কোকনোন্দুনা খুরুমদ্রিবনো?"

মদুদা বীরবলনা অকবরদা খুল্লম্মী, "করিগুম্বা নহাক্না ঈশ্বরগী ওইবা মীশিং (ধর্ম্ম শন্দোকপশিং) দগী থাজবনা হেল্লি হায়বা য়ারবদি ননাই ঐহাকসু খুরুমজগনি ।"

অকবরনা খুম্লক্লম্মী, "করিগী থাজরোইদগে? ঐ য়াকিন শাহবু থাজবদা ঐহাকসু ওইরবনি। তশেংনমক ঐনা বাশক্লিবসিনি, করিগুম্বা রানা প্রাতাপপু জয় তৌবা ঙম্মবা ঐনা য়াকিন শাহদা সনা, লুপা কয়ামরুম খুদোল ওইনা কচ্চগনি।"

তানজা অদুদা নিপা অমনা হায়রক্লম্মী,"করিগীনো? মফম অসিদা লানফমদগী পাও পুবা লাম্মি অমা লাক্লিবসি ?"

লাম্মি অদুনা অকবরদা সলাম কৎলগা হায়রম্মী, "ইয়োর মেজেসটি, যুবরাজ সলিমনা রানা প্রতাপ লালফমদা মায়থিরে হায়বগী পাউ অমা থারক্লিবনি।"

মদু তাবদা অকবর হরাওবগী, নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈরমদে। মহাক্লা বীরবলদা হায়রম্মী — "য়েংউ, বীরবল, ঐনা বা ঙাংবা ফাওবা মপুং ফাদ্রিঙৈসিদা য়াকিন শাহনা ঐগী অনিঙবসিদা চানবিররে। মসিদগী হেনবা নহাক করম্বা প্রমান, খুদম পাল্লিবগে ?"

বীরবল বা ঙাংদনা তুমিন্না লেপ্পুনা লৈরম্মী। মহাক্লা অকবরদা হায়রম্মী, "অদুবু মসিদি থাজবনা চাউবা হেল্লি হায়বগী প্রমান পীবদনি। নহাক্লা য়াকিন শাহদা থাজবা থম্বদগীনি। মঙোন্দগী বর অমতং নিবিয়ু।"

মদু তাবদা অকবর নুংঙাইরমদে। মহাক্লা হায়রম্মী, "বীরবল নহাক চান্নবা মরুপনি। নহাক ধর্ম্ম শন্দেকপা, লাইগী ওইবা মীদগী থাজবনা হেল্লি হায়বগী প্রমান পীবা ঙমদ্রে।"

অকবরনা বীরবলদা হায়রম্মী, "নহাক্লা হায়রিবা অদু প্রমান তৌননবা থা অমগী মতম পীখিবনি। হৌজিক্তি মতম হৌখ্রে। নহাক শিনবগীদমক শেম শারো।"

বীরবল কীবনা মশা অদু থক থক নিকশিন্নরম্মী। মহাক্লা হাযরম্মী, ঐগী পুন্সি হৌজিক খুদোং থীবদা তারে। অহ ! য়াকিন শাহ, নহাক্লা ঐবু পুন্সি কনবিররোইদ্রা ? ঐগী পুন্সিবু কনবিয়ু। মফম অসিদা ফজরবা মার্ব্বলগী আশাগী দলাল অমা শাজগে।"

মদু তাবদা অকবরনা নোকথোক্লম্মী, "হা! হা ! বীরবল, নঙসু থাজবনা হেল্লে।"

খুদক্তা অকবরনা শকফম হলজিল্লগা বীরবলদা, হায়রম্মী, "য়াকিন শাহগী শক্তিবু নহাক্লা য়ানিংদবগী প্রমান উৎখিবদাই।"

বীরবলনা খুল্লম্মী, "অহোয়, মহারাজ, ঐ হৌজিক য়াকিন শাহদা হায়জরি।"

য়াম্না মতম ফরকপা অমসুং চাউখৎলকপা ওইরকপনা, বীরবলনা মেমোরিয়েল অদুগী মমাংদা লৈতেংলিবা লৈ পরেংশিং অদু হাইদোক্লম্মী অদুগা মনুংদা চংখিরম্মী।

অকবরনা হায়রম্মী, "বীরবল, করি লৌথোক্কে তৌরিবনো?"

বীরবলনা মনুংদগী ময়াম্না লাইনি হায়না থাজনরিবা অদু পায়রগা অকবরদা উহল্লম্মী। মহাক্লা হায়রম্মী, "নিংথৌরেল মহারাজনা থাজনা খুরুম্বা অমসুং মদুগী মহৈনা মহারাজনা ফংলিবা মহৈ অদু পোৎশক অসিননি। য়েংবীয়ু, মফম অসিদা লৈরে।"

অকবরনা, বীরবলনা পীরকপা লাইগী মশক ওইরবা পোৎ অদু পায়রম্মী। মহাক্লা মদু হাংদোক্লম্মী। অদুগা হায়রম্মী, "অদুবু মসিদি ঐ ইশাগী য়াম্না পামজবা পাশমিনা শালনিনা!"

বীরবলনা খুল্লক্লম্মী, "হোয়, মসিনি, মসি হাঙদোকপীয়ু, ইয়োর মেজেসটি।"

বীরবলনা অকবরদা মখা অমুক তারম্মী, "মসিনি নহাক্কী অনিঙবা থুংহনখিবা 'য়াকিন শাহ' অদুনি।"

অকবরনা পাশমিনা শালনা য়োমলিবা অদু হেক হাংদোক্লগা মনুংদগী পোৎতু হেক উবমক্তদা হায়রম্মী, "এ! মসিদি ঐগী খোঙউপনি।"

বীরবলনা য়াম্না চীংলেম্না অকবরদা হায়রক্লম্মী, "হৌজিক্তি ঐঙোন্দা থম্মোইশোক্লা পুক্লিং শেংনা ধর্ম্মদা থাজবগা,ঈশ্বরদা পুক্লিং শেংনা কখোক্লিবা মীশিংবু থাজবগা কনানা হেন্নবগে হায়বিরো?"

মদু তাবদা অকবরনা অচুম্বদু খঙক্লদুনা মকোক্তা মখুৎ থল্লগা হায়রম্মী,"বীরবল, নহাক্লা চুম্লে, "থম্মোই শোক্লা, পুক্লিং শেংনা ঈশ্বরবু থাজবগা লোয়ননা নীংবনা চাউবা, ফবা হেল্লি।"

অকবরনা ময়ামদা খঙহল্লম্মী, "য়াকিন শাহদা কৎলম্মিবা শেনফম

খুদিংমক অদুগা অচঙবা খুদিংমক শিজিন্নদুনা মফম অসিদা মীথুংশঙ অমা শারগনি।"

"থবক অমা তৌবা মতমদা অনিংবগা লোয়ননা পুক্নিং চংনা তৌরবদি মায় পাকই।"

## হুরাম্বগী চৈ

বীরবল মুগোল নিংথৌরেল "অকবর দি গ্রেড" কী কোর্টকী মন্ত্রি অমনি। মহাক অসি নিংথৌরেলনা অচুম্বা ব্রায়েল থৌদা পাংথোক্লবা কোর্টতা তোয়না তোয়না কৌরম্মী। মহাক্কী লৌশিংগীদমক থোইদোক্লা অরাপ্পা অনকপদা লৈবা মীপুম খুদিংমক্লা খঙনরম্মী।

মতম অমদা দিল্লিদা লৈবা য়াম্না ইনাকখুনবা ললোনবা নিপা অমা মহাক্কী মনাক্তা লাক্রম্মী। লল্লোনবা নিপা অদুনা বীরবন্দা করিগুম্বা অমগীদমক ব্রাকৎলম্মী।

লল্লোনবা নিপা অদুনা হায়রম্মী,"হুজুর,ঐগী লৈজবা পৈশা পুম্নমক য়াওবা খাউ অমা মাঙখ্রে। চানবিদুনা পৈশা শিংদু ফংনবদা ঐবু খরা মতেং পাংবিয়ু অদুগা হুরানবদু থিদোকপীয়ু।"

বীরবলনা ললোনবা নিপা অদুগী থম্মোই শেংবা অমসুং নোল্লুকপা, লমচৎ ব্যবহার অদুদা মুন্না খল্লবা মতুংদা হঙলম্মী, "নহাক কনাবু চিংনবা লৈবগে?"

লল্লোনবা নিপা অদুনা মহাক্কী অনিঙবদু ফোংদোক্রম্মী। মহাক্না হায়খি, "ঐগী মীনাইশিংগী মরক্তগী অমনা লৌরম্বা য়াই। তৌইগুম্বসুং তশেংবা খঙদবনিনা করম্না একসন লৌখৎকদগে?"

বীরবল মদুগী মরমদা মতম খরা মুন্না খল্লম্মী। পাম্বে অমা লাক্লদুনা মহাক্না হায়রম্মী," করিগুম্বা হুরানবদুনা নহাক্কী মীনাইশিংদুগী মরক্তগী অমা ওইরম্লবদি,ঐখোয়না মহাকপু লায়না খন্দোকপা ঙমগনি।"

অসুম্না হায়নরগা ললোনবা নিপা অদু হন্নখিরম্মী। মহাক্না মীনাইশিং অদু বীরবলগী মনাক্তা পুরক্লগা বীরবলবু বিচার তৌহন্নগে খল্লম্মী। মরম

অদুদগী ললোনবা নিপা অদুনা মহাক্কী মীনাই তরেৎমক্কা লোয়ননা মথংগী নুমিত্তা বীরবলগী য়ুমদা লাক্লম্মী। মহাক্না বীরবলদা মীনাইশিং অদু মশক তাক্লম্মী।

বীরবলনা মখুৎ ওইনা শাংবা চপ মান্নবা চৈ মকক তরেৎখক পায়রগা মীনাইশিং অদুদা হায়রম্মী,"চৈশিং অসি মেজিক হৈবা নিপা অমনা ঐঙোন্দা পীরম্বনি। মখোয়শিং অসিনা হুরানবা নিপা অদু পুখোকপদা মতেং পাংগনি।" বীরবলনা চৈশিং অদু মীনাইশিং অদুদা অমমম পীরম্মী। মহাক্না মীনাইশিং অদুদা য়াম্না চেকশিন্না হায়রম্মী,"কনাগুম্বা হুরানরা নিপা অদুনা চৈশিং অসিগী মনুংদা অমদা হেক্তা শোকপদা, অহিং অমদা ইনচি অমা চপচানা শাংবা হেনগৎকনি।"

বীরবলনা অমুকসু হায়রম্মী,"নখোয় পুম্নমক তোঙান তোঙানবা কা অমমমদা লৈগদবনি। হয়েং নোংঙাল্লগা, ঐখোয় ময়াম উনবা মতমদা হুরানবা নিপা অদু কনানো হায়বদু ইরাই লায়না খঙবা ঙমগনি।" মীনাই তরেৎ অদুদা মখোয় মখোয়না লৈগদবা কাশিং অদু বীরবলগী মনাই অমদা তাকহল্লম্মী।

মতম অদুদা হুরানবা নিপা অদুদি য়াম্না শিংবদৌনা মশা মথন্তা খনজরম্মী। মহাক্না বীরবলবু অপঙবা অমনি হায়না লৌরম্মী। হুরানবা নিপা অদুনা খল্লম্মী, মহাক্না য়াম্না শিংলম্লবদি চৈগী ওইগদবা ফীভম অদু হায়দোক্লম্মোইদবনি। মানা হায়দোক্লবনিনা হৌজিক্তি ঐবু ফাবা ঙম্মোই। শাংদোক্নদৌরিবা চৈ অদু ইনচি অমদু হেক ককথৎলগা লোয়রে হায়না মশা মথন্তা খনজরম্মী। মহাক্না হান্না চৈদুগী অশাংবদু ওলহৌদে। নুমিদাং অদুদা বীরবলনা হায়খিবা ইনচি অমা অদু চপ চানা ওল্লগা ককথৎলমই। মহাক নুংঙাইনা হরাওনা নিংঙাইদনা তুমখিরম্মী।

মথংগী নুমিৎতা, নোংঙানবগা ললোনবা নিপা অদুনা মীনাই তরেৎমক অদু মাগী চৈশিং অদু চেকশিন্না পায়হল্লগা বীরবলগী মনাক্তা পুরক্লম্মী।

বীরবলনা মীনাইশিং অদুদা হায়রম্মী,"হৌজিক, নঙগী নঙগী চৈশিং অদু মথং মথং ওল্লসি।"

বীরবলগী মনাই অমনা চৈশিং অদু মথং মথং ওল্লম্মী। অশুম ওল্লকপদা মরিশুবা নিপা অদুগীদি মশানা ইনচি অমা ককথ্রবনিনা

তেল্লম্মী। ওল্লিবা নিপা অদুনা বীরবলদা হায়রম্মী,হুজুর,"মসিগী চৈ অসিদি ইনচিঅমা তেনশিল্লে।"

মদু হেক তাবদা বীরবলনা মনাইশিংদা হায়রম্মী, "মদুগী নিপা অদু হুরানবদুনি। মহাকপু ফাজিল্লু।"

বীরবলগী মনাই, চৈ ওল্লিবা অদুনা বীরবলদা হঙজরম্মী, "হুজুর অদুবু, নহাক্কদি ঙরাং হায়খিবদাই মদুদি হুরানবা নিপা অদুনা চৈ অদু হেক শোকপা মতমদা ইশ্চি অমা শাংদোক্কনি অদুবু,মসিদি শাংদোকপগী মহুওা তেনশিল্লবনি।"

বীরবলনা মনাই অদুদা শুগায়না তাক্লম্মী। মহাক্না "হায়রম্মী,ঐনা মদু হায়রম্বগী মরমদি অশেংবা হুরানবা নিপা অদুনা মানা হুরান্দে হায়বদু উৎননবা চৈগী অশাংবদু ইশ্চি অমা ককথৎকনি। অশেংবা, হুরান্দবশিং অদুদি মশা মশানা হুরান্দবনিনা অদুম নিংঙাইদনা করিসু তৌরুদনা লৈগনি।"

বীরবলনা অদুদগী মখা তারক্লম্মী,"ঐনা খল্লম্বা পুন্নমক মহাক্না চপ চানা তৌরক্লম্মী।"

হুরানবা নিপা অদু জেলদা থল্লম্মী। মহাক্না মানা তৌরুবা থবক অদুগীদমক য়াম্না নুংঙাইরমদে। মহাক্না চৈ অদু ককথৎলমদ্রবদি করিসু ফাবা ঙম্লম্লোই হায়না খল্লম্মী। মহাক্না থল্লম্বা পৈশা বেগ অদু মী থাদুনা লৌহল্লম্মী।

লল্লোনবা নিপা অদু য়াম্না হরাওরম্মী। মহাক্না বীরবলবু থাগৎপা ফোংদোক্লম্মী। মহাক্না থোইদোক্না হরাওজরিবদি অচুম্বা বিচার তৌবিদুনা মাগী মাংখ্রবা শেলশিং অদু অমুক ফংবদুনি। মহাক্না বীরবলদা মতিক চাবা পৈশা পীরম্লগা অতোপ্পা মীনাইশিং অদুগা লোয়ননা মাগী ময়ুমদা হনখিরম্মী।

ললোনবা নিপা অদুনা বীরবলগী লৌশিং অদুবু মপুক্লিংদা হন্না হন্না থাগৎপা ফোংদোক্লম্মী।

"হুরানবগী তরানি মপুগী নোংমা হায়নরিবনি। হৈনবি হায়বসি থাদোকপদা লুনা থোকই।"

## খ্বাইদগী পামজবা পোৎ

মতম অমদা অকবর করিগুম্বা থবক অমা তৌদুনা লৈরম্মী। অমুক খল্লুবদা মহাক শাওনিংবা পোক্রম্মী। তানজা অদুদা মহাক্কী বেগমনা মঙোন্দা করিগুম্বা খরা হায়ননবা লাক্রম্মী। হান্না শাওদুনা লৈরম্বগা অকবরনা বেগমবু শুকয়েং য়েংনিংলমদে। মহাক্না করিগুম্বা মরম খরদগী বেগমবু য়াম্না পেল্লমদে।

অকবরনা বেগমদা শাওনা হায়রম্মী। "ঐনা হায়রি,নহাক ঙসিমক কোনুং থাদোক্তুনা চৎখিগদৌবনি।" মদু তাবদা বেগম ঙক্রম্মী। মহাক্না অকবরদা হায়জরম্মী, "করি সনা পুক্লিং নুংঙাইতবা য়াওবিরবগে? ননাই নুপিদা অসুক শাওরিববু। ননাইদি অপঙবিনি, অরানবা, অশোয়বা কয়া য়াওরবসু ঙাকপিগনি।"

মথৱাই নুংঙাইতনা অকবরদা হায়জরম্মী,"জহাপানাহ, নহাক য়াওদবা পুন্সি, ঐনা করম্না হিংবা ঙমগদগে ? চানবিদুনা ঐবু থাদোক্পিগনু।"

অকবরনা শাওনা বেগমদা য়েংলগা হায়রকই, "ঐগী থম্মোইসি নুঙগুম্না কল্লবনি। নহাক চত্তবা শুকয়া য়াররোই। অদুম ওইনমক, নহাক্না খ্বাইদগী পামজবা,নুংশিজবা করিগুম্বা পোৎ অমত্তংদি পুখিবা য়াগনি।"

বেগম তৌফম খঙদ্রদুনা মহাক্কী কা মনুংদা চংখিরম্মী। মহাক মতোমতা মকোক্তা মখুৎ থল্লগা করি তৌগদগে হায়না খন্দুনা লৈরম্মী। মহাক মথম্তা খনফম খঙদ্রদুনা খোল থোক্না কপ্লম্মী। থম্মোই পুবা ঙমদ্রদুনা থরো থরো ওন্দুনা কপ্লুবগী মতুংদা হৌগত্তুনা ফম্লগা হৌজিক করি তৌগদগে হায়না খল্লম্মী। মমৈথংদা মহাক ৱাখল অমা লাক্রম্মী। মহাক বীরবল কৌরগা ৱা তান্ননিংলম্মী। মহাক্না খল্লম্মী,"বীরবলনা মঙোন্দা মতেং পাংবা ঙম্বা য়াই।"

বেগম্না মনাই নুপি থাদুনা বীরবলবু কৌহল্লম্মী। বীরবল লাক্লবদা বেগম্না থোকখ্রিবা থৌদোক কয়াদু থম্মোই শোক্না লীরম্মী। নহাক মসিগী উপাই অমত্তদি পুথোকপিয়ু অদুগা মহাক্না ঐগী পামজবা পোৎ অমদি পুখিবা য়াগনি হায়বসিনা করি ওইগনি ? হায়না হঙ্জরম্মী।

বেগমগী বা তারবা মতুংদা বীরবলনা মহাকপু থেমজিল্লম্মী। মঙোন্দা বীরবলনা তৌগদবা ৱারম পুন্নমক হায়রম্মী। বেগমনা বীরবলনা হায়বা খুদিংমক তৌজগে হায়জরম্মী।

বীরবলনা বেগমদা হায়রম্মী, "অকবরনা হায়বা নহাক্না খ্বাইদগী পামজবা পোৎ অমা পুবা য়াগনি হায়বদুবু,বেগমগীদি মহাক( অকবর) ওইরোইদ্রনে ?" মদু তাবদা বেগম খঙনুং নুংঙাইরম্মী। মহাক্না বীরবলদা করম তৌরগা মহাকপু পুবা য়াগদগে হায়না হঙ্জরম্মী।

বীরবলনা হায়রম্মী, "বেগমনা অহানবদা অকবরদা শরবট গ্লাস অমতা পীথকচরমগে হায়বিয়ু। শরবট অদু হেক থকখিবগা মতম শাংনা তুমনিংনবা, তুম্নবা গুলি হাপকদবনি। তুম্লিঙৈ মনুংদা মহাকপু দোলাই অমদা থুনা শেম শাহল্লগা বেগমগী য়ুম, কোনুং তান্না মহাকপু পুগদবনি। মহাক্না জ্ঞান তারক্লগা বেগমনা ঙসাই ঐনা হায়জখিবা অদু খুম্বিয়ু।" অসি হায়রল্লগা বীরবল চৎখিরম্মী।

বীরবলনা তৌগদবা মরম পুন্নমক অদু হায়রল্লবা মতুংদা বেগম্না মনাই নুপীশিং কৌশিল্লম্মী। মহাক্না মখোয়দা মহাক্কী ফীরোলশিং অদু য়োমশিন্নবা হায়রম্মী। মতৌ অদু উবদা মনাইশিং অদুনা বেগমদা হঙ্জরম্মী,"করিগীদমক বেগম সাহিবাগী ফিরোলশিং য়োমগদৌরিবনো?"

বেগম সাহিবনা থব্রাই নুংঙাইতনা হায়রম্মী, "ঐগী ফিরোলশিংদু ফজনা য়োমশিল্লু। ঐহাক নুমিৎ খরনিদং য়ুমদা চৎলুখিবা তাই।"

মনাই নুপীশিংনা বেগম সাহিবগী চংগদবা ফিরোলশিং অদু য়োম্বা লোয়রবা মতুংদা মনাই নুপীশিং অদু করি হায়রক্কদগে হায়দুনা মচি অমদা ঙাইদুনা লৈরম্মী। বেগমসু নাকল অমদা মথব্রাই নুংঙাইতনা ওঙ্গোক্তুনা লৈরম্মী। মহাক্না মনাইশিংদা হায়রম্মী, "হৌজিক নখোয়গী মবুংঙো অকবরদু ঐনা মফম অসি থাদোকত্রিঙৈগী মমাংদা অমুক্তা উনসি হায়রুচো।"

মখোয়না চৎখ্রিঙৈগী মনুংদা বেগমনা মাগী শরবট অদু শেল্লগা তুম্নবা হিদাক অদু হাপ্লগা ফজনা শেম শারম্মী। মহাক্না অকবর হেক লাকপগা পীথকপা য়ানবা হায়দুনা ঙাইদুনা লৈরম্মী।

বেগমগী পাউদু তাবদা অকবর থিঙ্গদনা মহাক্কী মনাক্তা য়ৌরক্লম্মী। অকবরনা বেগমদা হঙলম্মী,"নহাক্কী করি হায়নিংঙাই অমুক লৈরিবগে ?"

বেগমনা অকবরবু উজবদা হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইজরম্মী।

মহাক্না অকবরবু খুরুমজরম্মী অদুগা হায়জরম্মী,"ঐ কোনুং অসি থাদোক্কুনা চৎলগনি। চত্রিঙৈগী মমাং অসিদা নঙোন্দা শরবট গ্লাস অমত্তদি লানজনিংঙি,নহাক য়াবিগদ্রা ?"

অকবরনা খুম্লম্মী,"মদুদা ঐগী য়ানিংদবা করিসু লৈতে।"

বেগম্না শরবট অদু অকবরদা পীরম্মী। অকবরসু মদু ৱাখল অমগা লোয়ননা থক্লম্মী। শরবট অদু থক্লবা মতুংদা অকবর মশাদা করিগুম্বা নুংঙাইবগুম,ইনম নম্বগুম তৌবা হৌরক্লম্মী। মহাক্না বেগমদা হায়রক্লম্মী,ঐ তুমনিংলে,নঙগীসিদা খর তুম্লগে।" মতৌ অদু বেগমদি তুমিন্না য়েংদুনা লৈরম্মী। অকবরনা মাগী ফমুংদা তুমখ্রবা মতুংদা বীরবলগী মনাক্তা চৎলম্মী। বেগম সাহিবনা বীরবলদা হায়রম্মী, "নহাক, দোলাই অদু শেম শাবা লোয়রবরা?"

বীরবলনা খুম্লম্মী, "য়েংবিয়ু, মখোয়শিং অসিনি। মী পুন্নমকসু শেম শাবা লোইজরে।"

তুম্লিবা অকবর নিংথৌরেলনা দোলাই অমদা অদুগা বেগম সাহিবীনা অতোপ্পা দোলাই অমদা পুনবা শেম শারম্মী। মনাই মশল ময়াম অমগা লোইননা মখোয় আগ্রা থাদোক্লম্মী।চৎলিবা মীয়াম অদু বেগম অমসুং বীরবলগী য়াথং মতুংইন্না য়াম্না লাংবা খোৎপা তৌরমদে। মখোয়না বেগমগী মপামগী কোনুং য়ৌনবা চৎলম্মী।

অসুম লাকপনা বেগম মপাবুংগী কোনুং য়ৌরম্মী। হেক য়ৌবগা বেগম্না মপাবুংবু খুরুমজরে। মহাকপু উবদা বেগম মপা ওঙ্গোক্লা ঙক্লম্মী। মপাবুংনা হায়রম্মী, "ঐগী থোইদোক্লানুংশিরবী ইচানুপী, নহাকপু উবদা হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইরে। অদুবু করিগীনো নহাক্না অসিগুম্বা লাকফম চাদবা মতম অসিদা লাক্লিবদি ? ইপা চিংনদবা ঙমদে।"

মপাবুংগী ৱাদু তারগা বেগমনা মমিত্তা ঈরা চেল্লদুনা হায়রক্লম্মী, "পাবুং,ঐহাক কোন্না ৱারম পুন্নমক লীজরগে। য়াম্না থুনা ঐখোয় হৌজিক নিংথৌরেলগী চেপ্নবা কা অমতং শেম শাননবা তৌসি। মহাক য়াম্না নুংঙাইনা পোত্থারি।"

অকবর নিংথৌরেলগী পোত্থানবা শেল্লবা কা অদুদা দোলাইদগী লেংথরম্মী। নিংথৌরেল য়াম্মা নুংঙাইনা তুম্লম্মী। মতম অদু ফাওবা মহাক জ্ঞান অমত্তা লাক্রমদে।

বেগমগী মপাবুংনা ইঙক ঙক্লা, ইপা পাখংনা কা অদুদা চংলক্লম্মী। নিংথৌরেল অকবর,মমাক নিপানা ফমুংদা লোংনা তুমদুনা লৈরম্বা উবদা মচানুপী বেগমদা হায়রম্মী, " মহাক হৌজিক ফাওবা তুম্লিনা।"

মতম অদুদা বেগমনা মপাবুংদা হায়রম্মী, "নিংথৌরেল, পুং অমরোম লৈরগা লেংখংলকপা য়াই নত্রগা অদুগী মতুংদা।"

মতম য়াম্মা তুম্লুবদগী হৌগংলকপদা অকবর নিংথৌরেল ঙকপনা থেংলম্মী। মহাক্লা কোইয়েং কোইয়েং য়েংলম্মী অদুবু মহাক জ্ঞান পাক তাবা ঙম্লমদে। মহাক মতোমতা খনজরম্মী, "মহাক্লা লৈরিবসি কদাইদনো? মহাক ফমুং অদুদগী হৌগংলগে তৌরকপা মত্তদা বেগম কা অদুগী মনুংদা অকবরগী মনাক্তা চঙলক্লম্মী। বেগম উবদা অকবরনা তৌরিবা মতৌদুদা হঙলম্মী, "মসি নখোয়গী পাবুংগী য়ুম নত্রা?" মতৌ করম্না ঐনা মফম অসিদা লাক্লিবনো?"

অকবরনা হঙলকপা অদুদা বেগম য়াম্না অমেঙবা খোনফমদা হঙগৎচরম্মী, "জাহানপানাহ, নহাক ঐবু খুদক্তা কোনুং থাদোক্তুনা চৎলু হায়বিখিবদাই .........।"

ইবুংঙোনা অশাওবগা লোয়ননা ৱাহে কয়া হায়রবগী মতুংদা ননাই নুপীসু কপ্পা কপ্পা কয়া হায়জরবগী মতুংদা হায়বিখিবদাই, "নহাক্লা খ্বাইদগী পামজবা, নুংশিজবা পোৎ অমখক্তংদি পুখিবা য়াগনি।" অশেংবা পোৎ অমখক্তংদি পুখিবা য়াগনি" হায়বা য়াথং অদু হেক ফংজবগা ননাই অপঙবীগী ঈশ্বরদি ইবুংঙোনি খনজখি। বেগমনা অকবরদা হায়জরম্মী, "ননাই বেগমদি ইবুংঙোদগী হেল্লা মমল য়াম্বা, পামজবা অমসুং নুংশিজবা পোৎ অমফাওবা মালেম অসিদা লৈজদে। মরম অসিনা ননাইনা ইবুংঙোবু পুজরক্লিবনি।"

বেগমগী য়াম্না শিংবা, অশেংবা থম্মোই অদুদা অকবর ঙক্লম্মী। মহাক্লা বেগমদা হঙলম্মী, "করি ?"

অদুগী মতুংদা অকবরনা ৱাখল মুন্না খল্লম্মী। মহাক্লা খল্লম্মী, "কয়াদা থৌনাফনা ঐবু অপঙবা শেম্মিবা !"

অকবরনা মুন্না খল্লগা মথন্তা হায়জরম্মী " অদুবু, মসি য়াম্না ফজনা চঙখোন্না তৌই ।" মতৌ অদু উবদা বেগমদি পাখৎলম্মী। অকবরনা মথন্তা নোকখোরক্লম্মী। মহাক্না "হা ! হা ! মসি য়াম্না হৈশিংনা তৌইনে, পুরকইনে, তশেংনমক । হা ! হা ! হা" !

অকবরনা বেগমবু হরাওনা কোল্লম্মী। মহাক্না বেগমগী লৌশিং অদুদা থাগৎলম্মী। মহাক্না হায়রম্মী, " ঐনা নঙবু পেল্লে। ঐখোয় হৌজিক কোনুংদা হল্লসি। তৌইগুম্বসুং ঐঙোন্দা হায়য়ু, মসি কনাগী ব্রাখলনা পুথোকপনো, য়াম্না হৈশিংনা তৌরম্মীবসি ? "

অকবরনা চানবিরবা অদুদগীদি বেগমনা হায়রম্মী, "কনা ওইগনি, বীরবলগী ব্রাখলনি। মহাক্না মসি পাংথোক্লবা শিল্লিবনি। "

বেগমগী থম্মোইদা বীরবলবু হায়নিংঙাই লৈতনা পেল্লম্মী। থৌদোক অদুগী মতুংদগীদি মহাক্না মহাক্কী মপুরোইবগী থৌজাল অমুক হন্না ফংহনবগীদমক্তা বীরবলবু য়াম্না নোল্লুক্না ব্যবাহার তৌবা উৎলম্মী।

মতৌ অসুমনা খ্বাইদগী অপাম্বা, নুংশিবা অমসুং অতাঙবা পোৎ অদু ফংজখি।

"মপুরোইবদি লাইনি হায়নরিবনি। নুপীনা থাজবগা লোয়ননা ঈশ্বরনি খন্না মপুরোইববু নীংজরবদি ঈশ্বরনা অনিমক থৌজানবি। "

## বর্মা খোঙচৎ

নিংথৌরেল অকবরগী দরবারদা বীরবলবু, মীয়াম অমসুং মন্ত্রি পুন্নমক্না য়াম্না ইকায় খুম্নরম্মী। অদুবু বীরবল কল্লকপা মীওইশিংসু দরবার অদুদা মশিং য়াম্না লৈরম্মী। মুসলমান মন্ত্রিশিংনা থোইদোক্না মহাকপু কল্লক্রম্মী । মহাক অকবর নিংথৌরেলনা 'দীন ইলাহী' হায়বা ধর্ম্ম অমা হৌদোকপগী ইহান হানবা হিন্দুগী মীওইনি। মরম অদুনা মুসলমানশিংনা মহাকপু কাফির হায়বদি ধর্ম্ম তিন্নদবা অমসুং মখোয়গী চৎনবি খণ্ডদবা মীনি হায়না খল্লম্মী। মহাক অয়াম্বা মুসলমান মন্ত্রিশিংনা মতম অয়াম্বদা শীঙনরম্মী।

হুসেন খান, নিংথৌরেল অকবরগী নুপী বেগমগী মৌপ্পা, অকবরগী মশেন নুপানি। মহাক নিংথৌরেলগী দরবারদা মন্ত্রি ওইনিংলম্মী। মহাক মচেদা মাগী মরমদা মবাই নিংথৌরেলদা খরা হায়বিনবা হায়বদি ঙম্লমদে। মহাক্না দরবারগী মুসমান মন্ত্রিশিংদা মহাকপু মন্ত্রি ওইনবা ইলশিল্লম্মী।

হান্না বীরবলবু কল্লক্কুনগা লৈবনে, তানজা চারদুনা মুসমান মন্ত্রিশিং অদুনা খুদোংচাবসি লৌহৌরগে খন্দুনা মখোয় মশেল ৱা তান্নরম্মী। মরমদি নিংথৌরেল অকবরনসু মশেল নুপা হুসেনবু হেক কাওথোকপা য়ারোই। মখোয়শিংদু য়াম্না হৱাওরম্মী অদুগা থবক অদু পাংথোকনবা হৌগনগে হায়রম্মী।

নোংমা দরবার নুমিত্তা অকবরগী নুংঙাইবা তানজা লাকপদা মুসমান মন্ত্রি শিংনা হঙগৎচরম্মী, "জহানপনাহ! ঐখোয়গী দরবারদা মতম য়াম্না শাংনা হিন্দুগী মন্ত্রি অমা লৈরক্লে। হৌজিক্তি হুসেন খান, নিংথৌরেলগী ইশেন নুপাবু অমুক তানজা অমা পীবিবা য়ারোইদ্রা?"

অকবর মন্ত্রিশিং অদুনা হায়রিবদু মুন্না খঙলম্মী। মহাক মখোয়গী শরৌ অদুদা নুংঙাইরমদে। মহাক্না মন্ত্রিশিং অদুদা অশাওবা মিৎয়েংনা য়েংলম্মী। ঙাইহাক খল্লবা মতুংদা মথন্তা হায়জরম্মী, মখোয়শিং অসিনা হুসেন খানবু ঐগী মিনিস্টর ওইহন্নিংলেসে। ঐ মসিগী ৱাফম অসি অমুক হন্না অদুগা মতম চুপ্পগী ওইনা লৈরনবা খল্লগনি।

অকবরনা য়াম্না মুন্না খল্লবগী মতুংদা চিঠি অমখক ইরম্মী অদুগা নুমিৎ খরনিগী মতুংদা দরবারদা মন্ত্রি ময়ামগী মমাংদা অকবরনা হায়রম্মী, "মসি য়াম্না ফজনা য়োম্লবা চানা সিল তৌরবা বর্মগী নিংথৌদা পীনবা চিঠিনি।"

মহাক্না মখা তানা হায়রম্মী, "মসিগী চিঠি অসি থোইদোক্না মরু ওই। ঐনা অতৈ কনা অমা থাবা পামদ্রে। বীরবল অমসুং হুসেন খান অনিনা বর্মাগী নিংথৌদা মখোয় অনিমক্না খুৎশিন্নগদবনি। অতোপ্পা মীদা পীহনবসু য়ারোই। মখোয় অনিমক সিফাই খরগা লোয়ননা হয়েংমক চৎকদবনি।"

মখোয় অনিমক হয়েংগীদমক শেম শারুনবা হায়রম্মী। মখোয় অনি সিফাই খরগা লোয়ননা বর্মাগীদমক খোঙশানখিরম্মী। বীরবল

অমসুং হুসেন খান অনিবু বর্মাদা থারিবগী মরম মুসলমান মন্ত্রি খরনা অকবরদা হঙলম্মী। মদুদা অকবরনা খুন্নম্মী, “মখোয় লৌশিং লৈরগা হল্লকপা, লৈত্রগা হল্লক্তবা য়াই।”

মদু তাবদা হুসেনগী মায়কৈদা লৈরিবা মন্ত্রিশিং অদু য়াম্না ৱারম্মী। মখোয়না বেগমদা হঙগৎলুবসু ঙমদা, ৱা ফোংদোক্নরক্দ্রা হায়বগীসু কিরম্মী। মখোয়না বীরবলদি হল্লকপা য়াই অদুগা হুসেনখান্দি থাজরমদে।

মখোয় অসুম লাকপনা বর্মা কোনুং য়ৌরম্মী। কোনুং থোঙ্গালদা ঙাকশেন্দুনা লৈরল্লিবা সন্ত্রিশিং অদুদা বীরবলনা হায়রম্মী, “ঐখোয় নিংথৌগা ৱারি শান্ননবা লাক্লিবনি। হিন্দুস্টানগী নিংথৌরেল অকবর শাহদগী য়াম্না অথুবা পাও অমা পূরকই।”

সন্ত্রিশিং অদু মখোয় অনিবু ঙহাক লৈহল্লল্লগা নিংথৌদা পাও পীবা চৎখিরম্মী। মখোয়না খল্লম্মী, “মখোয় অনিগী মনুংদা ৱা হায়রক্লিবা নিপা অসি য়াম্না ফরমগদবা মাল্লি অদুগা য়ম্নসু শিংঙগদবা মাল্লি। অমদুমদি কয়া ফরমগদবা মান্দে।”

সন্ত্রিশিং অদুনা নিংথৌদা হিন্দুস্টানগী নিংথৌরেলদগী পাউ পুবা নিপা অনিখক লাকই হায়না তল্লম্মী। মখোয়না মসিমসু তল্লম্মী মদুদি লাক্লিবা মী অনিদুগী মনুংদা অমদি য়াম্না ফবা, পুকচেল চাওবা অমসুং য়াম্না শিংলমগদৌবা মাল্লি।

পাউ অদু নিংথৌদা তম্বদা বর্মাগী নিংথৌ অঙকপা পোক্রম্মী, মহাক্লা মওল মওল খল্লম্মী, “হিন্দুস্টানগী নিংথৌরেলনা বর্মাদা করিগুম্বা ফত্তবা মওংগা তৌরবা জাৎলা?” হিন্দুস্টানগী নিপা অনি অদু চঙহল্লকউ।

বীরবল অমসুং হুসেন খান নিংথৌগী মনাক্তা চঙলক্লম্মী। বীরবলনা হৌনবী চৎনরোল কায়দনা য়াম্না নোল্লুক্লা বর্মাগী নিংথৌদা অকবর নিংথৌরেলনা পীরকপা চিঠি অদু খুৎশিন্নরম্মী। মহাক্লা নিংথৌদা মখোয় অনিবু অখন্নৌনা থিন্দবা য়াদবগী ৱাফমসু খঙহল্লম্মী।

বীরবল অমসুং হুসেন খান খরা হন্দোক্লা লেপ্তুনা লৈরম্মী। চিঠি অদু নিংথৌনা পাখৎপগা লোয়ননা ফাক্তোক্লগা হেক পাবা মক্তদা, বমগী নিংথৌ

অমুক্কা হেন্না ঙক্লম্মী। মহাক্না খল্লম্মী, "মসি করম্না ওইথোকপা য়াগদগে ? মসিনা পুরিবা, হায়রিবা অর্থনা করিনো ?"

বর্মগী নিংথৌনা লংলা লংজিল পুথোকপা ঙমদ্রদুনা মহাক্কী মন্ত্রি লোমদা ওনশিল্লগা হায়রম্মী, "মখোয়গী লৈননবা শেম শারো। মখোয়বু য়াম্না চেকশিন্না শেন্নগদবনি। মখোয় নাহ্নোকখিদনবা ফজনা চেকশিন থৌরাং তৌগদবনি, শোয়বা য়াদে।"

নিংথৌনা হায়বগী মতুংইন্না বীরবল অমসুং হুসেন খান তোপ্না য়াম্না চেকশিনবা মফম অমদা থল্লম্মী। মখোয়বু নাহ্নোকখিদনবা মতিক চানা ঙাক শেল্লম্মী। অদুবু মখোয়দদি করি মরমগী অসুম্না তৌরিবনো হায়বগী ইঙ্গিৎ ফাওবা খঙহল্লমদে।

নিংথৌ অমসুং মন্ত্রি কোনুংগী অচিকপা মফম অমদা চখোকখিরম্মী। নিংথৌনা অরোনবা ৱা অদু মহাক্কী য়াম্না থাজরবা মন্ত্রি অদুদা খঙহনবা পাম্লম্মী। নিংথৌনা মরম পুম্নমক মন্ত্রিদা শিন্নরম্মী অদুগা হায়রম্মী, "হিন্দুস্থানগী নিংথৌরেলনা লাক্লিবা নিপা অনি অসি হন্দক্কী পুর্নিমা নুমিৎ অসিদা ফাসি তৌদুনা ঐঙোন্দা হাৎহনবা পাম্মী। মসিদা মহাক্না মখোয় লমদা হাৎকে হায়দ্রগা ঐঙোন্দা হাৎহন্নিংলিবনা করিগীনো ?"

মন্ত্রিনা মুন্না খল্লবা মতুংদা নিংথৌদা হায়রম্মী, "চিঠি ইরক্লিবসিদা চিংনবা মরম খরা লৈ। করিগীদমক্তা মহাক্না আগ্রাদা মখোয়বু হাৎত্রিবনো?"

নিংথৌ অমসুং মন্ত্রি মণ্ডল মণ্ডল খন্নরবা মতুংদা নিংথৌনা হায়রম্মী, "মখোয় অনিমক নিংথৌরেলগী কোর্টতা শক্তি য়াম্না লৈবা মী ঙাক্তা ওইরম্বা য়াই। কনা অমত্তদা নিংথৌরেলনা মখোয় অনিবু মাঙননবা শিনবগী মরম খঙহন্নিংলমদবা য়াই। অদুনা মখোয় অনি অরাপ্পা মফম, ঐখোয়গী বর্মদেশ অসিদা থারক্তুনা ঐঙোন্দা হাৎহল্লগা পাউ তানরক্তনবা শিল্লম্বা য়াই।"

নিংথৌনা হায়রিবা ৱা অদু, মন্ত্রিনা মুন্না তারগা মহাক্না হায়রম্মী, "লাক্লিবা নিপা অনি অসিগী কোর্টতা মতুং ইনবা বেক্কিং লৈরম্লবদি, অকবরগী মতুংদা শক্তি পায়রক্কদবা মীশিং অদুনা মখোয়গী লিডর হাৎখিবগীদমক ঐখোয়বু শাওগনি। শাওরক্লবদি ঐখোয়দা ফৎলক্তবা থোকপা য়াই। মখোয়দগী মরম খুদিংমক খঙথোক্লবা হোৎনবা তাই।"

বর্মাগী কোনুং অদুদা মখোয় অনিনা থুংঙবা মতমদগী নিংথৌ অমসুং মন্ত্রিশিং তুমিন তুমিন মখোয় মশেল ৱাতানবা অদুগা য়াম্না চেকশিন্না নিংথৌ অমসুং মন্ত্রি তোঙান্না অরোনবা ৱা তান্নখিবশিংদু বীরবল অমসুং হুসেন কান্দসু চীংনদবা ঙল্লমদে। মখোয়দা করি চিংনবা লৈরবগে হায়বসু খল্লম্মী। হুসেন খান্দি চীংনবগী ঙমখে লৈরমদে।

বীরবল মতম অদুদা মখোয়না লৈরিবা কোনুংগী চেকশিল্লবা কা অদুগী মমাং থংবা শরুক্কী রেলিঙ অদুদা ফমলগা অমসুং মখোয়বু ঙাকশেল্লি বা অদোমদা য়েংন য়েংন মহাক্কী মনাক্তা লেপ্তুনা লৈরিবা হুসেন খানগা ৱারি শান্নরম্মী।

বীরবলনা হুসেন খান্দা হায়রম্মী, "হুসেন খান, চিঠি অদুদা করি ইরিবগে হায়বদু ঐ খঙদে। অদুবু নিংথৌগী মাইথোংনা উৎলিবা অমসুং ওরডরনা তাক্লিবদি, ঐনা খল্লি মদুদি ঐখোয়দা খুদোং থীবা অমা লৈরে হায়বসিমদি শোয়দ্রে।"

মদুগী মরমদা করিমত্তা চিংনবা লৈত্রে, ঐখোয় খুদোং থীবদা তাবা হায়বসিমদি। হুসেন খান্না মখা তারকই, "অদু নৎত্রবদবু করিগী অসুক য়াম্বা গার্ডশিংনা পীক থন্না থল্লিবা মফম অসিদা ঐখোয়বু থল্লিবনো?

বীরবলনা মখা তারকই, "ঐখোয় লাইবক থীরবদি আগ্রা য়ৌদবা য়াই। মফম অসিদা শিবা হায়বদি হাৎলবা য়াই। নৎত্রবদবু মখোয়না ঐখোয়দা বন্দি থমগনিবু হায়রবসু, দন্দি পীগনিবু হায়রবসু অমত্তা খঙহন্দনা চেকশিন্না ঙাক শেন্দুনা থল্লিবনি।"

হুসেন খান্দি কিবনা মশা পুম্নমক চেং খৈবগুম থক থক নিক্লম্মী। মশা পুম্বা হুমাং অনপ্পী কারম্মী। মহাক্না মখুৎ লোন্নরদুনা বীরবলদা হায়জরম্মী, "বীরবল মহারাজ, নহাক্তি লৌশিং লৈবা মীনি। চানবিদুনা ননাই ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু। কন্ননবা উপায় অমতা পুথোকপিয়ুবা কৈদৌবগে ? ঐগী থৱাই হকচাং য়াওনা নঙোন্দা কোক নোনজরি, খুরুমজরি।"

বীরবলসু তৌরিবা মতৌ অদুদা মথ্বাই নুংঙাইরমদে। মহাক্তি পোকপদগী লৌশিং হায়বসি মঙোন্দা লোয়নরক্লবনিনা থোইদোক্লদি ৱারুদে । অদুবু করিগুম্বা শোয়রবদি শিগদ্রা খন্দবদি নত্তে। মহাক্না

হুসেন খান্দা হায়রম্মী, "ঐনা ঙম্বমখে হোৎনগে। তৌবদবু মতম পুম্বদা ঐনা হায়বা ৱাগী মতুং ইন্না নহাক তৌবা তাই। অদুগা ৱাহৈশিং অদু হন্না হন্না হায়বা তাই।"

হুসেন খান্না বীরবলগী ৱাফম পুম্নমক লোয়না য়ারম্মী। মহাক্না হাৎকনি হায়রবসু হাৎপীয়ু অমসুং শিদোকসি হায়বা ৱাহৈ অদু অদুম নিংশিংদুনা লৈরম্মী।

মখোয়না লৈরিবা কা মনুং অদুদা অফ ফত্ত খন্নদুনা লৈরিঙৈ মতম অসিদা বর্মগী মন্ত্রি অমনা মখোয়গী কাগী থোঙ অদু হাঙদোকলক্লম্মী। মহাক বীরবলগী মনাক্তা লাক্লম্মী অদুগা মথ্বাই নুংঙাইতনা হায়রম্মী।

"ঐনা খঙই, নখোয় অনিগী মরক্তা কনানো অমদি বীরবল কৌই। অতোপ্পা অমনা হুসেন খান্নি। হিন্দুষ্টানগী নিংথৌরেল অকবরনা ঐখোয়গী নিংথৌদা হায়রকই মদুদি হন্দক্কী পুর্নিমা নুমিত্তা মখোয় অনিবু ফাশি তৌদুনা হাৎননবা, করি মরমগী হাৎকদৌরিবনো ?"

বর্মাগী মন্ত্রিনা মখা তারকই, "নখোয় হিন্দুষ্টান লৈবাক্তা য়ান্না ফত্তবা, য়ান্না চাওবা মরাল করি তৌরুরবগে ? অদুগা মফম অদুদা পীগদবা দন্দিবু ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা করিগী পীহনগদৌরিবনো ?" অমুক্তা শুগায়না তাকপিয়ু।

বীরবলনা মন্ত্রি অদুদা খুল্লম্মী, "ঐখোয়গী নিংথৌরেলদি থৌজাল হৈ অমসুং অচুম্বা চৎলি। চানবিদুনা মহাক্কী য়াথং অদু শোয়দনবা পাংথোকপিয়ু।"

হুসেন খান্দি বীরবলগী ৱাহৈ, পাউখুম অদুদা মশাপুম্বা কিবনা খঙচোং চোংখৎলম্মী। মহাক্কী মশা কীবনা তাইফেৎ তাইরম্মী। তৌইগুম্বসুং বীরবলনা তাকপা অরোনবা ৱাহৈশিং অদুদি কাওরমদে।

হুসেন্না মন্ত্রি অদুদা হায়জরম্মী, "হোয়, নখোয়না পুর্নিমা নুমিৎকী নুমিদাং অদুদা ঐখোয়বু ফাসি তৌদুনা হাৎপিয়ু।" মসি হায় হায়দুনসু মহাক্তি মশা অদু নীকপনা লোইরম্মী।

বর্মাগী মন্ত্রি অদুদি বীরবলগী মতিক মগুন, মশক, মওং মতৌ অমসুং লমচৎ ব্যহার উবদা নুংশিবা পোক্লম্মী। মহাকসু মখোয়বু হাৎপা পাল্লমদে।

অদুবু মখোয়নদি হাৎপিয়ু হায়না কন্না মহায়রবসিদা তৌফম খণ্ডলমদে।

তৌফম খণ্ডদ্রবা বর্মগী মন্ত্রি অদুনা মখোয়না হায়রকপা অমসুং মহাক্না মরম খণ্ডদোক্লবা হায়রা কয়া অদু মখোয়গী নিংথৌদা তল্লম্মী। মহাক্না নিংথৌদা হায়রম্মী, "ইয়োর মেজেসটি, তৌরিবা মতৌ অসিদা করিগুম্বা মরম খরা লৈরমগদ্রা হায়না ঐদি খল্লি। করিগীনো মীশিং অসিনা পুর্নিমা নুমিৎকী নুমিদাংদা "ফাসি তৌদুনা শিবা পাল্লিবসি ? মসিগী মরম মখোয়দগী খণ্ডননবা তৌবা পামই।"

বর্মাগী নিংথৌনা মুন্না খল্লবগী মতুংদা হায়রম্মী, "করিগুম্বা ঐখোয়না ওরডর অদু পাংথোক্তবদি হিন্দুস্থানগী নিংথৌরেলনা ঐখোয়দা শাওরকপা য়াই। নিংথৌরেলনা শাওরক্লবদি ঐখোয়গী দেশতা নুংঙাইতবা পোক্লকপা শোয়দবনি। অদুনা মহাক্কী য়াথং পাংথোকহৌবনা ফগনি খল্লি।

তাঞ্জা অসিদা বীরবলনা করি তৌগদগে হায়বা মহাক্কী থৌরাং অদু হুসেন খানগা তান্নরম্মী। মহাক্না হুসেন খান্দা হায়রম্মী, " মখোয়না ঐখোয় অনিবু মীহাৎপুংদা পুথোক্লবা মতমদা ঐনা হায়গনি ঐবু হান্না হাৎপিয়ু। মতম অদুদা নহাক্লসু ঐবু হান্না হাৎপিয়ু হায়না হায়রক্কদবনি। "

"ঐখোয় অনি হানবা তান্ননবা 'ঐবু হান্না হাৎপিয়ু' হায়বা অসি হন্না হন্না হায়দুনা ইন্থোক্লগদবনি। হানবা তান্ননবদা ফুনা চৈনবা ফাওবা তৌনগদবনি। হুসেন খান, মখা তাবদি ঐ তৌরক্কে, লাইবক য়েংসি, ৱারুগনু।"

পুর্নিমা নুমিৎকী নুমিদাংনি, বীরবল অমসুং হুসেন খান মীহাৎপুংদা পুথোরক্লে। "ফাসি তৌবদু য়েংননবা মীনা মফম অদু চোন্না তিল্লম্মী। মী অয়াম্বনা বীরবলগী মায়থোংদা অকিবগী মওং উদবা হরাওবগী মওং উবদা থোইদোক্লা ঙক্লম্মী। থোইদোক্লা বর্মাগী নিংথৌ অমসুং মন্ত্রিশিংনা অঙকপা পোক্লম্মী।

মখোয়বু কনবিয়ু হায়বগী মহুত্তা বীরবলনা বর্মাগী নিংথৌদা হায়রম্মী, "ইয়োর মেজেসটি, নিংথৌরেলগী চিঠি নঙোন্দা শিন্নবদু ঐহাক্নি। চানবিদুনা ঐবু হান্না হাৎপিয়ু।"

তাঞ্জা অদুদা হুসেন খান্না হায়রম্মী, ইয়োর মেজেসটি, ঐহাক নিংথৌরেলগী মশেন নুপানি। ঐনা হায়জরি, ঐবু হান্না হাৎপিয়ু। "

মতৌ অসুম্না বীরবল অমসুং হুসেন খান মখোয় অনিনা বর্মাগী নিংথৌদা ঐবু হান্না হাৎপিয়ু, ঐবু হান্না হাৎপিয়ু হায়দুনা হন্না হন্না হায়রম্মী। মমৈথংদদি মখোয় অনি হানবা তান্নবদা ইন্নরক্লম্মী অমসুং ফুনরম্মী।

মখোয় অনিগী মতৌ অদুদা নিংথৌ, মন্ত্রিশিং অমদি তিল্লিবা মীয়াম পুম্নমক ইঙক ঙক্করম্মী। নিংথৌগী য়াম্না থাজবা মন্ত্রি অদুদি মদুদা করিগুম্বা অমা শোয়দনা লৈরে হায়না খন্দুনা বীরবললোমদা ওনশিল্লগা হঙলম্মী, "নিপা, নহাক্না অসুক য়াম্না খৌরাংনা শিনিংলিবগী মরম হায়রবদি, ঐখোয়না নহাকপু হান্না হাৎকনি।"

বীরবলনা মমিং চপ য়ুংনা মাইকৈ অমরোমদা য়েংথোক্লগা বর্মাগী মন্ত্রিদা হঙলম্মী, "নহাক্না হায়রিবদু ব্রাশকপা ঙমগদ্রা ?" বর্মাগী মন্ত্রিনা খুল্লম্মী, "হোয়, ঐ ব্রাশকপা ঙমগনি।"

বীরবলনা বর্মাগী মন্ত্রি অমসুং নিংথৌদা হায়রম্মী, "ইনিংথৌ ইবুংঙো, হিন্দুস্থানগী নিংথৌরেলনা ইবুংঙোখোয়গী বর্মদেশ অসি লৌশিন্নিংবগী ব্রাখল কুইরবনি। লান্দাদুনা লৌশিনবসু পামদবগুম তৌবা, হঙ্গোইবগুম তৌদুনা অসুম লৈরকপনি। হন্দক কাশীদগী মমিং চৎপা পাঞ্জি অমা নিংথৌরেলগী দরবারদা লাকখিরম্মী। মদুদা নিংথৌরেলদা মহাক্কী অনিংবদু হায়দুনা ব্রারি শান্নখি। মতম অদুদা পাঞ্জিনা নিংথৌরেলদা হঙ্গথখি, "নিংথৌরেল, নহাক্কী মনাই অচানবা অনিদং বর্মদেশতা থারগা মখোয়গী নিংথৌবু হাৎহল্লু।" মসি হায়রদুনা বীরবলনা মখা অমুক তারক্লম্মী, "ঙসিগী নুমিৎ অসিদা অহানবা শিখিবা নুপা অদু য়াম্না থুনা পোক্লক্কনি অদুগা মহাক্না লৈবাক অসিগী নিংথৌ শোয়দনা ওইরগনি। মথংদা শিবা নিপা অদুসু থুনা পোক্লক্লগা মন্ত্রি ওইরগনি। মতম অদুদা বর্মদেশকী লৈবাক অসি ইরাই লাইনা নিংথৌরেলগী সম্রাজ্যদা তিনশিনবা য়াগনি। ব্রাফম অসি লৈবদগী নিংথৌরেনা ঐখোয় অনিবু মফম অসিদা থারক্লিবনি।"

বর্মাগী নিংথৌ খঙপ্রেক খংই। থুনমক মহাক্কী মন্ত্রিশিংগা ব্রা তান্নরম্মী। মহাক্না হায়রম্মী, "লৈবাক অসিগী নিংথৌ ঐগী ইচা নত্তনা অতোপ্পা ঈগী মী অমনা ওইহনবা ঐ তশেংনা পামদে।"

মহাক্না খল্লম্মী, মরাল লৈতবা মী হাৎলগা দোষ লংশিনহন্নবগীদমক শিল্লকইবনি। ঐ দোষ লংশিনবা পামদে। বর্মদেশ অসি হিন্দুস্থানগী মখা পোনবসু নত্তে, মখা পোনবসু পামদে। ঐসু মাদৌনা নিংতম্বা লৈবাক্কী

নিংথৌনি। ফত্তবা রাখল লৈবদগী মহাক্না তৌবা য়াবা থবক অসি ঐশুোন্দা থংজিল্লকইবনি।

বর্মাগী নিংথৌনা মখোয় অনিদা হায়রম্মী, "পুক্চেল শেংবা নখোয় অনিবু হাৎলরোই। নখোয় চৎখ্রো অদুগা নখোয়গী নিংথৌদা তমুচো, বর্মগী নিংথৌসু নিংতম্বা, শান্তি লৈনা লৈবা পাম্মী।"

বর্মাগী নিংথৌনা মহাক্কী মন্ত্রিগা তান্নরম্মী, "নিপা অনি অসিনা তৌখিবা মরাল অদু শেংনা তাক্রক্তবনিনা ঐখোয়না মখোয়বু হাৎপা ঙমদে।"

নিংথৌগী ব্বারোল অদু লাউথোকলকপা তারবা মতুংদা বীরবলনা হায়জরম্মী, "ইয়োর মোজেসটি মন্ত্রিনা ব্বাশকখিবদু হন্দোকপা হায়বা অসি য়াম্না ফজদবা অমা ওইগনি।"

বর্মাগী নিংথৌনা গার্ডশিংদা হায়রম্মী, "ঐখোয়না মখোয় অনি অসি য়াম্না চেকশিন্না শেন্নগদবনি মদুদি মখোয় মশেল হাৎনদনবা অদুগা মশা মথন্তা শিদনবা।"

বীরবলনা আশা তৌরম্বগী তৌরকইবদুগা চপ মান্নদা থোক্রম্মী। মখোয় অনি হিন্দুস্তানগী লমথৈ ফাওবা বর্মগী লাম্মী ময়াম্না থিন্দোরক্রম্মী। মখোয় তেক্ত কাইদনা অকবরগী কোনুং য়ৌরক্রম্মী।

বীরবল অমসুং হুসেন খান অকবরগী কোনুং য়ৌরক্রবা মতুংদা নিংথৌরেলনা হৌনবি ব্যাবহার উৎলম্মী। নিথৌরেল মখোয় অনিদা হঙলম্মী, "নখোয়, বর্ম, চৎলুবগী খোঙচৎ অদু নুংঙাইরকপ্রা ?

বীরবলনা খুল্লম্মী, "হোয় জহানপনাহ! ঐখোয় য়াম্না নুংঙাইরকই। ঐখোয়বু য়াম্না ইকাইখুম্নবগা লোয়ননা তোবি অদুগা য়াম্না ঙাক শেনবগা লোয়ননা থিনবিরকই।

মমৈথংদা, হুসেন খান্না বর্মদা থোকখিবা থৌদোক অমসুং বীরবলনা মতৌ করম্না ঐখোয় অনিবু কন্ননবা পাম্বৈ পুথোরকপা মওং অমসুং মহাক্না বর্মাগী নিংথৌ অমসুং মন্ত্রিদা খুম্বা পাউখুম পুন্নমক অমত্তা চিখ্বদনা অকবর নিংথৌরেলদা তল্লম্মী।

ব্বারম পন্নমক্তু তারবা মতুংদা নিংথৌরেল অকবরনা হুসেন খান্দা হঙলম্মী, "নহাক ঐগী দরবারদা মন্ত্রি ওইবা পাম্নিবরা, হুসেন খান ?"

হুসেন খান্না য়াম্না নোল্লুক্লা অকবরদা খুম্লম্মী, "ঙমজরোই, জহাপনাহ,মদুগী মন্ত্রি মফম অসিদি বীরবলদনা তৌগদবনি। অতে কনা অমত্তনা মাগী মহুৎ শিনবা ঙম্মোই। মাদৌনা লৌশিং লৈবা ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা লৈত্রি। মাগী লৌশিং অসিদি মাগা পাননবা, চাংদম্ননবা পৃথিবীদা লৈতে।"

মসিগী মতুংদগীদি হুসেন খানবু বীরবলগী মহুত্তা মন্ত্রি ওইহনসি হায়বা ৱা অমুক হন্না হায়খিদ্রে।

"চানিংলবদি লেক্কুনা তোকই হায়নবা লৈ।"

## ফত্তবা কাজী

অকবরগী মতমদা কাজী হায়বা ফম অমা থিন্দোক্লম্মী। মহাক বিচারপতী অমনি। তৌবতবু মহাক খুঙ্গঙ শিংগী ৱায়েল বিচার তৌবা মী ওইরম্মী। মীশিংনা মহাকপু য়াম্না ইকাই খুম্নরম্মী। মরমদি কাজী হায়বা ফম অসি নিংথৌরেলনা লমদম লমদম অদুগী খৎন চৈবগী থৌদোক কয়া কোনুং য়ৌরক্তনা বিচার তৌনবা হাপ্পা ফমনি। অদুবু দিল্লীগী কাজীদি মপুক শেংদবা পুকচেল ফত্তবা ওইরম্মী।

নোংমদি লাইররবী হনুবী নুপী অমা মহাক্কী মনাক্তা লাক্লম্মী। নুপী অদুনা মঙোন্দা হায়রম্মী, "সার, চানবিদুনা খাও অসিমতং ইবুংঙোগী নাক্তা থম্বীয়ু। ননাই ঐহাক লংফৈদা লাই খুরুম্বা চৎচরুগে। ঐহাক্লা হল্লক্ত্রি ফাওবা থম্বিরম্মু। খাও অসিদা সনাগী শেল লিশিং অমা য়াওবনি।"

কাজী অদুনা নুপী অদুদা হায়রম্মী, "নহাক্কী খাও অদু তাইশিল্লবরা? য়াম্না চেকশিন্না তাইশিল্লম্মু।"

মদুদা হনুবী লাইররবি অদুনা নোল্লুক্লা খুম্লম্মী, তাইশিনজরে, মহাশয়।"

কাজীনা খাও অদু নুপী অদুদগী লৌরগা মুন্না য়েংলম্মী। মহাক্লা নুপীদুদা হায়রম্মী, "নহাক য়ারিবমখৈ হেক হল্লকপগা নহাক্কী খাও অসি লৌরোলাও। নশাসু অহল ওইশিল্লকপনে, শোনজিল্লকপনা কুইনা লংফৈদা

লৈরবদি ৱাগনি। নহাক করম্বা মতমদা হল্লকদগে হায়বসু হায়রম্মু।"

নুপী অদুনা হায়রম্মী, " ঐহাক মক্কাদা লাই কুরুম্বা চৎকদৌরিবনি। ঐনা চৎকদৌরিবা লম্বেল অসি য়াম্না শাংই। মসিনা ঐঙোন্দা হল্লকপদা চহি অমা নৎত্রগা অনি চঙবা য়াই।"

কাজী অদুনা হায়রম্মী, "ঐ শেলনা থবক অমা ফাওবা তৌবা পামদে। অদুগা নহাকপুসু নীংবা কায়না চৎহলখিবা পামদে। মরম অসিনা খাও অদু থনম্মো অদুগা নুংঙাইনা শান্তি ওইনা চৎলুরো।"

মতৌ অসুন্না হনুবী অদু মক্কাদা লাই খুরুম্বা চৎখিরম্মী। য়াম্না কুইনা মফম খুদিংদা লাইফম শুনবা মহাক্না চৎলমই। অসুম তৌদুনা চহি অহুম্লোম হৌখিরম্মী। চহি অহুমগী মতুংদা হনুবী অদু কাজী অদুগী মনাক্তা হল্লক্লম্মী।

হনুবী অদুনা কাজীদা হায়রম্মী, "মহাশয়, ঐহাক্কী খাও নহাক্কী চেকশিন থৌরাং মখাদা থম্বীবগীদমক ঐ হন্না হন্না থাগৎপা ফোংদোকচরি। হৌজিক ঐহাক হল্লক্লবনিনা খাও অদু পীবিরো।"

কাজী অদু মনুংদা লৌথোকপা চংখিরম্মী অদুগা খাও অদু পুথোরক্লম্মী। মহাক্না নুপী অদুদা হায়রম্মী, "নঙগী খাও অদু মফম অসিদা লৈরে।"

কাজীনা মখা তানা হায়রম্মী, " নহাক্না খাও অদু পুদ্রিঙৈগী মমাংদা তাইশিল্লিবদু কায়বরা কায়দবরা মুন্না য়েংখো।"

নুপী অদুনা কাজীদা খুল্লম্মী, "মসিদা করি অমতা কায়দ্রে, নহাকপু থাগৎচরি, মহাশয়।" অসি হায়রবগী তুংদা হনুবী নুপী অদু ময়ুমদা হনখিরম্মী।

ময়ুম য়ৌরগা নুপী অদুনা মাগী খাও অদু হাংদোক্লুনা লৈমাইদা হৈদোক্লুনা য়েংবা মতমদা উরে —

"হে ঈশ্বর! মখোয়শিং অসিদি পাক্লগা কোইরক কোইবা নুঙ ঙহাক্তনিনা! ঐগী সনাগী শেলশিং অদুদি কদায়দা চৎখ্রে?"

নুপী অদুনা লাউ খোংনা কপ্লদুনা কাজীদা ৱাকৎলম্মী। মহাক্না কাজীদা সনাশিংদু লৌথোক্লগা কোইরক কোইবা নুংনা শিলজিল্লম্লে হায়দুনা

হায়বা য়াবা ৱামখৈ হায়রম্মী।

হনুবী নুপী অদুনা হায়রকপা অদুদা কাজী অদুনা হায়রম্মী, "বিবি, নহাক্কী খাওদা করি য়াওবগে হায়বদু ঐহাক খঙদে। ঐনা খঙবা হায়ববু নহাক্না তাইশিল্লবা খাও অমা পীরম্মী, অদুগুম্বা খাও অদু নঙনা লৌখ্রে।"

মদুগী মরমদা কাজী অমসুং হনুবী নুপী অদুগা কন্না চীন্দা পাওদানরম্মী। অদুবু হনুবী নুপী অদু করিসু উপাই লৈরমদে।

মমৈথংদা অহল ওইরবী নুপী অদুনা অচুম্বা বিচার তৌবিনবগীদমক্তা নিংথৌরেল অকবরদা ৱাকৎলম্মী। মহাক্না নিংথৌরেলদা হায়রম্মী, "জহাপনাহ! ঐনা তানজবা শেল মখৈ খাও অদুদা হাপখি। কাজী অদুনা ঐঙোন্দা মীনম্বীরে।"

নিংথৌরেল অকবরনা কাজী অদু কোর্টতা কৌখৎলে। মহাক্না নুপী অদুনা ৱাকৎলিবদুগী মরম হঙলম্মী। অদুবু কাজী অদুনা মানা হায়রিবা অদুদা অদুম চপ লেপ্পুনা লৈরম্মী। কাজী অদুনা নিংথৌরেলদা হায়রম্মী, "জহানপনাহ! নুপী অদুনা তাইশিল্লবা খাও অমা ঐঙোন্দা পীরম্মী। মহাক্না খাও অদু লৌখিবা মতমদা করিমতা অশোয়বা, শেগায়বনচিংবা য়াওদনা মাগী হান্নগী অদু অদুম লৌখি। খাও অদুদা করি য়াওবগে হায়বদু ননাই ঐহাক অমতা খঙজদে।"

নিংথৌরেলনা মখোয় অনি চৎহনখরে। অদুগী মতুংদা বীরবল অমসুং নিংথৌরেল মখোয় অনিদা ঙাইহৌরে। ৱাকৎ অদুগী মতাংদা মখোয় অনি খন্নরম্মী।

বীরবলনা নিংথৌরেলদা হায়রম্মী, "জহানপনাহ, কাজী অদুনা খাও অদু শেগায়রগা লৌথোক্লম্বা য়াই। মহাক্না মদু অমুক শেগায়বা ফোৎপা হৈবা মী অমদা ফোৎহনবনি।"

মথংগী অয়ুক্তা বীরবলনা হায়বগুমদনা অকবরনা মাগী মোমপাক ফীদক্কী মতাই অমদা শোগায়রম্মী। মহাক্না খঙশিন্নদনা নোংমগী তৌফম থোকপা হৌগৎলগা অদুম চৎখিরম্মী।

নিংথৌরেলগী ইমুং মনুং শেন্নবনা ফীরোল লোয়শিনবা মতমদা মোমপাক ফীদক অদু শেগায়রম্মবা উবদা নিংথৌরেলবু কীজবনা মিনাই অদুনা সহর অদুগী খ্বাইদগী ফুরিৎ, ফীরোল তাইশিনবা হৈবা নুপা অমদা

তাইহল্লম্মী। নিপা অদু অত্তকী মতীক হৈরম্মী মদুদি শেগায়রিবা মফম অদু তাইরবা মতুংদা করি অমত্তা শেগায়দবা, অহনবগা চপ মান্নহনবা ঙম্নম্মী।

নুমিদাংদা, নিংথৌরেলনা তুমফম কাদা চংবা মতমদা মহাক্লা উরে।

" মোমপাক ফীদক অসি ওথোক্লা ফজনা, করি অমত্তা খঙদনা ফোৎলম্মেদা। ঐনা মসিবু শেগায়রম্মী হায়বসি থাজবা ঙমদে। কনানা মসিবু তাইশিল্লিবনো ?" নিংথৌরেলনা মীনাই অদুদা হঙলম্মী।

মীনাই নিপা অদুনা নিথৌরেলদা শন্দোক্লা হায়রম্মী, "জহানপনাহ, দন্দি ফংগনি কীবদগী ননাই ঐনা সহর অসিদা লৈরিবা ফী তুবা, ফোৎপা হৈবা নিপা অমদা তাইশিনহল্লুবনি।"

মদু তাগদবগী ঙাইদুনা লৈরম্বা অকবরনা খুদক্তা হায়রম্মী, " হয়েং অয়ুক নুপা অদু কোর্টা পুরক্তবা য়াদে, পুরকউ।"

মীনাই অদু কিবনা তৌফম খঙদদুনা নুমিদাং অদুমা লেল্লম্মী। নোং হেক ঙানবগা মহাক্লা সহরদা চৎলগা নুপা অদুবু নিংথৌরেলনা নহাকপু কৌরি, হৌজিকমক লাক্তবা য়াদে হায়বদগী মাগা লোয়ননা লাকমিন্নরম্মী।

মথংগী নুমিত্তা ফী তুবা নুপা অদুনা কোর্টতা চঙলকপা মতমদা, নিংথৌরেল অকবরনা হঙলম্মী, " ঐঙোন্দা চুম্না হায়য়ু, ইকুই কুইদ্রিঙৈগী মতম অসিদা নঙবু অতোপ্পা কনা কনানা নেক্লমবগে ?"

ফী তুবা নিপা অদুনা খুল্লম্মী, "কাজী সাহাব, জহানপনাহ ! ঐনা নুং য়াওবা খাও অমা ফোৎলম্মী।"

নিংথৌরেল পঙ্থবা তৌদনা কাজীবু কোর্ট কারক্লবা য়াথং পীরম্মী। মদুদগী কাজীনা কার্টতা চংলক্লগা নিংথৌরেলদা ভক্তি কৎলম্মী। মহাক ফী ফোৎপা নিপা অদু হেক উরক্লম্মী। নুপা অদুবু হেক উরুবদা কাজী কিবনা থক থক নীক্লম্মী। মহাক্লা নিংথৌরেলদা মশাগী মরাল অদু য়াজর্রম্মী। মহাক্লা নিংথৌরেলদা হায়জরম্মী, "জহানপনাহ, ননাই ঐহাক লালজরে। ননাই ঐহাক্লা নুপী অসিগী সনাগী শেলশিং অদু লৌরুবনি।"

নিংথৌরেলনা খুদক্তা য়াথং তৌরম্মী, "নহাক্লা পায়রিবা কাজী ফমদগী খুদক্তা লৌথোক্লে।"

নিংথৌরেলনা কাজী ওইরম্বা নুপা অদুদা হায়রম্মী, "অহল ওইরবী নুপী অসিগী শেলশিংঅদু পীথোকখ্রবা মতুংদা, নহাক্কী হেক লেমহৌবা লন থুম পুম্নমক কোনুংগী পুকৈদা থমজিনগদবনি।"

নিংথৌরেলগী অদুগুম্বা বিচার অমসুং য়াথং অদু তাবদা অহল ওইরবী নুপী অদুনা নোম্লুক্লা হায়জরম্মী, "জহানপনাহ ! নহাক অসি অচুম্বা চৎপা অমসুং থৌজাল হৈবা নিংথৌরেলনি।"

মতৌ অসুম্না মপুক ফত্রবা কাজী নুপা অদু মফমদগী লৌথোকখি।

"মীগী মপোৎ মরল অহেনবা পামলুগনু অৱাবা তাবনি।"

## পরসিয়াগী শাহ

বীরবল খ্বাইদগী হেন্না শিংবা, কোর্টতা লৈবা মন্ত্রিশিংদগী খ্বাইদগী হেন্না লৌশিং লৈবগীদমক মমিং চৎলম্মী। মহাক্কী মমিং অসি য়াম্না লাপখ্রবা পরসিয়া দেশ ফাওবা তারম্মী।

পরসিয়াগী নিংথৌরেলনা বীরবলগী লৌশিং অসি কয়া য়াম্না শিংবগে অমসুং করম্বা মীওইনো হায়বা খংনিংলম্মী। মহাক্লা মসি খঙনিংবদগী মহাক্লা খল্লম্মী, "ঐগী কোর্টতা বীরবলবু শোয়দনা লাক্লবা বার্ত্তন তৌগনি অদুগা তশেংনমক মহাক্কী মিংচৎ চৎলিবা, পৃথিবীদা খ্বাইদগী শিংবনি হায়রিবা অসি চুম্লবরা হায়দুনা য়েংগনি।"

অসি খনবদগী পরসিয়াগী শাহনা অকবর নিংথৌরেলদা বীরবলবু পরসিয়াল লৈবাক্তা অমুক্তা থাবিরক্লবা বার্ত্তন তৌরম্মী। অকবর নিংথৌরেলনা হায়বদগী বীরবল মন্ত্রিসু পরসিয়া চৎনবা থৌরাং তৌরম্মী।

থা খরগী মতুংদা বীরবল পরসিয়াগী কোনুংদা লাক্লম্মী। মহাক্কী পরসিয়া য়ৌরকপগী পাউ অসি লৈবাক শিনবা থুঙনা শন্দোক্লম্মী। পরসিয়াগী সাহনসু বীরবল কয়ামুক লৌশিং লৈবগে হায়বদু য়েংননবা মাগী মন্ত্রি পুম্নমক্তা খঙহল্লম্মী। মদুগীদমক শাহ মশামক্কা চপ মান্নবা নিপা অহুমগা শাহ মশামক্কা মখোয় মরি চপ মান্নবা নিংথৌগী ফিজোল অমসুং লুহুপ, খদাং

কোই শাংবা মান্নবা, খুদিংমক শাহ মশামক্কা চপ মান্ননবা শেং চারম্মী। মখোয় ফমফম লাংদা চপ মান্ননা ফল্লম্মী অদুগা বীরবল চঙলকপা ঙাইদুনা লৈরম্মী।

পরসিয়াগী মন্ত্রি অমনা বীরবলবু তরাম্না ওক্রম্মী অদুগা হঙগৎলম্মী, "লেংবিরকউ, হুজুর। নহাক ঐখোয়গী পরসিয়াগী শাহদা ইকাই খুম্নবা উৎপিয়ু। মহাক নহাকপু উননিংবনা ৱানা খাঙদুনা লৈরবনি। চানবিদুনা মহাক্কী মনাক য়ৌনবা ঐহাকপু লমজিংবিহল্লু।"

অসি হায়দুনা বীরবল অমসুং পরসিয়াগী মন্ত্রি তুংথা মাংথা চংলক্তুনা কোর্ট মনুং য়ৌরক্লম্মী। বীরবলনা শাহগী দরবার মনুংদা চংলকপা মতমদা মাগী মমিৎতা অঙকপা দৃশ্য অমা উরম্মী। বীরবল ঙক্তুনা ঙহাক চঙকননা লেপতুনা লৈবম্মী।

মতম অদুদা বীরবল করি তৌরমগদগে? মহাক হান্না শাহগী শক্তম অমুক্তা উখিদ্রি। অদুগা মীশিং অসিদি চপ মান্নবা ফিজোল শেৎলগা থোইদোক হেন্দোকপা সিংহাসন্দা চপ মান্ননা ফল্লম্মী।

বীরবলনা য়াম্না চেকশিন্না য়েংলম্মী অদুগা খল্লম্মী,"মখোয়গী মনুংদা করম্বনা শাহ ওইরিগবা?"

মীকুপ খর, বীরবল তুমিন্না লেপ্তুনা লৈরম্মী। অদুগা মাগী মিৎয়েং অদু সিংহসন্দা ফল্লিবশিং অদুদা য়াম্না চেকশিন্না য়েংলম্মী।

বীরবলনা ইকান কান্নদনা, হরাও তয়াম্বগী মায়থোংদা করি অমত্তা চিংনদনা হায়রম্মী, "নহাক শাহনি! ঐখোয়গী নিংথৌরেলনা পরসিয়াগী শাহদা ইকায় খুম্নবা উৎলকই। মহাক্না খুদোলপোৎশিংগা লোয়ননা ঐহাকপু থারক্লিবনি। মখোয়শিং অদুদি শাহগী লন থুমগী পুকৈদা থমজরম্মে।"

পরসিয়াগী শাহ অদু য়াম্না ঙকপা পোক্লম্মী। মহাক্না হায়রম্মী, "বীরবল, মতৌকরম্না নহাক্না ঐবু খঙই। নহাক্তি হান্না অমুক্তা ঐবু উবা লৈখিদ্রি!"

মদুদা বীরবলনা খুল্লম্মী, "মসি য়াম্না লায়না খঙই, ইয়োর মেজেসটি। ঐনা চমম্বনা লৈরিবঁগী তানজাদা অতোপ্পশিংদুনা নঙোন্দা নহাক্না করি তৌরকপগে হায়বদু য়েংনবা নঙোক্লোমদা য়েংদুনা লৈরম্মী।

বীরবলগী য়াম্না হৈশিংবা মিৎয়েংনা ফাবা অদুদা পরসিয়াগী শাহ ঙকপনা থেংলম্মী। মহাক্না বীরবলদা হায়রম্মী, "নহাক অসি তয়েংনমক, ঐহাক্না থেংনখিবশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী শিংবা মীনি।"

শাহ্না মখা অমুক হায়রক্লম্মী, "বীরবল, নহাক অসি মতুংদদি 'লৌশিংগী মহাসমুদ্র'হায়না খঙনরগনি।"

য়াম্না হরাওনা বীরবলবু শাহ্গী কোনুংদা মতম খরা লৈহল্লম্মী। হিন্দুষ্টানগীদমক পরসিয়া থাদোকত্রিঙৈগী মমাংদা শহানা বীরবলদা হেক পুবা ঙমগদবা মমল য়াম্লবা পোৎ খুদিংমক পীরম্মী।

"পুকচেল শেংবগা লোয়ননা অশিংবা মীদি মফম মতম পুম্নমক্তা ইকাই খুম্নে।"

## লাইরেম্বী

অকবর মহৌশানা মথন্নতা নৎত্রেগা লোয়নবা খরগা কোয়থোকপা পাম্বা মীনি। মহাক থোইদোক্লা তুরেলদা কুম্লগা ঙা ফাবসু পাম্লম্মী। মরম অদুনা মহাক্না লোয়নবা খরগা তুরেলগী মফম অমদা ৱাইখু তানবা চৎলম্মী।

মখোয়না অৱাং পাংনো অসুম চৎলকপনা ঈশিং ঈহল লৈবা মফম অমা থেংনরম্মী ! মফম অদু তুরেলগী থেকচিনবগী কোনা ওইনসু তৌরম্মী। লৈরাই অদুসু নিংখায়বদগী চপ য়ুংনা লৈরম্মী। হায়রিবা মফম অদুদি ঈশিং কংবা মতম ওইবনা তোর্ব্বান অদুগী ঈশিং ময়া অদু থেল ওইরপ তৌরম্মী। ঈশিংনগা ঈহল লৈনা চেঙ্খিবনে, তুরেলদুনগা কোনা ওইবনে মফম অদু থোইদোক্লা চীক্লম্মী। মফম অদু মী অমত্তা অনিদকাদি হঙ্গোইবা পোক্নদবা মফমনি।

মফম অদুগী থোইদোকপা অঙকপা ৱাফম অমা লৈরম্মী। ঈহল লৈরকপগী লৈরাইরোম লৈশিল্লকপা অদুগী ময়াই ওইরপ্না চাউরবা ৱাইখু অমগী মকোন লৈরম্মী। ৱাইখু অদু থোইদোক্লা চাউরম্মী মদুদি কনাগুম্বনা ৱাইখু অদু থেংনরুরবদি মখোয়গী মখুৎ অনি অদুনা পায়রুবা শোক্লুবা ঙম্লোই। ৱাইখু অদুগী অচৌবা মখোঙদুনা চপলবদি মী অদু শোয়দনা ৱাঙ্গনি। কনা অমত্তনা মফম অদু চংবা ঙম্মরমদে। মসিগী ৱাফম অসি অকবরদি তারম্মী।

মখোয় মফম অদুদা ঙা অমদি ৱাইখুনচিংবা ফানবা শেম শারম্মী। অকবরনা হায়রম্মী, "বীরবল, নহাক অৱাংলোম থংবা মায়কৈদগী ফানবা তৌরকউ, ঐখোয়না মখারোমদগী ফানবা তৌরগে।"

অকবরনা হায়রিবা মায়গৈ অদুদি ৱাইখু অচৌবদুনা লৈরিবনি। বীরবলদি ৱাইখুগী ৱাফম অদু তারমদে। মহাক্না অসুম্না হুম হুমদুনা মথং মথং লাকপনা অচৌবা মখুল অমা থেংনরম্মী। মহাক্না খল্লম্মী, "মখুল অসিদা শোয়দনা ৱাইখু অমদি লৈরম্লগনি, ময়ামদগী মানা ফাবা হাল্লগনি।"

অসুম খল্লদুনা বীরবল মখুৎ অদু অসুম অসুম অহোবদুদা থিঙজিল্লম্মী। মমৈথংদা লাম্বা ফংবোই ফংদবোই তৌবা মতাং অদুৱাইদা ৱাইখুদুগী মশা অদু থেংনরম্মী। মহাক্না ৱাইখু অমা লৈরে খল্লদুনা ঙম্বমখৈ থীংজিল্লগা ফানবা হোৎনরম্মী।

মীগী মনম ফংবদা ৱাইখু অদুনা য়াম্না শাওনিংলদুনা মখোঙ অচৌবদুনা বীরবলগী মখুৎ লামশিল্লক্লিবা অদু তাপ লাউনা চপ্লম্মী। বীরবলদি ৱাইখুনা চপ্পবু কয়া য়াম্না নাগদগে খল্লুবদগী মখুৎ অদু ঙম্বমখৈ থীংজিল্লগা ফানবা হোৎনরম্মী। ৱাইখু অচৌবদুনা অসুম অসুম চপশিল্ল কপদুদা বীরবল নাবনা খাঙবা ঙল্লমদে। মমৈথংদা ৱাহুবদৌনা স্তান মাঙলক্লম্মী। ৱাখলদদি মাগী চৈনা অদু অতোপ্পা মন্ত্রিশিং অমসুং অকবরনা খঙখিদনবা ৱানা খাঙলম্মী। অকবরদি বীরবলগী মতৌ অদু লোননা য়েংদুনা খঙলম্মী অদুগা কনাদসু হায়দোক্লমদে।

নোংমা দরবারদা মখল মখা অয়াম্বা বা খন্নরুবগী মতুংদা অকবরনা বীরবলদা লক্লনিংদুনা হায়রম্মী, "বীরবল, নহাক্লগী তুরেলগী থৌদোক অদু য়াম্না নুংঙাইকো।" মন্ত্রি অতৈদি খঙদবনিনা অকবরলোমদা য়েংদুনা লৈরম্মী। ৱাহৈ অদু তাবদা মমায় ঙাংলপ তৌনা বীরবলনা খল্লম্মী, "অমুক্তং মাগীসু তাঙ্গা লাকখিগনি"।

অকবর নিংথৌরেল মাগী শগোল অঙৌবা অমা তোংলগা হেক হেক কোইথোক্লম্মী। নোংমদি মহাক মতোম্বা শগোল তোংলগা অসুম কোয়থোক্লম্মী। নুমিৎ অদু অতিয়াসু তশেং তশেং তৌবনা বাদশাহনা লেংথোকপদা নুঙাইবা, অপেনবা পোক্লম্মী। মহাক্না প্রকৃতিগী ফজবা উ ৱাগী নিংথিজবা, হৈনম লৈনফগী মনমদা অপেনবা পোক্লম্মী। অসুম য়েংনা য়েংনা চংখিবনা বন অদুগী ময়াই য়ৌশিল্লক্লম্মী। মফম অদুদা ফজরবা

নাপিনা লোইরোই লোইরোই শন্দোকখিবা লৈতেম মান্নবা লমহাং অমা লৈরম্মী। নাকল অমদা খর কুখবা মফম, গুহাগুম্বা অমদা ঈশিংসু য়াম্না লূনা লৈরম্মী। য়েংবদা মফম অদু পুক্লিং হুনবগী মশক ওইরমদুনা অকবর শগোলদগী কুমথরগা পোখারম্মী।

মহাক অসুম পোখারম্বদগী হকচাং নুংঙাইরকত্রদুনা মাংনিংবা পোক্রম্মী। মহাক্না মফম অদু য়াম্না কুপ্না য়েংলগা লাই তিম্নচিংবা খুরুম্লগা মচি অমদা মাংলম্মী। মাংবা হেক লোইবগা ফিরোল লৈতেংলিঙৈ তাঙ্গা অদুদা মফম খঙদবা মখোল অমা তারক্লম্মী।

"তাও, নমু তাইবঙ মীওইবা! মফম অসি বন অসিগী লাইরেম্বী ঐগী খোঙদাফমনি। তাইবঙ মীওইবগী হৌনশা অচাওরম কাদুনা মফম মরাং খঙদনা করিগী মফম অসিদা লাক্লিবনো? অচিকপা পাম্বা ঐহাক্কী মফম নহাক্না করিগী থুগাইরিবনো?" লাইরেম্বীনা হায়রম্মী।

"নশাগী অশোনবা উখোক্লবা মফম অসিদা লাক্লিবরা? তাইবঙ মীওইবা নখোয়দি কাওজিল থিনা কাওবনি, খঙজহৌ।" লাইরেম্বীনা মখা তারক্লম্মী।

বনগী লাইরেম্বীগী খোঞ্জেল অদু তাবদা অকবর নিংথৌরেল পুক্লিংদা তুজুংবা অঙকপা পোক্রম্মী। মহাক্কী মরাল লৈরম্নবসু ঙাকপীনবা হায়জরম্মী। লাইরেম্বীগী মওং মতৌ অদু উরুবদা অমুক্কা হেন্না ঙক্রম্মী।

"নহাক্কী হকচাংদগী থম্নম্লিবা পোৎশক অদু মফম অসিদগী লাপ্না নখুৎমক্লা পুথোকখো। নহাক্কী নরাল মতম অমদা খঙলককনি," লাইরেম্বীনা হায়রক্লম্মী।

অকবর নিংথৌরেল অকীবা তুজুংবা পোক্লদুনা মশাগী অমাংবা অদু মখুৎমক্লা শেংদোক্তুনা লাপ্না হুন্দোকখিরম্মী। মহাক্না খঞ্জে, "বনগী লাইরেম্বীনা ঐহাকপু ঙাকপীসনু।"

বনগী লাইরেম্বী, অকবর নিংথৌরেলনা মফম অদুদগী হেক চৎখিবগা মাঙখিরম্মী।

অকবর ৱাখল ফুংবঙননা হুম্লক্রম্মী। মহাক ৱাখলনা নাবগুম্লম্মী। ৱাখলগী লাইন্ননা মতম খর মহাক দরবার কাবা ঙম্লমদে। মহাক্কী ৱাখন্দা লাইরেম্বীনা হায়বদুদা নিংশিংলম্মী। ৱাখল ফাথনবা হোৎনব পুম্বা অরেম্বা ওইরম্মী।

নিংথৌরেলন দরবার মকারক্তু বদা থবক অমত্তা চখবা য়ারমদে। নোংমগী কাংদনা নিংথৌরেলগী অনাবা হঙবা চৎলম্মী। বীরবলদদি মখোয়গী মরক্তা য়াওরমদে। মহাক্তি অকবরগী মনাক্তা শুকচৎ চৎলমদে। দরবার হেক লোয়বগা ময়ুমদা হেক্তা হনখিরম্মী।

অকবরদি বীরবলবু খৌরাংনা ঙাইরম্মী। মহাক শুক্লাক লাক্তুবদুদা মী থাদুনা বীরবলবু কৌহল্লম্মী। পাউ চৎলিবা নিপা অদুনা হায়রম্মী, "হজুর, ঐখোয়গী নিংথৌরেল নহাক য়াওদবা পুন্সি হিংবদা ৱানা থোক্রে। হুজুরবু ঙসিমক লাক্তবা য়াদে তাকপীরকই।"

বীরবল থৌশারুবা তৌদে। মহাক্না হায়রম্মী, "নহাক চৎলো, নিংথৌরেলদা তম্মুরো, ঐহাক লাকলগে, মতম খরা ঙাইবিরম্মু।"

অকবর অমুক্কা হেন্না বীরবলবু খৌরাংলম্মী। অতোপ্পা মন্ত্রিশিং লাকপদু থোইনা খোইজংলুদে। মপুক্লিংদা বীরবলবু লাক্তবগীদমক ৱারৌবগুম তৌরম্মী। লাক্তবগী মরমসু মওল মওল খল্লম্মী।

বীরবলনা মনাক্তা হেক য়ৌরকপদা অকবর নিংথৌরেল ৱারৌরম্বা পুন্নমক পুমকাউ কাউরম্মী, হরাওবদুম ফোংদোক্লম্মী। মহাক্না হায়রম্মী, "বীরবল, দরবারদা ঐহাক লাক্তবদু নহাক্তি নুংঙাইরমগনি। ঐহাকসু নহাক উদবসি য়াম্না নুংঙাই।"

"বাদশাহ! নহাক্না তৌবগুম ঐহাকসু খল্লম্মিবনি," বীরবলনা খুল্লম্মী। মসি হায়নরগা মখোয় অনি নোকমিন্নরম্মী।

নিংথৌরেল অকবরনা মহাক্কী নারিবগী মরম বন্দা চৎলুবদগী থোক্লিবা থৌদোক, লাইরেম্বীগী ৱারম পুন্নমক অমত্তা চিখদনা বীরবলদা লীরম্মী। বীরবলনা বাদশাহদা লাইরেম্বীগী মরম, নিংথৌরেলনা তৌরম্বা পুন্নমক লীননবা ইঙ্গিৎ তৌরম্মী। মনাক্তা লৈবা মী পুন্নমক, থোঙ ঙাকপা ফাওবা লাপ্না চৎহনখিনবা হায়রম্মী।

বীরবলনা অকবরদা হঙলম্মী, "বাদশাহনা বনগী ময়াইৱাইদা ফজখ্রবা লম্নাং অমা থেংমবিকো?"

অকবরনা খুল্লম্মী, "হোয়, মফম অদু ওয়াক্লা ফজখ্রে।"

বীরবলনা মখা অমুক তারকই, "বাদশাহনা অৱাং ওল্লগা হকচাং শেংদোকপীকো?"

" হোয়, শেংদোকই, অদুদগীদি হকচাং য়াম্না নুংঙাইদুনা লৈরিঙৈগী তাঞ্জদুদনি " অকবরনা হায়রম্মী।

বীরবলনা মখা অমুক তারকই, "মথংদা বনগী লাইরেম্বী অদুনা জহানপনাহদা হকচাং শেংদোকপগী পোৎশক অদু লৌথোকপীয়ু হায়খিদনা?"

" হোয় হায়! মদুগী ৱাখলনা ঐ নারিবনি," অকবরনা হায়রম্মী। বীরবলনা অমুক হায়রকই, " লাইরেম্বী অদু মকোক খুম্মী, মমাই পাক উহন্দেদনা। মহাক লম্মাংদুগী মচি অমদা লৈদনা। "

অকবরনা খুল্লম্মী, "হোয় লৈ, অঙৌবা ফীজোলনা মমাই খজিক্তমক ফাৎলগা খোঙ ফাওবা ফিনা কুপ্পী। "

"মদু, ননাই ঐমুক ৱাং চাউইদনা, কুইনসু লৈরমদবনি," বীরবলনা অমুক হায়রম্মী।

বীরবলনা পুম্নমক অদু নিংথিজনা হায়রবা মতুংদা হায়রম্মী, "লাইরেম্বী অদু অতৈ কনাসু নত্তে, ননাই প্যাণ্ড্রবা ঐহাক্না শাজবনি।"

বীরবলগী মতৌ অদু উবদা অকবর ঙকপনা থেংলম্মী। মহাক্না বীরবলদা হায়রম্মী, "নহাক মসি কনা অমত্তদা খঙহনবা য়াদে। "

অকবর অশেংবা খঙলবদগীদি মহাক্কী অনাবা ফরক্লম্মী। মীয়াম্না বীরবলনা লায়েংবদগী নিংথৌরেল নাবা ফরে হায়না ৱা লাউনখি। মদুগী মতুংদগীদি নিংথৌরেল হান্নগুম দরবার কারক্লম্মী।

মতম কয়া হৌখ্রে, অকবর অমসুং মন্ত্রি ময়াম দরবার ফল্লম্মী। অকবরদি মহৌশাগী মহৌশা বীরবলদা ৱাহং হঙলগা মঙোন্দগী কান্নবা লৌশিং কয়া লৌশিল্লম্মী। মহাক্কী বনগী ৱারি অদু হেক কাওথোক্লম্মী।

তঞ্জা অমদগী অকবরনা বীরবলদা হেক হায়দোকলুই, " বীরবল, তুরেলদা ৱাইখু ফাবা চৎপদু নুংঙাইকো? "

বীরবলসু মতাং চাবা মতমদা মদুগী পাউখুম পীগে খন্দুনা লৈরম্বা কুইরবনি। তাঞ্জা চারে খন্দুনা হায়রম্মী, "জাহনপনাহ, বনগী লাইরেম্বীগী থৌদোক্তু নুংঙাইকো?"

মন্ত্রি ময়ামদি খঙদবনিনা তুমিন্না ঙক্তুনা য়েংনরম্মী। অকবর বীরবল তুমিন তুমিন লৈনখি।

“মীপুম খুদিমক অমনা অমবু ইকাই খুম্নগদবনি।”

## অমুবা কুচুগী অথুপ্পা

বীরবলবু দরবার মেম্বরশিংনা ইকায়বা পীননবা মতম খুদিংদা হোৎনরম্মী। অদুবু মতম অয়াম্বদা মখোয় মাইথিদুনতা লৈরম্মী। মমৈথংদা মখোয় মশেল লৌতুনরম্মী মদুদি মহাক্কী কুচু মুবসি ফজদে, থী হায়না লক্করসি। তশেংনমক বীরবল কুচু মুবা মীশক্নি। বাদশাহ মশামক অমসুং দরবার মেম্বর খুদিংমক কুচু ঙৌবা মী ঙাক্তা ওইরম্মী।

নোংমদি হান্নগী মতৌগুম বীরবল দরবার কারক্লম্মী। মানা দরবার হেক য়ৌরকপগা অঙকপা থৌদোক অমা দরবারগী মেম্বরশিংনা তৌরম্মী। থৌদোক অদুদা বাদশাহ মশামকশু য়াওরম্মী। মখোয় বীরবললোমদা ওলশিল্লদা জ্ঞান তাদবমখৈ হা! হা! হা! হায়না পঙনোক্তা নোক্লম্মী।

“হা! হা! হা! ঐখোয় ঐখোয়গী উনশাশিংগী মরমদা খন্নরম্মীবনি, “বাদশাহনা নোক্ল নোক্ল খুম্লক্লম্মী।”

মেম্বর অমনসু বীরবল্লোমদা ওলশিল্লগা, মসি ওহ্যোক্লা খেৎনখ্রে, মরিং মরাংবা অমা ওইখ্রে, থীসু থীখরেদা অমুবা হায়বা জাৎ অসে হায়রম্মী। অতোপ্পা মেম্বর অমনা অমুক হায়রম্মী, “ঐখোয় অয়াম্বগী কুচুদি য়াম্না ফজে।”

মতম অদুদা বীরবলসু দরবার মেম্বরশিং অদুদা ওলশিল্লগা নোকপদু য়াওরম্মী।

“অদুবু বীরবল, নঙদি ওহ্যোক্লা মুখ্রেদা?” বাদশাহনা নোক্লা নোক্লা হায়রম্মী।

বীরবল থুনা শকফম করিমতা কায়দনা খুম্লক্লম্মী,“ময়াম্না ঐঙোন্দা য়াওরিবা কুচু অমুবা অমসুং ইচম চম্বা মওং অসিগী অরোনবা, অথুপ্পা খঙবিদ্রে।”

মদু তাবদা খরা শিংবা মন্ত্রি অমনা হায়রম্মী, "হা ! হা ! মদুগী অরোনবা অথুপ্পনা করি ?"

বীরবলনা য়াম্না চীংলেম্না বাদশাহলোমদা ওলশিল্লগা হায়রক্লম্মী, "ঈশ্বরনা সংসার অসি মসিগী ফজরবা, মমল য়াম্লবা শা-ঙা উরি-ৱারি অমসুং উ-ৱা কয়া শেমদুনা অসুক নিংথিজরবা ফাওবদা, মাগী পুক্নিংদা অপেনবা পোক্রমদে। মদুদগী মহাক্কী খ্বাইদগী মপুং ফারবা খুৎশেম ওইরিবা অদু শেমখি মীওইবা !"

"মহাক্কী মপুং ফারবা শকফম অদু উবদা অপেনবা পোক্রে। অদুগী মতুংদা ঈশ্বব মহাক্না মীওইবা অদুদা থোইদোকপা খুদোলশিং হাপনিংলক্রে," বীববলনা মখা চখরকই।

"ফজবা, নিংথিবা, লৌশিং জ্ঞান, পাঙ্গল, থৌনা অমসুং লন থুম মখোয়শিং অসি ঈশ্বরনা মীওইবদা পীগে হায়না লেপ্লিবা খুদোলপোৎশিং অদুনি।"

তাঞ্জা অদুদা বীরবলনা ব্রহ্মা কৌবা লাই অদু শারগা হাযরক্লম্মী, "ঐনা মীওইব নখোয়দা মিনিট মঙা পীবি। খুদোলশিং অসিদগী নখোযনা হেক পাম্বা মখৈ লৌজহৌরো !"

"ঐ মতম য়াম্না চিঙ্লি। নখোয়দা অতোপ্পা খুদোলশিং পীননবগী মতম লৈতে। মিৎকুপ অমা ফাওবগী অহেনবা মতম লৈতে।"

"অদুবু নখোয় পুম্নমক্তি ফজবা অমসুং লন থুমদা লুপ্পা নত্তনা অতোপ্পা লৌশিং, জ্ঞান তানশিনবগী মতম অমসুং ৱাখল লৈতে।"

বীরবলনা ময়ামদা অমুক হায়রম্মী, "নখোয় নশা নশানা মদুগী ফল ফংজরেদনা।"

পাউখুম অদু তাবদা দরবার মেম্বরশিং অদু ঙক্না তুমিন তুমিন লৈনরম্মী।

নিংথৌরেল অকবরদি মাগী পাউখুম অদুদা পুক্নিং নুংঙাইবা পোক্লদুনা হায়রম্মী, "হা ! হা ! হা ! য়াম্না ফজনা নীংথিনা পাউখুম পীরেদনা, বীরবল।"

"মীওইবগী গুণ কুচু, শকফম্না লেপকদ্রবা নত্তে, লৌশিং জ্ঞান্না লেপকদবনি।"





*Name* : Thokchom Chandra
*Date of birth* : 01-03-1951
*Address* : Sagolband Nepra Major Pukhri Maning,
Imphal – 795 001, Manipur
*Activities* : Teacher, Social worker, Writing, Sports etc.

***Awards :***

1. Appreciation award, USO, India, 2000
2. Best teacher award, Karnataka Academy of Maths, 2002
3. Dr. Ambedkar Fellowship award, 2005
4. Mahatma Phule Fellowship award, 2006
5. Dr. Ambedkar Distinguish National Award, 2007, under Dalit Sahitya Academy, India

***Honour & recognition etc.***

1. Best Civil Defence Trainee, 1976-77
2. Best Teacher Award, Nambol Hr. Sec. School, Nambol
3. Best Co-operator, NMMCS Ltd., 1997
4. Best Mathematics Organizer, Karnataka Academy, 2003
5. Congratulation certificate, KAM, 2004
6. Congratulation certificate, NCERT, New Delhi, 2006
7. Donor of Th. Mukta Singh & Ibecha Devi memorial Award since, 1998

***Published books***

1. [illegible] (Short story)
2. [illegible] Vol. I (Short story)
3. [illegible] (Novel)
4. [illegible] (Poetry)
5. [illegible] 2nd edition (Poetry)
6. [illegible] (Short story)